অর্দ্ধমাত্রা স্থিতা নিত্যা যানুচ্চার্য্যা বিশেষতঃ।
ত্বমেব সা ত্বং সাবিত্রী ত্বং দেবি জননী পরা।। ৬৭

লাইদা য়ৌনবা শোনবা লাইরা "স্বাহা"অহুনি, অপোকপাগী চানবাগী-দমক চীঙ্গাকপু পীবা মতমদা সোনবা লাইরা "স্বধা" হাঙ্গবদো ইমা নংনি, মীওইবনা লাইবু ঈড়াংকে হাঙ্গিহুনা হকচাংদা হাপ্পা লাইরা "বষট্" হাঙ্গবা অহু ইমা নংনি। অমসু লাইনা চাবা "অমৃত" কৌবা চীঙ্গাক অহুসু ইমা নংনি। হে নশক হোংদবী। হে লাইরিকনা নশক ওইনবী (৪) ইমা নহাক্কি উদাত্ত (অরাংবা) অনুদাত্ত (অনেমবা) স্বরিত (ময়াই) হ্রস্ব (অতেনবা) দীর্ঘা (মাত্রঅনিশাংবা) প্লুত (মাত্রা অহুম শাংবা)গী মশক ওইনা স্বরগী ফিতুপ ওইনা লৈবী (৫) অমসু স্বর য়াওদবদি মথন্তা হাঙ্গবা যাদবা

(৪) লাইরিক ময়েক হাঙ্গবদি চেনচিংবদা ইরিবা বাঙ্গালা, নাগরীনচিংবা অসিবু হাঙ্গবা নত্তে, ময়েকনা ফোংদোকপা খোঙ্গেল অহুবু হাঙ্গবনি, মাহুদি, — "ক" ময়েক অসিদি নাকোংনা তারিবা "ক" অহুবু হাঙ্গবনি। মাসিমসু মাসিদা থংবনা চুমই, মাওদি হিন্দুগী ধর্ম্মসাধনদি " শব্দতত্ত্ব " খোঙ্গেনগী মশকনি, খুদমগীদমক, "ক্লীঁ" বীজ অসি সোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌ. হাঙ্গবদি মূলাধারদগীনা কোক কাউবা "ক্লীঁ" বু হাঙ্গবা মতমদা চৎনিবা খোঙ্গেল অহুবু শ্রীকৃষ্ণনি, হাঙ্গনা নিংগনবনি অসিনচিংবনি।

(৫) শিক্ষাগী অসম্বা পাউতাক। ময়েকতি স্বর অমসু ব্যঞ্জন অসুম্না মথল অনি থোকই। স্বর ময়েকপু হাঙ্গবা মতমদা ফিতুপ অকমদা মথল অনিথোকই। মাহুদি অনেম অরাংগী ফিতুপ অহুম অমা অমসুং অতেন অশাংগী ফিতুপ অহুম অমা মথল অনিসিনা ফিতুপ অহুম অনি সুপনা ফিতুপ তরুক অসিনা স্বর মএকীনি। মাহুবু খুদম উৎতুনা ব্যাখ্যা তোৌরবদি মাসুম্না থোকই মাওদি, — মৈতৈরোনদা ১ নাকোংনা " তা "ব', ২ লৈপাক্না " তা "বা, ৩ ময়েকী " অতা "বী, মাহে অহুম অসিদা য়াওরিবা " তা " অহুমদা লৈবা " আ " অসি, মথং মথং অনুদাত্ত = অনেম্বা, স্বরিত = ময়াই, অমসু উদাত্ত = অরাংবা কৌই। মাসুম্না স্বরগী অনেম অরাং থাইবা অসিদি ভারতবর্ষগী সংস্কৃত ভাষানা চিংবা লোনদা থাইদরে, সুপনগী বেদগা অমসু মৈতৈরোনতগদা অনি অসিদা-লৈ।

ত্বয়ৈব ধার্য্যতে সর্ব্বং ত্বয়ৈতৎ সৃজ্যতে জগৎ ॥ ৬৮
ত্বয়ৈতৎ পাল্যতে দেবি ত্বমৎস্যন্তে চ সর্ব্বদা ॥ ৬৯

"ব্যঞ্জন" মেয়েকস্মু ওইনা লৈবী ! , হে তাইবংদা শান্নরিবী ! নহাক্তি বেদ হৈবা পুম্বনা খংনরিবী ব্রহ্মগায়ত্রী মহামন্ত্র লাইরা অথোইবা অম্বু নংনি নহাক্তি তাইবং পুম্বগী অপোকপীনি, অম্বুনা নহাক্তি ইমা অথোইবনি ॥ ৬৫ ॥ ৬৬ ॥ ৬৭ ॥

হে লাইরেমা। নহাকনা তাইবং পুম্ববু মতম পুম্নমক্তা পুম্বনা লৈ, নহাকনা তাইবং পুম্ববু শেমই, অমস্মু ঙাকই, মাস্মুম তৌদুনা তাইবংগী মুৎপা মতমদা নহাকনা মাংহল্লি ॥ ৬৮ ॥ ৬৯ ॥

অম্বুদা বেদদা স্বরগী উদাত্ত ( অৱাংবা ) অনুদাত্ত ( অনেম্বা ) অমস্মু স্বরিত্ত (মরাই) হাঙ্গবা খোনথাং অহুম থাইবা অসিদি মৈতৈনা থংবমরুম চংখোন্না ভারতকী জাতি অতৈনা থংদরে, মরম অসিনা মৈতৈরোনদা তাকপদি খুদোং য়াম্না চাই। মাস্মুম তৌদুনা স্বর মেয়েক " অ, আ, ই, ঈ, উ,ঊ, এ, ঐ, ও, ঔ" মেয়েক তরা-দা উদাত্ত, অনুদাত্ত অমস্মু স্বরিত হাঙ্গদুনা অহুমথোকনা থাই। মাদুন্না স্বরদা থাইরিবা অম্বুবু মতাং অসিদা মহা মায়া ইমাগী মশক অমনি, হাঙ্গওনা ব্রহ্মানা লৈসি লৈথোমলি। মাস্মুম তৌদুনা হ্রস্ব, ( অতেনবা ) দীর্ঘ ( অশাংবা ) অমস্মু প্লুত ( য়াম্না শাংবা ) অস্মুম্না স্বরবু অহুমথোকনা থাইদোকই। মাদুদি চীন্না অ-অমোক্তং মেয়েকপু হাঙ্গদোকপদা চংবা মতম্মু মাত্রা কৌই মাত্রা অনি কুইনা হাঙ্গবাবু দীর্ঘ, কৌই। মাত্রা অহুম চংনা হাঙ্গবাবু প্লুত কৌই। মাদুদি এনবানা "কুকুটে" হাঙ্গনা খোনথাং অহুম থোংই। অহানবনা হ্রস্ব, মরাইনা দীর্ঘ অমস্মু অহুমস্মুবা ( টে ) না প্লুতনি। অস্মুমনা থংনৈ। অহুম অসিবুস্মু ইমা মহামায়াগী মশক অমনি, হাঙ্গনা মতাং অসিদা ব্রহ্মানা লৈসি লৈথোমলি। অমস্মু ব্যঞ্জন মেয়েক্তি মাত্রা। অমা কাদে। স্বরগা তিন্নবতদা কথনচিংবা ব্যঞ্জন মেয়েকপু হাঙ্গবা য়াই মাত্রা। মথাই অমগী মেয়েক কৌই। মাদুস্মু মহামায়াগী মশক অমনি অস্মুম্না ব্রহ্মানা লৈসি লৈথোমলি। ব্যঞ্জন মেয়েকপু স্বর য়াওদরবদি মথন্তদি হাঙ্গদোকপা য়াদে। হাঙ্গবসি, হলিকালগী পণ্ডিতসীংনা ব্যঞ্জনদি স্বর য়াওদ্রবদি মথন্তবু হাঙ্গদোক-পনা য়াদইতে হাঙ্গনা ব্যাখ্যা তৌই, মরমদি শব্দবিজ্ঞানদা স্বর য়াওদ্রবস্মু ব্যঞ্জনবু মথন্তস্মু হাঙ্গবা য়াই হাঙ্গনা প্রমাণ তৌরে।

স্বিসৃষ্টৌ সৃষ্টিরূপা ত্বং স্থিতিরূপা চ পালনে ॥ ৭০

তথা সংহৃতিরূপান্তে জগতোঽস্য জগন্ময়ে ॥৭১

মহাবিদ্যা মহামায়া মহামেধা মহাস্মৃতিঃ।

মহামোহা চ ভবতী মহাদেবী মহাসুরী ॥৭২

প্রকৃতিস্ত্বঞ্চ সর্ব্বস্য গুণত্রয়বিভাবিনী।

কালরাত্রির্ম্মহারাত্রির্ম্মোহরাত্রিশ্চ দারুণা ॥৭৩

ত্বং শ্রীস্ত্বমীশ্বরী ত্বং হ্রীস্ত্বং বুদ্ধির্ব্বোধলক্ষণা ॥৭৪

নহাকত্তি তাইবং শেম্বা মতমদা শেম্বনা নশক ওই, তাইবংনা পাল্লিন্ডেদা ঙাকপনা নহাক্কী নশক ওই, মাস্তুম্মা হে তাইবং পুম্নবনা নশক ওইনবী! তাইবংগী মুৎপা মতমদা নহাক্কীদি মাংবনা নশকনি ॥৭০॥৭১॥

নহাক্তি খংহনবী অথোইবীনি, অমসুং ঙকহনবী অথোইবীসু নংনি, নহাক্তি লাইরিকী রাখন থোকপা লৌশিংনি, অমসু লাইরিকপু খংহনদবা অকাওবাসু নংনি নহাক্তি লাইগী পাঙ্গল সত্ত্ব (অওইবা) গী মশক ওইবী থাজবাসু নংনি, থাজদবীসু হিংচাবীসু নংনি, মরম অসিদগী থাজেমক শেংবদি নহাক্তি লৌনম তৌবী অথোইবীনি ॥৭২॥

নহাকনা সত্ত্ব (ওইবা) রজস্ (চুবা) অমসু তমস্ (মম্বা) অসুম্বা অহুম থোকনা নশাবু থাঙ্গদোক্লূনা তাইবংবু শেমই, অদুনা নহাকপু তাইবংগী থোকফম মহৌশা কৌই। নহাকনা সত্ত্ব (অওইব) না নশক ওইদুনা তাইবংগী শিবা কৌবা পোৎ থাবা অহিং ওই। রজস্ (চুব) না নশক ওইদুনা প্রলয়গী মতম শাংলবা অহিং ওই, অমসু তমস (মব) না নশক ওইদুনা অকিবগী মশক ওইবা খংদবা কৌবা অহিং ওই ॥ ৭৩ ॥

নহাক্তি শ্রীকৃষ্ণগী পাঙ্গল লক্ষ্মীনি, শিবগী পাঙ্গল পানথোক্লবীনি নহাক্তি চুম্নগী ঈকাইবা, খলদুনা লেপপা লৌশিং, কল্লা থবক তৌবনবা,

লজ্জা পুষ্টিস্তথা তুষ্টিস্ত্বং শান্তিঃ ক্ষান্তিরেব চ ॥৭৫

খড়্গিনী শূলিনী ঘোরা গদিনী চক্রিনী তথা।
শঙ্খিনী চাপিনী বাণ-ভুশুণ্ডীপরিঘায়ুধা ॥ ৭৬

সৌম্যাঽসৌম্যতরাঽশেষসৌম্যেভ্যস্ত্বতিসুন্দরী।
পরাপরাণাং পরমা ত্বমেব পরমেশ্বরী ॥ ৭৭

যচ্চ কিঞ্চিদ্ ক্বচিদ্ বস্তু সদসদবাখিলাত্মিকে।
তস্য সর্ব্বস্য যা শক্তিঃ সা ত্বং কিং স্তূয়সে তদা ৭৮

যয়া ত্বয়া জগৎস্রষ্টা জগৎপাতাঽত্তি যো জগৎ।
সোঽপি নিদ্রাবশং নীতঃ কস্ত্বাং স্তোতুমিহেশ্বরঃ ॥ ৭৯

---

খাম্বা ঈকাইবা, নহাকনি, মাস্থমনা নহাকত্তি অথনবা, অপেমবা অইংবা, অমস্থু খাংবা নহাকনি ॥ ৭৪ ॥ ৭৫ ॥

থাঙ, তা, মী মকোক, গদা, চক্র, মোইবুং, লীরুংা তেন, ভুষুণ্ডী (য়োংনা শাবা তিংখং পানবা শাজে যোংকী চৈ, খুৎলাই তরাবু খুৎস্থু ওইহুনস্থু ভক্তগী মরিদদি ফজবা শকফম ওইবী, ভক্ত নত্তবা মীদদি অকিবগী শকফম ওইবীনি অমস্থু নহাক্তি ফজনা পুম্বগী ইহেন হেননা ফজথোইবীনি, নহাক্তি ব্রহ্মা অমস্থু শ্বরারেদনাচিংবা লাই-সীংগীস্থ ফাএন তৌবী মবেমানি অহুনা নহাক্তি পুম্নামক্তগী অথো ইবীনি ? ॥ ৭৬ ॥ ৭৭ ॥

হে পুম্নমকনা নশক ওইবীও। নহাক্তি অহু অতুগুম্বা মফমদা লৈবা অরৈবা নত্রগা লৈতবা করিগুম্বা পোৎ পুম্নামক্তা লৈবা পাঙ্গল হাঙ্গবা অদো নহাকনি, অহুগুম্বা নহাকপু করমদৌনা লৈশি লৈথো-নবা ঙমগদগে ? ॥ ৭৮ ॥

নহাকত্তি তাইবংবু শেম্বা, হিংহনবা অমস্থু মাংহনবা শ্রীকৃষ্ণম-কপুস্থু তুমহনলি, অত্রগুম্বী নহাকপুদি কনানা লৈশি লৈথোনবা ঙম-গদ্দগে ? ॥ ৭৯ ॥

বিষ্ণুঃ শরীরগ্রহণমহমীশান এব চ।
কারিতাস্তে যতোঽতস্ত্বাং কঃ স্তোতুং শক্তিমান্ ভবেৎ
সা ত্বমিত্থং প্রভাবৈঃ স্বৈরুদারৈর্দেবি সংস্তুতা।
মোহয়ৈতৌ দুরাধর্ষাবসুরৌ মধুকৈটভৌ ॥ ৮১
প্রবোধঞ্চ জগৎস্বামী নীয়তামচ্যুতো লঘু।
বোধশ্চ ক্রিয়তামস্য হন্তুমেতৌ মহাসুরৌ ॥ ৮২
ঋষিরুবাচ ॥ ৮৩
এবং স্তুতা তদা দেবী তামসী তত্র বেধসা ॥ ৮৪
বিষ্ণোঃ প্রবোধনার্থায় নিহন্তুং মধুকৈটভৌ।
নেত্রাস্যনাসিকাবাহু-হৃদয়েভ্যস্তথোরসঃ ॥ ৮৫
নির্গম্য দর্শনে তস্থৌ ব্রহ্মণোঽব্যক্তজন্মনঃ ॥ ৮৬

---

নহাকনা তাইবংবু ঙাকনবগীদমক সত্ব (ওইবা) পাঙলনা বিষ্ণু, তাইবংবু শেম্নবগীদমক রজস্ [চুম্না] পাঙলনা ব্রহ্মা ঐ, অমসুং তাইবংবু মুৎনগীবদমক তম্স (মম্বা) পাঙলনা শিব হকচাং অহুম্ ওই, মরম অসিদগী কনানা নহাকপু থাগৎপা ঙমগদগে ? । ৮০ ।

হে লাইরেমা ! মাসিগুম্বা নহাক্কী ইথাইগা মানদবা নত্তিক নঙমা নহাকপু ইথাইবকনা থংনরিবীনি, অদুনা লাকন ফানবা ঙমদ্রবা ফত্তবা মধু অমসুং কৈটভ কৌবা হিংচাবা অনিবু সুমহৎলু, তাইবংপানবগী মপু শ্রীকৃষ্ণবু থুনা হোৗগৎহল্লু, অদুগা শ্রীকৃষ্ণবু হিংচাবা অনিসিবু হাৎনবা গীদমক বাখন তোৗহনলু ॥ ৮১ ॥ ৮২ ॥

মেধস্ মুনিনা হাঙ্গি; মতম অদুদা ব্রহ্মানা লাইরেমা যোগনিদ্রাবু মতৌ অসুমনা নৈশি নৈথোললি অদুগীতুংদা লাইরেমনা মধু অমসু কৈটভবু হাৎনবা অমসু শ্রীকৃষ্ণবুসু হোৗদোকে হাঙদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মীৎ, চীন,

একার্ণবেঽহিশয়নাত্ততঃ স দদৃশে চ তৌ ॥ ৮৭

মধুকৈটভৌ দুরাত্মনাবতিবীর্য্যপরাক্রমৌ।

ক্রোধরক্তেক্ষণাবত্তুং ব্রহ্মাণং জনিতোদ্যমৌ ।। ৮৮

সমুত্থায় ততস্তাভ্যাং যুযুধে ভগবান্ হরিঃ।

পঞ্চবর্ষসহস্রাণি বাহু প্রহরণো বিভুঃ ॥ ৮৯

তাবপ্যতিবলোন্মত্তৌ মহামায়াবিমোহিতৌ ॥ ৯০

উক্তবন্তৌ বরোঽস্মত্তো ব্রিয়তামিতি কেশবম্ ॥ ৯১

ভগবানুবাচ ॥ ৯২

ভবেতামদ্য মে তুষ্টৌ মম বধ্যাবুভাবপি ।। ৯৩

কিমন্যেন বরেণাঽত্র এতাবদ্ধি বৃতং মম ॥ ৯৪

---

নাতোম, পান্থোম, থমোই, অমসু থবাক্তশী থোরক্তুনা মহাক্কী মপোকপূ খংদবা ব্রহ্মাগী মীৎতা উহনলে ॥ ৮৩॥৮৪॥৮৫॥৮৬॥

যোগনিদ্রা লাইরেমানা থাদোক্লবদা তাইবংগী মপু, জনার্দ্দন, বিষ্ণুনা তাইবং মুৎপা মত্তমগী সমুদ্রদগী মপান নাইদবা তুম্বাদগী তোগৎলে, অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা উরে, ফক্তবা মধু অমসু কৈটভনা ব্রহ্মাবু য়োৎকে হাঙ্গদুনা থোরাং তোরমলে ॥৮৭॥৮৮॥

মফম পুম্বদা লৈবা ভগবান শ্রীহরিনা অরোইবা নাইদবা মাহিপতগী লেংখৎলগা চহি লীশিং মঙা চুপনা হিংচাবা অনিদুগা পান্থোমগী লান শোকনখি, মশাফবা মক্তনা ময়াই কারবা হিংচাবা অনিদুসু হরিগা লোইনদুনা লান শোকনৈ, মাদুগী মতুংদা হিংচাবা অনিনা মহামায়ানা সুমহত্তুনা ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুদা হাঙ্গ, "নংনা পাম্বা বর নিং" ॥৮৯॥৯০॥৯১॥

ঋষিরুবাচ ।। ৯৫

বঞ্চিতাভ্যামিতি তদা সর্ব্বমাপোময়ং জগৎ ।। ৯৬

বিলোক্য তাভ্যাং গদিতো ভগবান্ কমলেক্ষণঃ ।। ৯৭

[ প্রীতৌ স্বস্তব যুদ্ধেন শ্লাঘ্যস্ত্বং মৃত্যুরাবয়োঃ ]

আবাং জহি ন যত্রোর্বী সলিলেন পরিপ্লুতা ।। ৯৮

ঋষিরুবাচ ।। ৯৯

তথেত্যুক্ত্বা ভগবতা শঙ্খচক্রগদাভৃতা ।। ১০০

কৃত্বা চক্রেণ বৈ চ্ছিন্নে জঘনে শিরসী তয়োঃ ।। ১০১

---

ভগবাননা হাঙ্গি নখোইনা ঐগোন্দা পেনলবদি নখোই অনিমক ঙসি ঐনা হাৎপা ওইয়ু; মরম অসিদা অত্তোপপা বর অমগী কান্নবা লৈতে, মাসিনি, ঐনা পাম্বদি ।।৯২।।৯৩।।৯৪।।

মেধস্ ঋষিনা হাঙ্গি, মহামায়ানা মাস্থমনা সুমহত্তুনা হিংচাবা অনিনা তাইবং পুম্বব্ ঈশিং ঙাক্তা ওইরে হাঙ্গবা উরত্তনা মমীৎ থম্বান মানবা ভগবানদা হাঙ্গি, (নংগী লান অসিদা ঐখোইনা পেনলে নহাকতি ঐখোইগী ইকাই খুম্নাফম ওইরে মাপ্থম্না নংগী নখুত্তা ঐখোইনা শিবদি অরেম্ব। থানদবা ওইবোই) পৃথিবীগী ঈশিং লৈতবা মফমদা ঐখোইবু হাৎলু ।।৯৫।।৯৬।।৯৭ ।৯৮।।

ঋষিনা হাঙ্গি, মোইবুং, চক্র গদা পাইহা ভগবান্ শ্রীহরিনা মাহু ওইরসম্নু অসি হাঙ্গত্তনা হিংচাবা অনিগী মকোকপু ফৈবোমদা হাপ্তুনা (৬) চক্রনা ককথৎলে ।।৯৯।।১০০।।১০১।।

---

৬) হিংচাবগা শ্রীহরিগা মহৈ মহৈ বর পিনরে, হিংচাবদা শ্রীহরিনা ঙসি নখোইদ হাংকে, হাঙ্গি, হিংচাবনা ঈশিংদা হাৎকনু অসি হাঙ্গনরবদা ভগবানগী ফৈবোমদি লৈপাক'ন, অত্তনা ভগবান্না ফৈবোমদা থাঙ্গৎতুনা হাৎপনি। শাস্ত্রনা হাঙ্গি "মহীতলংতজ.জঘনে" অমিনি।

এবমেষা সমুৎপন্না ব্রহ্মণা সংস্তুতা স্বয়ম্ ‖ ১০২
প্রভাবমস্যা দেব্যাস্তু ভূয়ঃ শৃণু বদামি তে ‖ ১০৩
ওঁ ইতি মার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে
দেবীমাহাত্ম্যে মধুকৈটভবধঃ ‖ ১

---

অহুগুম্বা লাইরেমানা ব্রহ্মানা হাঙ্গৎহুনা মাসুম্না পোকখি অহু-গুম্বা দেবী লাঙ্গরেমাগী মতিকপু অমোক হনা নঙোন্দা হাঙ্গখিগে তাউ ॥১০ ॥১০৩॥

(সাবর্ণিগী মন্বন্তরগী ওইবা দেবীগী মতিক মঙনদা অহানবা লীচৎপু হাঙ্গবা অহানবা অধ্যায়দা হাঙ্গবা মধু কৈটভ হাৎপা লোইরে ॥১॥

——•*:(✤):*•——

## মধ্যম—চরিত্রম

### ( দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ )

### [ মহিষাসুরসৈন্যবধঃ ]

—(*)—

ঋষিরুবাচ ॥ ১

দেবাসুরমভূদ্ যুদ্ধং পূর্ণমব্দশতং পুরা।
মহিষেঽসুরাণামধিপে দেবানাঞ্চ পুরন্দরে ॥ ২

তত্রাঽসুরৈর্মহাবীর্য্যৈর্দেবসৈন্যং পরাজিতম্।
জিত্বা চ সকলান্ দেবানিন্দ্রোঽভূন্মহিষাসুরঃ ॥ ৩

ততঃ পরাজিতা দেবাঃ পদ্মযোনিং প্রজাপতিম্।
পুরস্কৃত্য গতাস্তত্র যত্রেশগরুড়ধ্বজৌ ॥ ৪

যথাবৃত্তং তয়োস্তদ্বন্মহিষাসুরচেষ্টিতম্।
ত্রিদশাঃ কথয়ামাসুর্দেবাভিভববিস্তরম্ ॥ ৫

---

মেধস্ মুনিনা হাঙ্গ থাংনা মমাঙৈদা মহিষাসুরনা হিংচাবগী অমসু স্বর রশনা লাইসীংগী নিংথৌ ওইরিঙৈদা চহি চামাচুপনা লাইগা হিংচাবগা অনিগী লান শোক্লিথি। ১। ২।

লান অহুদা মপাঙ্গল কনবা হিংচাবনা লাইগী তেঙ্গোনবু মাইথিবা পী, মাসুম তৌহুনা লাইবু ওমহুনা মহিষাসুরনা স্বরাবেন্দ ওই ॥ ৩ ॥

মাতুগী মতুংদা মাইথিরবা লাইসীংনা থম্বানদগী পোকপ ব্রহ্মাবু মাং থানা পুরহুনা মহাদেব অমসু বিষ্ণুনা লৈবা মফমদা চংলি ॥ ৪ ॥

মহিষাসুরনা লাইবু ওমথিবসু মহাদেবগা বিষ্ণুগদা মথংসীংনা তম্বুই ॥ ৫ ॥

সূর্য্যেন্দ্রাগ্ন্যানিলেন্দূনাং যমস্য বরুণস্য চ।
অন্যেষাঞ্চাধিকারান্ স স্বয়মেবাধিতিষ্ঠতি ॥ ৬
স্বর্গান্নিরাকৃতাঃ সর্ব্বে তেন দেবগণা ভুবি।
বিচরন্তি যথা মর্ত্ত্যা মহিষেণ দুরাত্মনা ॥ ৭
এতদ্বঃ কথিতং সর্ব্বমমরারিবিচেষ্টিতম্।
শরণঞ্চ প্রপন্না স্মো বধস্তস্য বিচিন্ত্যতাম্ ॥ ৮
ইত্থং নিশম্য দেবানাং বচাংসি মধুসূদনঃ।
চকার কোপং শম্ভুশ্চ ভ্রুকুটীকুটিলাননৌ ॥ ৯
ততোঽতিকোপপূর্ণস্য চক্রিণো বদনাত্ততঃ।
নিশ্চক্রাম মহত্তেজো ব্রহ্মণঃ শঙ্করস্য চ ॥ ১০
অন্যেষাঞ্চৈব দেবানাং শক্রাদীনাং শরীরতঃ।
নির্গতং সুমহত্তেজস্তচ্চৈক্যং সমগচ্ছত ॥ ১১

---

মহিষাসুর হিংচাবনা মুমিৎ, স্বরারেন্দা, মৈ. থা যম, বরুণ, অমসু অতৈ অতোপপা লাই পুম্নমক্কী মচৎ সিন্দুনা পানখরে ॥ ৬ ॥

লাইসীংমা পুকচেল ফত্তবা মহিষাসুরনা স্বর্গদগী তানথোকপীরদুনা মীওইবগী লৈপাক্তা তাইবংমীগুম্না চত্তুনা লৈরে ॥ ৭ ।

লাইগী এরুবা মহিষাসুরগী থোদোপুম্বা ইবুঙো অনিমক্কী মফমদা হন্নৎচল্লিবনি। ঐখোইনা ইবুঙো অনিদা চংজরি, হৌজিক্কি মাসিদা তৌ-গদবা উপায় থৌরাং তৌবিয়ু ॥ ৮ ॥

লাইসীংগী বা অসি তাবদা বিষ্ণুনে মহাদেবনে ব্রহ্মানে অহন্না সাওরদুনা মাইথোংদা পীগুম উরুরু লৈখি ॥ ৯ ॥

অদুগী মতুংদা য়াম্না সাওরবা শ্রীবিষ্ণুগী মাইথোংদগী চাক্লবা মঙ্গাল

অতীব তেজসঃ কূটং জ্বলন্তমিব পর্ব্বতম্।
দদৃশুস্তে সুরাস্তত্র জ্বালাব্যাপ্তদিগন্তরম্ ॥ ১২
অতুলং তত্র তত্তেজঃ সর্ব্বশরীরজম্।
একস্থং তদভূন্নারী ব্যাপ্তলোকত্রয়ং ত্বিষা ॥ ১৩
যদভূচ্ছাম্ভবং তেজস্তেনাজায়ত তন্মুখম্।
যাম্যেন চাভবন্ কেশা বাহবো বিষ্ণুতেজসা ॥ ১৪
সৌম্যেন স্তনয়োর্যুগ্মং মধ্যং চৈন্দ্রেণ চাভবৎ।
বারুণেন চ জঙ্ঘোরূ নিতম্বস্তেজসা ভুবঃ ॥ ১৫
ব্রহ্মণস্তেজসা পাদৌ তদঙ্গুল্যোঽর্কতেজসা।
বসূনাঞ্চ করাঙ্গুল্যঃ কৌবেরেণ চ নাসিকা ॥ ১৬

---

অমা মতুম ওইনা থোরকই, মাহুম ভোৗনা ব্রহ্মাগী মহাদেবগীসু মাই-থোংদগী খোরকই অতৈ অতোপপা লাইসীং শ্বৱারেন্দনাচিংবদগীসু মাই-থোংদগী মঙান অমমম থোবকতুনা ময়াম অহুনা পুন্নপনা অমংতা ওইনা তিনসিনলে ।১০।১১।

মৈনা পুম্না চাক্লবা চীঙগুম্না চাংদমনিঙাই নৈতবা মঙান ময়াম অহুগী মৈতোম্না মাইকৈ পুম্বদা থনখি'বু লাইসীংনা উরে॥ ১২ ॥

অহুগী মতুংদা মফম অহুদা লাই ময়ামদগী থোরকপা মরোন অহমু থনলবা, চাক্লবা, চাংদম্নবা নৈতবা মঙান অহুনা তিনসিন্দুনা মুপীগী মশক অমা ওইরে॥ ১৩ ॥

মহাদেবগী মঙান্না মুপীতুগী মাই, যমগী মঙান্না শম্ অমসু বিষ্ণুগী মঙান্না পাম্বোম ময়াম ওইরে॥ ১৪ ॥

থাগী মঙান্না খোম অনি, শ্বর'রেন্দগী মঙান্না মথ্বাং, বরুণগীনা পী-রাই, অমসু ফৈবোম, মাহুম তোৗনা পৃথিবীগী মঙান্না নিংজোল ওই ।১৫।

ব্রহ্মাগী মঙান্না খোঙ অনি, হুমিৎকী মঙান্না খোঙগী মচা,, বসু

তস্যাস্তু দন্তাঃ সম্ভূতাঃ প্রাজাপত্যেন তেজসা।
নয়নত্রিতয়ং জজ্ঞে তথা পাবকতেজসা ॥ ১৭
ভ্রুবৌ চ সন্ধ্যয়োস্তেজঃ শ্রবণাবনিলস্য চ।
অন্যেষাঞ্চৈব দেবানাং সম্ভবস্তেজসাং শিবা ॥ ১৮
ততঃ সমস্তদেবানাং তেজোরাশিসমুদ্ভবাম্।
তাং বিলোক্য মুদং প্রাপুরমরা মহিষাদিতাঃ ॥ ১৯

---

নিপানগী মঙ ম্না খূ'দোন মচা, মাস্মনা বৃ'বরগী মঙাম্না নাত্তোন ওই ॥১৬

দক্ষনাচিংবা প্রজাপতিসীংগী মঙাঃ ৎপী অতুগী ময়া ময়াম ওই, মাগমনা মৈ কৌবা লাইগী মঙাম্না মহাক্কী মীৎ অহুম ওই ॥ ১৭ ॥

নোঙানলকপা অমস্তু সুমিৎ তারকপা সন্ধ্যা অনিগী মঙাম্না পীতম অনি মুংসিংকী মঙাম্না নাকোং অনি, ওই, বিশ্বেদেবনাচিংবা লাইসীংগী মঙাম্না তিম্দুনা সুপীগী মুর্তি অতুনা থাংতবা হেন্দবা চপ চাবা মশক অমা ওইখি মাতুদি মঙ্গল (৭) গী মশকনি ॥ ১৮ ॥

অতুগী মতুংদা লাইপুম্বগী মঙাম্না তিম্দুনা ওইবী লাইরেম্বামু উরহুনা মহিষা সুরনা ওৎপীরবা লাইসীংনা হরাওখি ॥১৯॥

---

(৭) চুম্নাগী ভাইবংগী হকচাং অসিদি নৈপাক, ঈশিং মৈ, নুং-সিৎ অমস্তু অভিয়া মঙানা ভিনলগা ওইবনি, অতুনা হিংলিঙৈদদি "ভুত মঙাগী হকচাং পঞ্চভুত দেহ" কৌই। শিরবা মতমদদি মরি অমাদি মাংখি, নৈপাক্তা মরৈহৌই অতুনা অশিবা হকচাংবু নৈপাকী হকচাং পার্থিব দেহ কৌই। মাতুদি অভিয়াদি মাংখিমগী মাংখিবা মুংসিংনা মৈবু মুথৎলি, ঈসিংনা মনিন ওইহুনা মুংসিংকী মতুং ইন্দুনা চংখি, অতুনা নৈপাকনা ওনবা শরুক্তা মরৈ হৌঈ, মাস্তুম তৌহুনা পঞ্চ-ভুতনা ওন্দবা হকচাং লাইগী মঙাম্না ওইবা অসিদি শিবা নৈতে, লাইগী থবক পাংথোক্নবা থোরক্লগা লোইরগা হাম্নগী মফম মফমদা হক্লিনখি।

শূলং শূলাদ্ বিনিস্কৃষ্য দদৌ তস্যৈ পিনাকধৃক্।
চক্রঞ্চ বিত্তবান্ কৃষ্ণঃ সমুৎপাদ্য স্বচক্রতঃ ॥ ২০
শঙ্খঞ্চ বরুণঃ শক্তিং দদৌ তস্যৈ হুতাশনঃ।
মারুতো দত্তবাংশ্চাপং বাণপূর্ণে তথেষুধী ॥ ২১
বজ্রমিন্দ্রঃ সমুৎপাদ্য কুলিশাদমরাধিপঃ।
দদৌ তস্যৈ সহস্রাক্ষো ঘণ্টামৈরাবতাদ্‌গজাৎ ॥ ২২
কালদণ্ডাদ্ যমো দণ্ডং পাশঞ্চাম্বুপতির্দ্দদৌ।
প্রজাপতিশ্চাক্ষমালাং দদৌ ব্রহ্মা কমণ্ডলুম্ ॥ ২৩
সমস্তরোমকূপেষু নিজরশ্মীন্ দিবাকরঃ।
কালশ্চ দত্তবান্ খড়্গং তস্যাশ্চর্ম্ম চ নির্ম্মলম্ ॥ ২৪

---

পিনাক লীরুং পাইবা মহাদেবনা মহাক্তী তাদগী তা অমা থোক-হল্লুনা লাইরেমদা পী, শ্রীকৃষ্ণনা চক্রদগী অতোপপা চক্র অমা পুথো-ক্তুনা লাইরেমদা পীরে ॥২০॥

বরুণনা লাইরেমদা মোইবুং মাহুম্না মৈ কৌবা লাইনা শক্তি থুৎলাই, অমশু সুংশিং কৌবা লাইনা লীরুং অমসুং তেন থম্না হা-প্পা তেনথোং ২পী ॥২১॥

মীৎ লীসিঙ অমা পানবা লাইশ্বরারেন্দনা বজ্র অমা পুথোক্তুনা অহুগা ঐরাবত শামুদগী শরিকপু লৌথোক্তুর্ন্দা লাইরেমদা পী ।২২।

যমনা কাল কৌবা লাইগা মান্নবা মাগী চৈদগী অতোপ্পা চৈ, অমা, বরুণনা মহাক্তী থৌরিদগী অতোপ্পা থৌরি অমা পুথোক্তুনা লাইরেমদা পী, ব্রহ্মানা চুপ্রীক পরেং অমাগা যুবী খুজাই অমাগা পী ।২৩।

সুমিৎ কৌবা লাইনা লাইরেমাগী হকচাংগী তুখোং খুজিংদা মহাক্তী মঙাল মরামবু পীহুনা লৈহললি, অশিব কৌবা লাইনা থৌরবা থাং অমসু চুক্তোইপা পী ।২৪।

ক্ষীরোদশ্চামলং হারমজরে চ তথাম্বরে।
চূড়ামণিং তথা দিব্যং কুণ্ডলে কটকানি চ ॥ ২৫
অর্দ্ধচন্দ্রং তথা শুভ্রং কেয়ূরান্ সর্ব্ববাহুষ।
নূপুরৌ বিমলৌ তদ্বদ্ গ্রৈবেয়কমনুত্তমম্ ॥ ২৬
অঙ্গুরীয়করত্নানি সমস্তাস্বঙ্গুলীষু চ ॥ ২৭
বিশ্বকর্ম্মা দদৌ তস্যৈ পরশুঞ্চাতিনির্ম্মলম্।
অস্ত্রাণ্যনেকরূপাণি তথাহভেদ্যঞ্চ দংশনম্ ॥ ২৮
অম্লানপঙ্কজাং মালাং শিরস্যুরসি চাপরাম্।
অদদজ্জলধিস্তস্যৈ পঙ্কজঞ্চাতিশোভনম্ ॥ ২৯
হিমবান্ বাহনং সিংহং রত্নানি বিবিধানি চ।
দদাবশূন্যং সুরয়া পানপাত্রং ধনাধিপঃ ॥ ৩০

---

যজোম অনৌবগী সমুদ্রনা; ঙাননবা নীক পরেং, মনবা নাইদবা সেৎনা ইন্নবা ফী অনি, পুকনিং হরবা মণি লুহপ অথোইবা; নাইন অনি, খূৎ খূদিংগী বলয় খুজি, লাইপক্তো হাপনবা থা মচেৎ' পাম্বোগী কেযুর, ফজবা নূপুর অনি, গুক্তী লৈত্তেং, খূৎমচা খূদংগী মণিগী খুদোপু পা।২৫।২৬।২৭

বিশ্বকর্ম্মানা লাইরেমাদা অথৌবা শিংজং, অতৈ অভোপপা খূৎলাই মম্নাব অমস্তু খূৎলাইনা চংদবা কবচ পী।২৮।

সমুদ্রনা ফজরবা থম্বান পরেং অমা লাইরেমাগী কোক্তা অমা থম্বান পরেং অমানা থবাক্তা সিবি, ফজরবা থম্বান অমাবুনা খৎভা পাইহনেলি।২৯।

হিমালয় চাওনা লাইরেমাগী সাদোং নোংশা অমস্তু রত্ন মম্নাব পু।

শেষশ্চ সর্ব্বনাগেশো মহামণিবিভূষিতম্ ।
নাগহারং দদৌ তস্মৈ ধত্তে যঃ পৃথিবীমিমাম্ ॥ ৩১

অন্যৈরপি সুরৈর্দ্দেবী ভূষণৈরায়ুধৈস্তথা ।
সম্মানিতা ননাদোচ্চৈঃ সাট্টহাসং মুহুর্মুহুঃ ॥ ৩২

তস্যা নাদেন ঘোরেণ কৃৎস্নমাপূরিতং নভঃ ।
অমায়তাঽতিমহতা প্রতিশব্দো মহানভূৎ ॥ ৩৩

চুক্ষুভুঃ সকলা লোকাঃ সমুদ্রাশ্চ চকম্পিরে ।
চচাল বসুধা চেলু সকলাশ্চ মহীধরাঃ ॥ ৩৪

---

মাহুম্না কুবেরনা থকভোখিহুনাসু কংদবা অমৃত হাপপা পাত্র অমা লাই-রেমাদা পী ।৩০ ॥

পৃথিবীপুম্বাবু মকোক্তা হাপ্তুনা পুবা অনন্ত লিন, লিল্লিংথৌনা মথি অথোইবাগী পরেং নাগহার কোৌনা লৌকপু লাইরেমাদা পী ।৩১।

মাসুম ভোহুনা অতোপ অতোপপা লাইসীংনা মথল মথা য়াল্লবা লৈতেং অমমুং খুংসু খুংলাই মন্নাম পীহুনা লাইরেমাবু ইকাইখুম্না-খি, মাহুদগী পেল্লবী লাইরেমানা য়াম্না হৌনা খাক্কুনা নোক্লগা য়াম্না হৌনা নোংশাগী ললাউ লাউখি ।৩২।

লাইরেমাগী অহুগুম্বা অকিবগী মশক ওইবা নোকপগী খোঞ্জেল অহুনা অতিঁয়া পুম্বাবু থনখরে, চাংদমনিঙাই লৈতবা নোকপগী শাংগ্রবা খোঞ্জেন অহুদগী থক্তোক্লকপা চাউরবা খোঞ্জেননা হৌগংখি ।।৩৩।।

খোঞ্জেন অহুনা ভাইবংপুম্ববু থকংহনখরে, সমুদ্রপুম্বা লিকখি। লৈপাক লৈমানা খাংবা ভমদহুনা য়ুহারাখি, চীঙ পুম্বনা খোক২ হাইহুনা খাংখি ।।৩৪।।

জয়েতি দেবাশ্চ মুদা তামূচুঃ সিংহবাহিনীম্ ।
তুষ্টুবুর্ম্মুনয়শ্চৈনাং ভক্তিনম্রাত্মমূর্ত্তয়ঃ ॥ ৩৫
দৃষ্ট্বা সমস্তং সংক্ষুব্ধং ত্রৈলোক্যমমরারয়ঃ ।
সন্নদ্ধাখিলসৈন্যাস্তে সমুত্তস্থুরুদায়ুধাঃ ॥ ৩৬
আঃ কিমেতদিতি ক্রোধাদাভাষ্য মহিষাসুরঃ ।
অভ্যধাবত তং শব্দমশেষৈরসুরৈর্বৃতঃ ॥ ৩৭
স দদর্শ ততো দেবীং ব্যাপ্তলোকত্রয়ন্ত্বিষা ।
পাদাক্রান্ত্যানতভুবং কিরীটোল্লিখিতাম্বরাম্ ॥ ৩৮
ক্ষোভিতাশেষপাতালাং ধনুর্জ্জ্যানিস্বনেন তাম্ ।
দিশো ভুজসহস্রেণ সমন্তাদ্ব্যাপ্য সংস্থিতাম্ ॥৩৯

---

খরারেন্দনা চিংবা লাইসীংনা হরাওনা নোংশা তোংবী লাইরেম্বাদা হাঙৈখি, নহাক্কী জয় ওইসনু, অমসুং মুনিসীংনা ভক্তি তৌদুনা নৈসি নৈ-খোননি ।।৩৫।।

মহিষাসুরনা চিংবা হিংচাবা লাইগী এরুবসীংনা মরোক্ক অহম্মকপু ইরাং নাংনা হৌরে হাঙৈবা উরদুনা লানগী খৌবাং তৌদুনা, নৈবা তেঙ্গোল ময়াম পৈসিন্দুনা খুংসু-খুৎলাই পাইদুনা লান হৌরকলে ।।৩৬।।

মহিষা সুরনা সাওরদুনা "আ; করিনো ? সিদে" অসি হাঙৈদুনা হিংচাবা ময়ামনা কোইরদুনা লাইরেমাগী খোঞ্জেন অদুগী মতুংইন্দুনা লানজংলকলে ।।৩৭।।

মহিষাসুরনা অদুগী তুংদা লাইরেমাবু উরে, লাইরেমগী রুপাসা মাইকৈ পুম্বা থনখরে, মখোংনা নেৎথবদা পৃথিবীনা নুকখরে, কোক্তা লৈতেংলিবা লুহপনা অতিয়া খেৎলে, নীরুংদা হাপ্লবা নীরিগী খোঞ্জে-ননা পাতাল কাওবা মীপাইবনা নৈবা ওমদরে, লাইরেমাগী প্রাক্লোব

তত্তঃ প্রববৃতে যুদ্ধং তয়া দেব্যা সুরদ্বিষাম্
শস্ত্রাস্ত্রৈর্ব্বহুধা মুক্তৈরাদীপিতদিগন্তরম্ ॥৪০
মহিষাসুরসেনানীশ্চিক্ষুরাখ্যো মহাসুরঃ।
যুযুধে চামরশ্চান্যৈশ্চতুরঙ্গবলান্বিতঃ ॥ ৪১
রথানামযুতৈঃ ষড়্ভিরুদগ্রাখ্যো মহাসুরঃ।
অযুধ্যতাযুতনাঞ্চ সহস্রেণ মহাহনুঃ ॥ ৪২
পঞ্চাশদ্ভিশ্চ নিযুতৈরসিলোমা মহাসুরঃ।
অযুতানাং শতৈঃ ষড়্ভির্ব্বাস্কলো যুযুধে রণে ॥ ৪৩

---

লৌশিঙ মসিং লাকঙমদবা [illegible] থ[illegible]না মাইকৈ তরামকপু ইবেমাগী পাম্বোমডা ওইনা উথ[illegible], [illegible] তৌ[illegible] [illegible]রেমাবু হিংচাবনা উখি ॥৩৮॥৩৯॥

মাহুগী মথংদা ল[illegible] [illegible]গা লোইনাড়না লাইগী এরুবা হিংচাবা শীংনা লান শোক্লবা [illegible], মাহুদা কাপনরিবা খুৎলাই ময়াম্না মাই-কৈপুম্বা মৈ ওইনা চা[illegible] ॥৪০॥

মহিষাসুরগী সেন[illegible] অকনবা চিক্ষর অমসু চামর অনিনা অতোপ অতোপপা হিং[illegible] ময়ামগা লোইনবা সগোন, মামু অমসু রথ তোংবা অহুগা খো[illegible] চৎপা লানমীসীংগা লোইনাড়না লান শো-কনরে ॥৪১॥

উদগ্র কৌবা হিংচাবা অথোইবনা রথ অযুত তরুক্কা অমসু মহা হনু কৌবা হিংচাবা অথোইবনা রথ কোটি অমগা লোইনহুনা লাই-রেমাবু অমহুনা লানজংলকলে ॥৪২॥

অকনবা অসি লোমা হিংচাবনা রথ কোটি মঙাগা বাস্কল হিং-চাবনা রথ লক্ষ তরুক্কা লোইনহুনা লাইরেমাদা লানজংলকলে ॥৪৩॥

গজবাজিসহস্রৌঘৈরনেকৈঃ পরিবারিতঃ।
বৃতো রথানাং কোট্যা চ যুদ্ধে তস্মিন্নযুধ্যত ॥ ৪৪
বিড়ালাখ্যোঽযুতানাঞ্চ পঞ্চাশদ্ভিরথাযুতৈঃ।
যুযুধে সংযুগে তত্র রথানাং পরিবারিতঃ ॥ ৪৫
অন্যে চ তত্রাযুতশো রথনাগহয়ৈর্বৃতাঃ।
যুযুধুঃ সংযুগে দেব্যা সহ তত্র মহাসুরাঃ ॥ ৪৬
কোটিকোটিসহস্রৈস্তু রথানাং দন্তিনাং তথা।
হয়ানাঞ্চ বৃতো যুদ্ধে তত্রাভূন্মহিষাসুরঃ ॥ ৪৭

---

পরিবারিত কৌবা হিংচাবনা মসিঙ লাকঙমদবা সগোল শামু লিসিঙ ২ ওইনা পুন্থনা লাইরেমদা লাল চংলকলে ॥৪৪॥

অতুগী মথংদা বিড়াল কৌবা হিংচাবনা খোংমী লক্ষমঙা, রথ অযুত অমানা কোইহ্নবা লানজংলকলে ॥৪৫॥

লানকম অতুদা অতোপ অতোপপা হিংচাবাসীংনা অযুত ওইবা রথ, শামু অমসুং শগোলনা কোইহুনা লাইরেমগা লোইননা লান তৌ-নরে ॥৪৬॥

লানকম অতুদা মহিষাসুর হিংচাবা মশামকনা লীসিঙ কোটি, কোটি, ওইনা সগোল অমসুং রথনা কোইহ্নবা (৮) লাইরেমাগী নাক্তা চংলকলে ।৪৭।

---

(৮) তাইবংপানবদা ক্ষাউবা লানজাউ অহুমনি, সত্যদা দেবীগা হিংচাবগা অনিগী লান, ত্রেতাদা রাম রাবনগী লান, দ্বাপরদা কুরু পাণ্ডবকী লান, লান অহুমসিদা দেবীগী লাননা ইকেন হেনলি। মাতুদা এক্কবগী তেজোনগী মসিং লাকপা ওমদে। লান অহুম অসিদা মীসিং থাবদা কাক ভূশুণ্ডীশা অর্জুনদা হাঈ, হিংচাবগা লাইরেমাগগী লানদদি ঈরোইহ্নবা ঈ থক্কই, রাম রাবনগী লান দনা ঈ থকতুনা থৌরাংবগী মথৈতা কোকই, কৃষ্ণ পাণ্ডবকী লানদদি লৈথোম মরক্তা তুংবা ঈ থকপদা. চৌরা কোৎপা হোৎনবদা চীন নাই, অসুমনা মী-শিবগী চাং তোই।

তোমরৈর্ভিন্দিপালৈশ্চ শক্তিভির্মুষলৈস্তথা ।
যুযুধুঃ সংযুগে দেব্যা খড়্গৈঃ পরশুপট্টিশৈঃ ॥ ৪৮
কেচিচ্চ চিক্ষিপুঃ শক্তীঃ কেচিৎ পাশাংস্তথাপরে ।
দেবীং খড়্গপ্রহারৈস্তু তে তাং হন্তুং প্রচক্রমুঃ ॥ ৪৯
সাপি দেবী ততস্তানি শস্ত্রাণ্যস্ত্রাণি চণ্ডিকা ।
লীলয়ৈব প্রচিচ্ছেদ নিজশস্ত্রাস্ত্রবর্ষিণী ॥ ৫০
অনায়স্তাননা দেবী স্তূয়মানা সুরর্ষিভিঃ ।
মুমোচাসুরদেহেষু শস্ত্রাণ্যস্ত্রাণি চেশ্বরী ॥ ৫১

হিংচাবা সীংনা তোমর, পাইবা, ভিন্দিপাল পাইবা, শক্তি, পাইবা, মুষল পাইবা, খাং পাইবা, শীওজং পাইবা অমসু পটিশ পাইবা হিংচাবা ময়াম ময়ামগা লাইরেমানা শোকনৈ ।৪৮।

হিংচাবা সীংগী মরক্তা কনা কনাগুম্বনা শক্তি অমসু পাশাস্ত্র কৌবা খুৎলাইনা মাতুম্না কনা কনাগুম্বনা থাংনা যাম্বুনা লাইরেমাগা শোকনৈ ।৪৯

অদুগী মতুংদা চণ্ডিকা লাইরেমানা মহাক্তী খুৎসু খুৎলাইবু নোংগুম্না চুথহম্বুনা হিংচাবা সীংগী খুৎসু খুৎলাই পুম্বাবু (৯) ককথৎলি ।৫০।

লাইনা ঋষিসীংনাসু মহাকপু লৈসি লৈথোক্নুনা ঈড়াৎলিবা, চণ্ডিকা লাইরেমানা হিংচাবগী খুৎলাইনা থাদুদা মাইথোং লাংসিনদে, অদুগা হিংচাবসীংবু খুৎসু খুৎলাইনা থাবা হোৌরকলে (১০) ।৫১।

(৯) লাইসু হিংচাবসু অনিমক লাইরেমাগীদি মচা ভাক্কনি, অদুনা ইবেমানা মচা হিংচাববু হাৎনবগীদমক খুৎলাই কাপ্পে, হিংচাবগী খুৎলাইতবু থোমজিন্দনা করবা কাপই ।

(১০) লাইনাদি মধা চণ্ডিকাবু ঈড়াৎলি, লৈসি লৈথোনলি, হিংচাবদি মমা চণ্ডিকাবু হাৎকে হাঈদুনা খুৎসু খুৎলাইনা থাই, অনিসি মাসুক্তা লীচৎ মান দে, অদুনা হিংচাবনা মানা মানা তৌবা লীচৎকী মতুং ইমা মাথোইবু চণ্ডিকাগী খুৎলাইনা মথাদা পাল্লি ।

সোঽপি ক্রুদ্ধো ধুতসটো দেব্যা বাহনকেশরী।
চচারাসুরসৈন্যেষু বনেষ্বিব হুতাশনঃ।। ৫২
নিঃশ্বাসান্ মুমুচে যাংশ্চ যুধ্যমানা রণেঽম্বিকা।
ত এব সদ্যঃ সম্ভূতা গণাঃ শতসহস্রশঃ।। ৫৩
যুযুধুস্তে পরশুভির্ভিন্দিপালাসিপট্টিশৈঃ।
নাশয়ন্তোঽসুরগণান্ দেবীশক্ত্যুপবৃংহিতাঃ।।৫৪
অবাদয়ন্ত পটহান্ গণাঃ শঙ্খাংস্তথাপরে।
মৃদঙ্গাংশ্চ তথৈবান্যে তস্মিন্ যুদ্ধমহোৎসবে।। ৫৫
ততো দেবী ত্রিশূলেন গদয়া শক্তিবৃষ্টিভিঃ।
খড়্গাদিভিশ্চ শতশো নিজঘান মহাসুরান্।। ৫৬

---

চণ্ডিকা লাইরেমাগী সাদোং লোংশা থাওহনা মশোং নিক্তুনা বন মমুংদা লমমৈনা তেঙ্গুম হিংচাবা তেঙ্গোন মতুংদা চাক্তুনা হিংচাবা হাৎপা হৌরকলে।৫২

চণ্ডিকা লাইরেমানা তেঙ্গোন মমুংদা লান শোক্না শোক্লনা স্বর হোন্দোকপদা খুৎথক খুৎথকতা মসিং লাকপা শুমদ্রবা গণ কৌবা লাইময়াম থোক্লকই, মাখোই অহুনা লাইরেমাগী তেঙ্গোন ওইরে।৫৩।

দেবীগী পাজললনা চাওখৎলবা গণ (প্রমথ) কৌবা তেঙ্গোন অহুনা হিংচাবাবু হাৎকে হাঙ্গহুনা সীওঙ্গং, ভিন্দিপাল, থাঙ অমসু পটিশ পাইহুনা লান শোক্লরে।৫৪।

লান অহুদা গণ কৌবা লাইসিংনা কনানা ঢক্কা, কনানা মোইবুং, কনানা পুঙ বৈ।৫৫।

অহুগী মতুংদা লাইরেমানা ত্রিশূল, গদা, শক্তি অমসু থাঙ অসিনা-চিংবানা থাহুনা হিংচাবা অথোইবা মরাসু হাৎনি।৫৬।

পাতয়ামাস চৈবান্যান্ ঘণ্টাস্বনবিমোহিতান্ ।
অসুরান্ ভুবি পাশেন বদ্ধা চান্যানকর্ষ [য়ৎ] তা॥ ৫৭
কেচিদ্দ্বিধাকৃতাস্তীক্ষ্ণৈঃ খড়্গপাতৈস্তথাপরে ।
বিপোথিতা নিপাতেন গদয়া ভুবি শেরতে ॥ ৫৮
বেমুশ্চ কেচিদ্রুধিরং মুষলেন ভৃশং হতাঃ ।
কেচিন্নিপাতিতা ভূমৌ ভিন্না শূলেন বক্ষসি ॥ ৫৯
নিরন্তরাঃ শরৌঘেণ কৃতাঃ কেচিদ্রণাজিরে ।
সোনানুকারিণঃ প্রাণান্ মুমুচুস্ত্রিদশার্দ্দনাঃ ॥ ৬০
কেষাঞ্চিদ্ বাহবশ্ছিন্না-শ্ছিন্নগ্রীবাস্তথাপরে ।
শিরাংসি পেতুরন্যেষামন্যে মধ্যে বিদারিতাঃ ॥ ৬১
বিচ্ছিন্নজংঘাস্ত্বপরে পেতুরুর্ব্ব্যাং মহাসুরাঃ ।
একবাহ্বক্ষিচরণাঃ কেচিদ্দেব্যা দ্বিধাকৃতাঃ ॥ ৬২

---

লাইরেমানা হিংচাবা তেঙ্গোন ময়াম্বু শন্নিক্তী মখোননা রানথাহন্দুনা নৈপাক্তা তুহনলি, অতোপ্পা সীংবুনা খৌরানা পুন্দুনা চিংসিললি ।৫৭।

লাইরেমানা অথোবা থাংনা হিংচাবসীংবু ককথৎলি, কনা কনা-গুম্বাবুনা গদানা কুহুনা ইতোই তোইহনা তুহনলি ।৫৮।

কনাগুম্বাবুনা য়োৎস্নুকনা থিন্দুনা ময়াদগী ঈ ওহনা তুই; কনানা তানা মথবাক্তা থিন্দুনা তুই ।৫৯।

তেঙ্গোনগী মন্নাংদা থাবা লাইবু ওন্না হিংচাবা সীংনা লাইরেমাগী তেন্না থাহনা মশাপুম্বা কাইহনা থরাই থাহনা তুরে ।৬০।

কনা কনাগুম্বা সীংগীনা মপান্থোম কনা কনাগুম্বাগীনা মতক- কনা কনাগুম্বাগীনা মকোক কক্লুনা তুই ।৬১।

অতোপ্পা হিংচাবা ময়ামগীনা মখোং মন্নাংদা ককতুনা নৈপাক্তা

ছিন্নেঽপি চান্যে শিরসি পতিতাঃ পুনরুত্থিতাঃ। ৬৩
কবন্ধা যুযুধুর্দ্দেব্যা গৃহীতপরমায়ুধাঃ।
ননৃতুশ্চাপরে তত্র যুদ্ধে তূর্য্যালয়াশ্রিতাঃ ॥ ৬৪
কবন্ধাশ্ছিন্নশিরসঃ খড়্গশক্ত্যৃষ্টিপাণয়ঃ।
তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি ভাষন্তো দেবীমন্যে মহাসুরাঃ ॥ ৬৫
পাতিতৈ রথনাগাশ্বৈরসুরৈশ্চ বসুন্ধরা।
অগম্যা সাভবত্তত্র যত্রাভূৎ স মহারণঃ ॥ ৬৬

---

তুই, কনাগুম্বা সীংবনা মকোক্তগীনা গুহ্য ফাউবা তংখাই তানা খাইদুনা প্যাম্বোম অমা, মীৎ অমা, মখোং অমা পান্দুনা মাদুনা লৈ।৬২।

কনা কনাগুম্বা হিংচাবা সীংদি চণ্ডিকা লাইরেমানা মকোক কক-থৎগ্রবা মক্তদা লৈপাক্তা তুগ্রবদগী অমোক হৌগত্তুনা মকোকত্তি য়াও-দবা মশানা (১১) খুত্তা খুৎলাই পাইদুনা লাইরেমাগা লান শোকনৈ, কনা কনাগুম্বা হিংচাবা ময়ামনা মকোক য়াওদবা মশাগী মখৈনা হৌ-গত্তুনা লানগী পুংয়ৈবাগী তান চানা অগোই সাই ॥ ৬৩ ॥ ৬৪ ॥

মকোক য়াওদ্রবা হিংচাবা কয়ামুকনা থাঙ; শক্তি, অমসু ঋষ্টি কৌবা খুৎলাই লাইদুনা লান শোক্লরে। অদুগা হিংচাবা অথোইবা কয়ামুকনা লাইরেমাবু “লৈরমু লৈরমু” হাঈদুনা কুপ্তিনলকই ॥ ৬৫ ॥

লানমফম অদুদা শিদুনা তুরবা রথ,শামু, অমসু অসিবা হিংচাবগী হকচাং মাদুমক্তনা য়াম্মনখ্রদুনা চংবা য়াদরে, লম্বেন ফাওদরে ॥ ৬৬ ॥

---

(১১) মকোক য়াওদ্রবা হকচাংবু সংস্কৃত ভাষাদা “কবন্ধ” কৌই। কবন্ধগী অভোপপা মশক অমবু থাইনাগী মহানাটকীয় পদ্যদা হাঈ; মাদুদি লানফমদা শামু অযুত অমা,সাগোন নিযুত অমা, রথ চামা য়াংখৈ, খোঙরী কোটিভরা হাৎলবদি, মকোক য়াওদবা হকচাং অমা চহৌগৎ-লকই, অমুম্মা হাঈ, অদুনদি চণ্ডিকা লাইরেমানা হাৎখিবা ভেজোব

শোণিতৌঘা মহানদ্যঃ সদ্যস্তত্র বিসুস্রুবুঃ।
মধ্যে চাসুরসৈন্যস্য বারণাসুরবাজিনাম্ ॥ ৬৭

ক্ষণেন তন্মহাসৈন্যমসুরাণাং তথাম্বিকা
নিন্যে ক্ষয়ং যথা বহ্নিস্তৃণদারুমহাচয়ম্ ॥ ৬৮

স চ সিংহো মহানাদমুৎস্বজন্ ধুতকেশরঃ।
শরীরেভ্যোঽমরারীণামসূনিব বিচিন্বতি ॥ ৬৯

দেব্যা গণৈশ্চ তৈস্তত্র কৃতং যুদ্ধং তথাসুরৈঃ।
যথৈষাং তুতুষুর্দ্দেবাঃ পুষ্পবৃষ্টিমুচো দিবি ॥ ৭০

ইতি মার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে।
দেবীমাহাত্ম্যে মহিষাসুরসৈন্যবধঃ ॥ ২

---

লান অহুদা হিংচাবা তেঙ্গোনগী শামু, শগোল অমসু হিংগাবা অথৌবাসীংগী ঈ মক্তনা চাওরবা তুরেন অমা ওইহনা চেনখরে ॥৬৭॥

মৈনা শিংগী মপৈবু মীৎন কুপ্লদা চাকথেকপাগুম্বা লাইরেমানা হিংচাবগী তেঙ্গোনবু তুমনা চাকথেকখরে ॥৬৮॥

লাইরেমাগী শাদোং নোংশানা মশোং নিকতুনা হিংচাবাসীংগী মথ-রাইবু মখোইগী হকচাংদগী চিংহোকখি ॥ ৬৯ ॥

লাইরেমাগী মুংশাম্বর হোনবদগী থোকপা গণ কৌবা লাইসীংনা হিংচাবগা শোক্লবা লান অহুদি মাম্বুপ ফজে, লান অহুবু উবা লাই-সীংনা পেনম্রহনা অতিয়াদগী লৈ ময়ামবু মকোক্তা চাইথখিএ ॥৭০॥

মার্কণ্ডেয় পুরানগী সাবর্ণিক মন্বন্তরগী দেবীগী মতিক মগুনদা অনিসুবা চরিতকী অনিসুবা অধ্যায়না হাঙবা মহিষাসুরসৈন্য হাৎপা লোইরে ॥২॥

---

অহু কয়া য়াবখরিগবা ? কবন্ধ— মকোক য়াওদরা হকচাং ময়ামনা হৌগত্ত-না চোংবা অহু মসিং লাকপা ওমদরে।

——•※(※)※•——

# ( তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ )

## [ মহিষাসুরবধঃ ]

—(*)—

**ঋষিরুবাচ ॥ ১**

নিহন্যমানং তৎ সৈন্যনবলোক্য মহাসুরঃ ।
সেনানীশ্চিক্ষুরঃ কোপাদ্ যযৌ যোদ্ধুমথাম্বিকাম্ ॥২

**ঋষিনা হায়,— চিক্ষুরকোবা সেনাপতি মহিংচাবা অথোইবনা মহাকী ভেক্কোন পুম্বাবু লাইরেমানা হাৎতোকখিবাবু উরে, অদুদগী মানা য়ান্না লাওরদুনা অম্বাগী (১২) লান শোকপে হাইদুনা কুজিন লাকলে ।১।২।**

(১২) সংস্কৃত ভাষাদা অম্বাবু অম্বিকাসু হায়, মাদুদি রাধাবু রাধিকাসু হায়বা-গুম্বনি। অম্বাবু মৈতৈরোনদা "তম্বা = তমফা" হায়। মৈতৈনা লাইহরাওবাদা ধ্যান তৌদুনা উপাসনা তৌবা শক্তিদি অম্বানি. মরমদি বিরাটপুরুষ ভগবানবু যোগনা অম্বাগা লৌইনবা চিবগী মগক ওইনা অহানবদা ফংই। অদুনা বেদগী মন্ত্রনা হায়বাবু সাম্বমূর্ত্তিনি, হায়না মৈতৈনা নিংই। মরম অসিনা মৈতৈগী সনাতন ধর্ম্মগী মতুংইন্না রালোচ্য শ্লোক অসিদা "অম্বিকা" বু "তম্বা" হায়না অমুবাদ তৌগদবনি। লোন্নরিবা লোনগী চৌনবি মতম থজিক্কদা খোল হায়সু অর্থসু য়ান্না থুনা থুনা হোংই। অম্বাবু অম্বা,= তম্ফা হায়রম্বগী হুজিক্কি নিংথৌগী মচা মুপী অহনবু তম্ফা কৌনরে. নিংথৌরেনগী মচাগী উপাধি, মনা উপাধি পানসিন্দুনা তম্ফা সনা কৌনরে। অদুগা লাইরাদনা চিবগা লৌইন-বী পান্দলবু "তম্বা" কৌই। মাসিদি রমাবু লৈমা হায়বাগুম্বনি নিংথৌগী মতু মহারাণীবু "দেবী" হায়না সংস্কৃত ভাষাদা কৌই, মাগগী অমুবাদতা রমা কৌবদগী মৈতৈ সাহিত্যদা লৈমা কৌই। অদুগা লাইগী লৈমাবুনা লাইরেমা —লাইরেমা কৌরিবাসিনি। অদুবু লোনগী হৌনবী, রম্বানা পোকপা মুপীবু লৈমা হায়না কাইথদা চংনবনি। "শিব" হায়হৈ মসি যৌহু সিজমবা হায়হেনি,

স দেবীং শৰবৰ্ষেণ ববৰ্ষ সমৰেঽসুৰঃ
যথা মেৰুগিৰেঃ শৃঙ্গং তোয়বৰ্ষেণ তোয়দঃ ॥ ৩
তস্য ছিত্ত্বা ততো দেবী লীলয়ৈব শৰোৎকৰান্।
জঘান তুৰগান্ বাণৈৰ্যন্তাৰঞ্চৈব বাজিনাম্ ॥ ৪

হিংচাবা চিক্ষুৰনা নোংমা (১৩) মেৰু চীঙদোকপা চুথৰকপ লাইৰেমা-দা খুৎলাই ময়াম্বু চুথহনখি ।৩।

অদুগী মতুংদা লাইৰেমানা তেল ময়াম কাপতুনা চিক্ষুৰগী তেল ময়াম্বু ইৰাই লাইনা ককথংতুনা মহাক্কী সগোন সয়াম অমম্বু শাৰথিবু হাৎলে ।৪।

তৌইগুম্বসু ঋগ. বেদদি উদে অথৰ্ববনাচিনদা শিজৱৈ। সংস্কৃততাদি "শিব" মিং অসি মহাদেবগী অকাউবা মিংনি। অদুগা মৈতৈৰোননি, মহাক্কি অদুনাদি ময়েকনা তায়ে, বেদনা তাইবংদা থোৰকৰিঙৈদানা মৈতৈৰোন অসিনা হান্নৰা লৈৰবনি। মাস্বুপকী মতিক লীৰবনি।

(১৩) ভাৰতকী গুমিংকুম্বা অকাউবা ভাস্কৰাচাৰ্যনা মেৰুবুসুমেৰুনি, হাঙ্গনা শেমজিন্দুনা সিদ্ধান্ত শিৰোমনিদা ভুবন কোষবু লেংলমই, মাতদগী লোতুনা লোক-মান্য বালগঙ্গাধৰতিলকনা মাগী তাইবংদা ফাউৰব. "ওৰিওন" লাইৰিক লেং-ই। মাদুবু হুজিক্কি পণ্ডিতসীংনা বেদগী বিৰুদ্ধনি হাঙ্গইদুনা লৌনদৰে, মেৰু-চীঙদি হুজিক্কী পামিৰ চীঙবু কৌই, হাঙ্গনা লেপনাথৰে। হুজিক্কী পণ্ডিত লাইপোকসীংনা মেৰুবু পামিৰনি, হাঙ্গনা খ নৰা অসি মৈতৈগী অহন্নাদি হান্নৰা মিংসিংবা থোক্কৰবা মতমগীনা থংলম। মৈতৈৰোনদা মেৰুবু সাজিং কৌই। অঙ্গলী বেধাৰঙ্গা হৈবা মৈতৈনাইবনা কন্না নাবনা মীবু মনাতোন পৈৰব-দি সনাজিং পৈৰে, শিৰগনি হাঙ্গই, অদুগা ইম্ফাল অৱাংলোমদা লৈবা লাঙ্গোলগী নোংপোকথংবা চীঙশাবু চীঙ মেৰু কৌই। মাসিনা তাকলে, মাতুদি **Geography** তম্বদা গ্লোব এংবদাগুম্না পামিৰবু থাইনা বৈদিকএজদা মেৰু কৌৰমই, হাঙ্গৈবা কৰিস্বু চাংনবা লৈতৰে। হনুমানগীনা লঙ্কা চোংবদা, [illegible]-না থাজাৰোমদা খুঙ্গ অমা মৈতৈনা শেমগৎ, মাদুনা তাকই, [illegible] অলি লঙ্কা নত্তে, অষ্ট্ৰেলিয়াবু থাইনানী [illegible] কৌৰমই, [illegible] [illegible]।

চিচ্ছেদ চ ধনুঃ সদ্যো ধ্বজঞ্চাতিসমুচ্ছ্রিতম্ ।
বিব্যাধ চৈব গাত্রেষু ছিন্নধন্বানমাশুগৈঃ ॥ ৫
স চ্ছিন্নধন্বা বিরথো হতাশ্বো হতসারথিঃ ।
অভ্যধাবত তাং দেবীং খড়্গচর্ম্মধরোঽসুরঃ ॥ ৬
সিংহমাহত্য খড়্গেন তীক্ষ্ণধারেণ মূর্দ্ধনি ।
আজঘান ভুজে সব্যে দেবীমপ্যতিবেগবান্ ॥ ৭
তস্যাঃ খড়্গো ভুজং প্রাপ্য পফাল নৃপনন্দনঃ ।
ততো জগ্রাহ শূলং স কোপাদরুণলোচনঃ ॥ ৮
চিক্ষেপ চ ততস্তত্তু ভদ্রকাল্যাং মহাসুরঃ ।
জাজ্বল্যমানং তেজোভী রবিবিম্বমিবাম্বরাৎ ॥ ৯

---

লাইরেমানা তেল ময়াম কাপসিন্দুনা চিক্ষুরগী লীরুং অমসু রাংলবা কীরান ককথৎতুনা হিংচাবাগী মশা পুম্বা তেননা থাই ।৫।

হিংচাবা চিক্ষুরনা লীরুং অমসু রথ ককথৎখিবা অমসু সাগোনসু সারথিসু হাংথ্রবদা মথুত্রা থাং চুঙ্গোই পাইদুনা লাইরেমা তম্না চেনসিনখরে ।৬।

কন্না চেনসিলবা হিংচাবা চিক্ষুরনা থৌরবা থাংনা নোংসাগী মকোক্তা য়ানলগা লাইরেমাগী পাম্বোম ওইদা য়ানলি ।৭।

হে নিংথৌ মচা সুরথও চিক্ষুরগী অথৌবা থাং অদু লাইরেমাগী পাম্বোমদা য়ানলুবদা ইতো ইতোনা তেকলে। মাদুদা হিংচাবনা তা অমা পাইখি ।৮।

চিক্ষুর হিংচাবনা তা অদুবু লাইরেমদা হনজিনখি, তাদুনা অজিংয়াদা

---

লাইনা থংবা ওমই। অদুনা আলোচ্য শ্লোক অসিগী অনুবাদদা "চাওমৈমোং মথক্তা নোংনাবা মরুম কন্নং হিংচাবনা লাইরেমাদা খুৎলাই ময়াম লংসিনলি, হাজনা মৈতৈরোনদা অরুবাদ তৌবা য়াই।

দৃষ্ট্বা তদাপতচ্ছূলং দেবী শূলমমুঞ্চত ।
তচ্ছূলং শতধা তেন নীতং স চ মহাসুরঃ । ১০
হতে তস্মিন্ মহাবীর্য্যে মহিষস্য চমূপতৌ ।
আজগাম গজারূঢ়শ্চামরস্ত্রিদশার্দ্দনঃ ॥ ১১
সোঽপি শক্তিং মুমোচাথ দেব্যাস্তামম্বিকা দ্রুতম্ ।
হুঙ্কারাভিহতাং ভূমৌ পাতয়ামাস নিষ্প্রভাম্ ॥ ১২
ভগ্নাং শক্তিং নিপতিতাং দৃষ্ট্বা ক্রোধসমন্বিতঃ ।
চিক্ষেপ চামরঃ শূলং বাণৈস্তদপি সাচ্ছিনৎ ॥ ১৩
ততঃ সিংহঃ সমুৎপত্য গজকুম্ভান্তরস্থিতঃ ।
বাহুযুদ্ধেন যুযুধে তেনোচ্চৈস্ত্রিদশারিণা ॥ ১৪

---

মৈরি ময়ামগা লোইনদুনা পাইশিনলকই, মাহুদি অতিয়াদা হুমিৎথোকপাগুনই ॥৯॥

লাইরেমানা হিংচাবগী তাবু পাইসিনলকলে, উবদা ইবেমাগী তাস্থু অমা লংসিনখরে, লাইরেমাগী তানা হিংচাবগী তাবু থুদেক্লগা চিক্ষুরবু চাম থোক্লা থুগাইরে চিক্ষুর শিরবদা মহিষাসুরগী সেনাপতি লাইবু নোইহৎপা অকনবা চামরনা শামু তোংদুনা লাকলে ।১০।১১॥

চামরস্থু চংলকপগা শক্তিবু তম্বা লাইরেমা তমদুনা হনজিনলকই লাইরেমনা হুংকার (হুং হাঙনা ওঙ্বনা) শক্তিবু লৈপাক্তা মতিক মঙন মাংহন্দুনা তাহনলি ॥১২॥

শক্তিনা তেক্তুনা তাবা উরবদা চামরনা সাওদুনা তা অমা লংসিনলকই, লাইরেমানা তাদুবু তেলনা ককথৎতুনা থাদে ॥১৩॥

লাইরেমাগী শামোং নোংশানা চোংশিনখিদুনা চামরনা তোংলিবা

যুধ্যমানৌ ততস্তৌ তু তস্মান্নাগান্মহীং গতৌ।
যুযুধাতেঽতিসংরব্ধৌ প্রহারৈরতিদারুণৈঃ ॥ ১৫
ততো বেগাৎ খমুৎপত্য নিপত্য চ মৃগারিণা।
করপ্রহারেণ শিরশ্চামরস্য পৃথক্ কৃতম্ ॥ ১৬
উদগ্রশ্চ রণে দেব্যা শিলাবৃক্ষাদিভির্হতঃ।
দন্তমুষ্টিতলৈশ্চৈব করালশ্চ নিপাতিতঃ ॥ ১৭
দেবী ক্রুদ্ধা গদাপাতৈশ্চূর্ণয়ামাস চোদ্ধতম্।
বাষ্কলং ভিন্দিপালেন বাণৈস্তাম্রং তথান্ধকম্ ॥ ১৮
উগ্রাস্যমুগ্রবীর্যঞ্চ তথৈব চ মহাহনুম্।
ত্রিনেত্রা চ ত্রিশূলেন জঘান পরমেশ্বরী ॥ ১৯

---

সামুগী মকোক্তা লবাইদা তোংহনা লাইগী একুবা চামরগা কন্না খুৎ থোক্লা শোক্নরে ॥১৪॥

অদুগী মতুংদা মাঙমনা শোক্লা শোক্নবা শামু মথক্তগী লৈপাক্তা চোংথহনা কন্না কন্না কুনহনা নোংশাগা চামরগা শোক্নখি ॥১৫॥

অদুগী মতুংদা নোংশানা অতিয়াদা বাংনা চোংথংলুবগা হাউথ-রক্লুনা চামরগী মকোকপু থুংপাকনা থাহনা খদংলে ॥ ১৬॥

ভন্বা লাইরেমানা নুঙ অমসুং উনা থাহনা উদগ্র হিংচাববু মা-হুম্না য়ানা চিক্লুনা অমসু খুহম্না খুংপাকনা থাহনা করাল হিংচাববু হাৎতোকলে ॥১৭॥

লাইরেমানা শাউহনা উদ্ধত হিংচাববু গদানা কুহনা বাষ্কলবু ভিন্দিপালনা থাহনা, মাহুম্না তাম্র অমসু অন্ধক হিংচাববু তেননা খা-ক্লুনা মকুপ মকুপ শানা লোইথাইরে ॥১৮॥

মীৎ অহুম পানবী তাইবংপানবগী মকেমা ভন্বা লাইরেমানা মরুপ্নান অহুম লোংবা তানা উগ্রাস্য, উগ্রবীর্য অমসু মহা হনু হিংচাবা অহুমু হাৎতোকখে ॥১৯॥

বিড়ালস্তাসিনা কায়াৎ পাতয়ামাস বৈ শিরঃ।
দুর্দ্ধরং দুর্মুখঞ্চোভৌ শরৈর্নিন্যে যমক্ষয়ম্ ॥ ২০
এবং সংক্ষীয়মাণে তু সসৈন্যে মহিষাসুরঃ।
মাহিষেণ স্বরূপেণ ত্রাসয়ামাস তান্ গণান্ ॥ ২১
কাংশ্চিৎ তুণ্ডপ্রহারেণ খুরক্ষেপৈস্তথাপরান্।
লাঙ্গুলতাড়িতাংশ্চান্যান্ শৃঙ্গাভ্যাঞ্চ বিদারিতান্ ॥ ২২
বেগেন কাংশ্চিদপরান্ নাদেন ভ্রমণেন চ।
নিঃশ্বাসপবনেনান্যান্ পাতয়ামাস ভূতলে ॥ ২৩

---

লাইরেমানা বিড়াল হিংচাবগী মকোকপু থাংনা হকচাংদগী কক-থৎতুনা নৈপাক্তা থাদয়ে, মাহুওম্না দুর্মুখ অমসুং দুর্দ্ধর হিংচাবা অনিবু তেননা থাহুনা যমগী ময়ুমদা চৎহনখরে ॥২০॥

মাসুম তৌহুনা মহাক্কী তেঙ্গোল পুম্বু হাৎতোক্লবদা মহিষাসুর হিংচাবনা মাগী মশক ইরোই ওইহুনা লাইরেমাগী তেঙ্গোন গণ কৌরা কাংবুবু মীপাই-থবাইহনলে ॥ ২১॥

মহিষাসুর হিংচাবনা লাইরেমাগী গণ কৌবা তেঙ্গোনবু কনা কনাওম্বাবুনা মচানমা মাহুম্না অতৈ অতোপপা কনা কনাওম্বাবুনা মখোঙনা কাওহুনা, ময়াম কয়াবুকপুনা মমৈ অমসুং মচীনা শিঙ্গুবা তোইহনলি, কনা কনাওম্বা গণ তেঙ্গোনবু চেলবগী অকনবা অহৈনবা অতোপপগা, কনা কনাওম্বা গণ তেঙ্গোনবু অকিবা ফংনবা খোঙ্গা ওনা থেকতুনা, অমসুং কোইরক কোইনা চেন্দুনা মাসুম্না অতোপপগা গণ তেঙ্গোনসীংবুনা ইরোই মানবা মহিষাসুরগী মহুৎনা কামথোকলদা নৈপাক্তা হাইহথলে ॥২২॥২৩॥

নিপাত্য প্রমথানীকমভ্যধাবত সোঽসুরঃ।
সিংহং হন্তুং মহাদেব্যাঃ কোপঞ্চক্রে ততোঽম্বিকা ॥ ২৪
সোঽপি কোপান্মহাবীর্য্যঃ খুরক্ষুণ্ণমহীতলঃ।
শৃঙ্গাভ্যাং পর্ব্বতানুচ্চাংশ্চিক্ষেপ চ ননাদ চ ॥ ২৫
বেগভ্রমণবিক্ষুণ্ণা মহী তস্য ব্যশীর্য্যত।
লাঙ্গুলেনাহতশ্চাব্ধিঃ প্লাবয়ামাস সর্ব্বতঃ ॥২৬

হিংচাবা মহিষাসুরনা গণ কৌবা ভেঙ্গোলবু তুমহল্লগা লাইরে-মাগী শাদোং নোংশা তম্না হাৎকে হাঙ্গবগীদমক ফুজিনলকলে, মাতুদা তম্বা লাইরেমানা (১৩) সাওরে।।২৪।।

অকনবা অথোইবা হিংচাবানা সাওমনখিম্দুনা খুজিম্না লৈপাকতা লৈমাইবু খোৎতোকলে, মচী অনিনা রাংলবা চীঙপুম্বাবু কোত্তুনা লংথোক্ল-গা ঙংই।২৫।

অদুগুম্না হিংচাবা ইরোইনা কম্না চেনবা অদুমক্তুনা লৈপাক লৈমা অসি ঈতোঈ তোইরে, মাগী মমৈনা ফুবতদা সমুদ্রনা থাংবা ঙমদতুনা ঈসিং পাখৎলক্তুনা লৈপাকপু থুমলকলে।২৬।

(১৩) ইমানা মচাবু চানবদি মচা ভক্তদানা অমোক হেনলি, হুম্নিংচুপপা ইমাগী মখোং থম্বানবু মথক্তা পুতুনা লৈবা নোংশাবু ইমানা মচা অভৈদগী হেন্না শুংশি, মহিষাসুরনা গণ ময়াম্বু তকথাইরকলগা নোংশা তম্না ফুজিনলকপা উবদা অচানবা মচাবু শোক্কনি, হাঙ্গতুনা ইমানা সাওরে। ঈমাদি তাইবং পুম্বগী মমানি, অদুবু গণ ভেঙ্গোননা ফুবাদদি মাতুপ য়াম্না সাওরমদে, নোংশাবু হাৎকে থৌরাং তৌবতদদি ইমানা য়াম্না সাওখরে, মরমদি ইমাগী মখোংবু নিংবদা নোংশানা গণ-দগী হেনলি। অতুনদি খংলে, ঐখোইস্মু ইমাগী মখোংবু কাওত্রবদি নোংশাবু তৌবগুম্না ইমানা চানগদি।

ধৃতশৃঙ্গবিভিন্নাশ্চ খণ্ডংখণ্ডং যযুর্ঘনাঃ।
শ্বাসানিলাস্তাঃ শতশো নিপেতুর্নভসোঽচলাঃ ।।২৭

ইতি ক্রোধসমাধ্মাতমাপতন্তং মহাসুরম্।
দৃষ্ট্বা সা চণ্ডিকা কোপাৎ তদ্বধায় তদাকরোৎ।।২৮

সা ক্ষিপ্ত্বা তস্য বৈ পাশং তং ববন্ধ মহাসুরম্।
তত্যাজ মাহিষং রূপং সোঽপি বদ্ধো মহামৃধে ।।২৯

ততঃ সিংহোঽভবৎ সদ্যো যাবত্তস্যাম্বিকা শিরঃ।
ছিনত্তি তাবৎ পুরুষঃ খড়গপাণিরদৃশ্যত ।। ৩০

তত এবাশু পুরুষং দেবী চিচ্ছেদ সায়কৈঃ।
তং খড়্গচর্ম্মণা সার্দ্ধং ততঃ সোঽভূন্মহাগজঃ ।। ৩১

---

অতিয়াদা নোংপুম্বা হিংচাবা হবোইগী মচীনা থুগাইদুনা ঈভোষ্ট ভোইরে, মহাক্কী ফী ফী কামথোকপদা চীঙ চাম চামনা নিংথৌ লৈপাক্তা পাইখৎলুরগা লৈপাক্তা তারকলে ।২৭।

চণ্ডিকা লাইরেমান৷ মাসুম তৌদুনা সাওরবা ইরোইবু লাকলে হাঙবা উরদুনা হাৎকে হাঙদুনা সাওরে ।২৮।

লাইরেমানা থৌরি খুৎলাই লংদুনা মহাকপু পুনলে, ইরোই হিংচাবসু লানফমদা মাবু থৌরিনা পুল্লে হাঙবা খংলদুনা মহাক্কী ইরোইগী মশকপু হন্দোকলে ।২৯।

মাদুগী মতুংদা হিংচাবনা খুৎথক্তা নোংশা ওনলে, চণ্ডিকা লাইরেমানা মকোক্তা থাংনা য়াননে, মাদুমক্তদা হিংচাবনা থাঙ পাইবা নিপা অমা ওইরে ।৩০।

মতম অদুদা লাইরেমানা তেন কাপসিনদুনা চুজোই থাক্তা লোই-নবা মশাবু মকুপ মকুপ ওইনা ককথৎলে, খুৎথক্তা হিংচাবনা শাবু অমা ওইখরে ।৩১।

করেণ চ মহাসিংহং তং চকর্ষ জগর্জ্জ চ।
কর্ষতস্তু করং দেবী খড়্গেন নিরকৃন্তত ॥ ৩২

ততো মহাসুরো ভূয়ো মাহিষং বপুরাস্থিতঃ।
তথৈব ক্ষোভয়ামাস ত্রৈলোক্যং সচরাচরম্ ॥ ৩৩

ততঃ ক্রুদ্ধা জগন্মাতা চণ্ডিকা পানমুত্তমম্।
পপৌ পুনঃ পুনশ্চৈব জহাসারুণলোচনা ॥৩৪

ননর্দ্দ চাসুরঃ সোঽপি বলবীর্য্যমদোদ্ধতঃ।
বিষাণাভ্যাঞ্চ চিক্ষেপ চণ্ডিকাং প্রতি ভূধরান্ ॥ ৩৫

সা চ তান্ প্রহিতাংস্তেন চূর্ণয়ন্তী শরোৎকরৈঃ।
উবাচ তং মদোদ্ধূতমুখরাগাকুলাক্ষরম্ ॥ ৩৬

---

হিংচাবনা ওঈবা শাবুহুনা মনাতোননা লাইরেমাগী শাদোং নোংশাবু কোতূনা চিংশনহুনা ঙংই। লাইরেমাসু থাঙনা শাবুগী মনাতোনবু ককথংলি।৩২।

অহুগী মতুংদা ইরোই হিংচাবনা অমোক হন্না মাগী মশকপু ইরোইগী অমোক ওইরে। অহুগী মতুংদা অচংপা চংতপা ভাইবংপুম্বাবু হান্না তৌবাগুমা মীপাই থবাইহনলে।৩৩।

ভাইবংপানবাপুম্বাগী মমা চণ্ডিকা লাইরেমানা সাওরুহুনা মনবা, কনলবা য়ুবুহন্না হন্না থকুনা মীৎ ঙাংসং ঙাংলে অহুগা য়াংনা খাক্ন খাক্ন নোকখি।৩৪।

মতিক মঙন পাঙ্গন নাপননা ঙাওরবা হিংচাবাহুনা ঙংলহুনা মচীদা চীঙ ময়াম্বু কোৎতুনা কোতূনা লাইরেমাদা লংসনলকলে।৩৫।

লাইরেমানা হিংচাবনা হুজিলকপা চীঙ ময়াম অহুমু তেনজা থাহুনা মুতোই তোইনা থুগাইরে, য়ুথকুনা অঙাংবা মাইথোংবু অমোক হন্না ঙাংহল্লু- না য়ুথকপাগী বাঙাং নৈ লোয়হুনা হিংচাবদা হাইরকই খজ্জ

দেব্যুবাচ ॥ ৩৭

গর্জ্জ গর্জ্জ ক্ষণং মূঢ় মধু যাবৎ পিবাম্যহম্ ।
ময়া ত্বয়ি হতেঽত্রৈব গর্জ্জিষ্যন্ত্যাশু দেবতাঃ॥ ৩৮

ঋষিরুবাচ ॥ ৩৯

এবমুক্ত্বা সমুৎপত্য সারূঢ়া তং মহাসুরম্ ।
পাদেনাক্রম্য কণ্ঠে চ শূলেনৈনমতাড়য়ৎ ॥ ৪০

ততঃ সোঽপি পদাক্রান্তস্তয়া নিজমুখাত্ততঃ ।
অর্দ্ধনিষ্ক্রান্ত এবাতি দেব্যা বীর্য্যেণ সংবৃতঃ ॥ ৪১

অর্দ্ধনিষ্ক্রান্ত এবাসৌ যুধ্যমানো মহাসুরঃ ।
তয়া মহাসিনা দেব্যা শিরশ্ছিত্ত্বা নিপাতিতঃ ॥ ৪২

---

লাইরেমানা হাঙ্গি,— হো অপংবা! ঐনা মধু থকলিঙৈগী মথে নং ঙংঙু ঐনা হাৎতোক্লগা লাইনা অমোক ঙংহৌগনি ।৩৭।৩৮।

ঋষিনা হাঙ্গি,— লাইরেমানা মাসুম্না হাইহুনা নিংথৌ লৈপাক লোনদা চোংথৎলগা ইরোই হিংচাগী মথক্তা তোংলে, অদুগা খোঙনা মখৌড়ীদা নেত্তুনা মথবাক্তা ভানা থিল্লে ।৩৯।৪০।

হিংচাবা অদুনা লাইরেমাগী খোঙনা নেৎথাদুনা লেংবা ঙমদ্রবদা মাগী মশক ইরোইগীময়াদগী মীগী মশক অমা ভংখাই চন্না লিৎথোকলকলে, খুৎথক্তা লাইরেমানা কন্না নমথাদুনা হিংচাবগী মীগী মশক অদু থিংহুনা থমলে— পুন্না থোকহনদরে ।৪১।

হিংচাবা অদুনা মশামু ভংখাই অমা লিৎথোক্লুনা লান তৌরে, লাইরেমানা থাংশাংনা মকোক ককতুনা হাংলে ।৪২।

ততো হাহাকৃতং সর্ব্বং দৈত্যসৈন্যং ননাশ তৎ।
প্রহর্ষঞ্চ পরং জগ্মুঃ সকলা দেবতাগণাঃ ॥ ৪৩
তুষ্টুবুস্তাং সুরা দেবীং সহ দিব্যৈর্মহর্ষিভিঃ।
জগুর্গন্ধর্ব্বপতয়ো ননৃতুশ্চাপ্সরোগণাঃ ॥ ৪৪

ইতি মার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে
দেবীমাহাত্ম্যে মহিষাসুরবধঃ ॥ ৩

---

অদুগী মতুংদা লেমহৌবা হিংচাবা তেঙ্গোন সীংনা হা হা হাঈদুনা চেনখরে, মাদু উবদা লাইপুম্বা যাম্না হরাওরে।৪৩।

লাইপুম্বানা স্বর্গদা লৈবা নারদনাচিংবা ঋষিসীংনা অমসু অতৈ অতোপ্পা মহর্ষিসীংগা লোইনাদুনা লাইরেমাদু লৈসি লৈথোনলে, বিশ্বাবসু গন্ধর্বনাচিংবনা ঈশৈ শক্কুনা উর্বশীনাচিংবী অপ্সরাসিংনা জগোই শাথি ।৪৪

মার্কণ্ডেয় পুরাণগী মন্নুংদা লৈবা সাবর্ণিমনুগী মন্নুংচনবা
লাইরেমাগী মগুন ফোংদোকপা লৈসি লৈথোন— স্তোত্রগী
মহিষাসুর হাৎপা কৌবা অহুমসুবা
অধ্যায় লোইবে।

—•*:(*):*•—

( চতুর্থোঽধ্যায়ঃ )

[ মহিষাসুরবধসমাপ্তঃ ]

—(*)—

ঋষিরুবাচ ॥ ১

শক্রাদয়ঃ সুরগণা নিহতেঽতিবীর্য্যে
তস্মিন্ দুরাত্মনি সুরারিবলে চ দেব্যা।
তাং তুষ্টুবুঃ প্রণতিনম্রশিরোধরাংসা
বাগ্‌ভিঃ প্রহর্ষপুলকোদ্গমচারুদেহাঃ ॥ ২

দেব্যা যয়া ততমিদং জগদাত্মশক্ত্যা
নিঃশেষদেবগণশক্তিসমূহমূর্ত্ত্যা।
তামম্বিকামখিলদেবমহর্ষিপূজ্যাং
ভক্ত্যা নতাঃ স্ম বিদধাতু শুভানি সা নঃ ॥ ৩

---

ঋষিনা হাঙ্গি,— লাইরেমানা অকনবা, পুকচেন ফত্তবা মহিষাসুরবু অমসু মহাক্কী তেঙ্গোনবু হাৎলবদা শ্বররেন্দনাচিংবা লাইসীংনা অমসু মহর্ষিসীংনা সুঙাইবনা মতুং চুংলে, মক্তবা মঙান পুবা লাই অমসু মহর্ষিসীংনা ওক অমসু লেংবানবু লুকথাদুনা অমসু খুরুমদুনা বাহৈ খিৰিকনা লাইরেমাবু নৈসি নৈথোনখি ।১।২।

ইন্দ্রনাচিংবা লাইসীংনা হাঙ্গি,— মহাকনা শ্বরারেন্দনাচিংবা লাইসী মঙনবু হেনগংহনগে হাঙ্গিদুনা মশক পানদুনা থোকপা, মানা মহাক্কী মপাঙ্গননা তাঙ্গিবংপুম্বাবু পুথোকপী, লাই অমসু ঋষিপুম্বাসী ঈড়াৎনকম ওইবী, অদুগুম্বী লাইরেমাবু ঐখোইনা ভক্তি তৌনা খুরুমজৈ, মহাকনা ঐখোইগী অফবা তৌবিসনু ।৩।

যস্যাঃ প্রভাবমতুলং ভগবাননন্তো
ব্রহ্মা হরশ্চ ন হি বক্তুমলং বলঞ্চ ।
সা চণ্ডিকাখিলজগৎপরিপালনায়
নাশায় চাশুভভয়স্য মতিং করোতু ॥ ৪

যা শ্রীঃ স্বয়ং সুকৃতীনাং ভবনেষ্বলক্ষ্মীঃ
পাপাত্মনাং কৃতধিয়াং হৃদয়েষু বুদ্ধিঃ ।
শ্রদ্ধা সতাং কুলজনপ্রভবস্য লজ্জা
তাং ত্বাং নতাঃ স্ম পরিপালয় দেবি বিশ্বম্ ॥ ৫

কিং বর্ণয়াম তব রূপমচিন্ত্যমেতৎ
কিঞ্চাতিবীর্য্যমসুরক্ষয়কারি ভূরি ।
কিঞ্চাহবেষু চরিতানি তবাতি যানি
সর্ব্বেষু দেব্যসুরদেবগণাদিকেষু ॥ ৬

---

তাইবংপুম্বাবু মানা ঙাক্লনা হিংহনবা বিষ্ণু, তাইবংবু মানা শেম্বা ব্রহ্মা অমসু তাইবংবু মহাকনা মাংহনগা মহাদেব, মাখোই অহুম্মকনসু নহাক্কী নতিক নঙনবু ফোংদোকপা ঙমদবী অদুগুম্বী চণ্ডিকা লাইরেমানা তাইবংপুম্বাবু ঙাকপিগে অমসু হিংচাবগী অকিবা কোকপীগে হাঈনা নিংবিসন্থু।৪।

নহাকনা পুন্য চেনবা মীংগী ময়ুমদা লক্ষ্মী ওইনা লৈবী পাপ চেনবা মীংগী ময়ুমদানা অলক্ষ্মী ওইনা লৈবীনি, পুকচেন লুবাগী থমোইদা লৌসিং ওইহুনা লৈ, অফবা মীগী মরিদা থাজবা ওইহুনা লৈ, থাগৈ লাংকবা মীগী মকমদা ঈকাইবা ওইনা লৈ, অসিগুম্বা লাইরেমা নহাকপু ঐখোইনা খুরুমজৈ, হে লাইরেমা নহাকনা তাইবংবু ঙাকপীয়ু।৫।

হে লাইরেমা। লাই, হিংচাবা, অমসু প্রমথগণ পুম্নামকনা নহাক্কী নশকপু থমোইদা হাপ্তুনা নিংবা ঙমদে, লানফমদা থোরকপা নত্তিকনা লোইবা নাইদে। নহাক্কী হিংচাবাবু মাংহনবা ঙবা পাজনবা ওনখোকনবা

হেতুঃ সমস্তজগতাং ত্রিগুণাপি দোষৈ
র্নজ্ঞায়সে হরিহরাদিভিরপ্যপারা।
সর্ব্বাশ্রয়াখিলমিদং জগদংশভূত-
মব্যাকৃতা হি পরমা প্রকৃতিস্ত্বমাদ্যা ॥ ৭

যস্যা সমস্তসুরতা সমুদীরণেন
তৃপ্তিং প্রয়াতি সকলেষু মখেষু দেবি।
স্বাহাসি বৈ পিতৃগণস্য চ তৃপ্তিহেতু-
রুচ্চার্য্যসে ত্বমত এব জনৈঃ স্বধা চ ‖ ৮

মরাং কাইনা লৈ, মরম অসিদগী মহাক্কী পুকনিংনা লৌসিংনা খল্লুহুনা-সু লাম্বা ফংদবা নশকপু ঐখোইনা করমদৌনা চিন্না হাঙ্গবা ঙমগদগে ? ।৬

হে লাইরেমা নহাক্তি তাইবংপুম্বাগী হৌরকফম মরুনি, নহাকন্তি -সত্ব (অওইবা) রজস্ (চুবা) অমসু তমস্ (মম্বা) অহুমনা তিনবীনি, অদুবু রাগ— অপাম্বনাচিংবা ফত্তবা সীংগী বিষয়দি ওইদে, (অপাম্বনা-চিংবানা চংবা ঙমদে) ইরি, হর, অমসু ব্রহ্মা অহুম্না নহাকপু খংবা ঙমদে, নহাক্তি পুম্নামক্কী তুঙ্গফমনি, তাইবং অসিনা নহাক্কী মশুং অমনি। অদুগা নহাক্তি মশক হোংদবীনি। নহাকনা পরমাত্মাবু জীবাত্মা ওইনা খাইদোকই, নহাক্তি থাঙ্গৈশংবী অহানবী প্রকৃতি (মহৌশা) নি ।৭।

হে লাইরেমা ! যজ্ঞদা হোত্তাসীংনা লাইসীংগী পেন্নবাগীদমক "স্বাহা" লাইরা অসি হাঙ্গহুনা আহুতিপী, অদুগুম্বা "স্বাহা" হাঙ্গবা লাইরাহু নহাক-নি,। অমসু অপোকপাসীংগী পেন্নানবাগীদমক পোৎলসু পীবদা "স্বধা" লাইরা অসি হাঙ্গ,— স্বধা কৌবা লাইরা অদুসু নহাকনি; মরম অসিদগী লাইবু ঊড়াৎপাদীংনা অমা অপোকপাবু লাৎপাসীংনসু নহাকত্তবু হাঙ্গহু-না (১৪) শোননি ।৮।

১৪) উপনিষৎনা "প্রাণ" মিজৌ অসি হাঙ্গহুনা মহাকপু উপাসনা তৌবা

যা মুক্তিহেতুরবিচিন্ত্যমহাব্রতা চ
অভ্যস্যসে সুনিয়তেন্দ্রিয়তত্ত্বসারৈঃ।

হে লাইরেমা। মুক্তি কংননবাগী মরম ওইবী, অমসুং মীওইবনা তৌবা ঙম্নদবা বৃহদ্ ব্রহ্মচারীনাচিংবাবু তৌদুনা মাহুক্সু ফংগে হাইদুনা

অদুবু তন্ত্রনা বাক্ কৌদুনা উপাসনা তৌই। মহাকপু মৈতৈরোনদা অন্ত্যস্থব ওইবমবয়া বা (ওয়া) তা হাঙ্গি, অর্থাৎকদি মৈতৈদা গ্রন্থ (লোপ) ওই। মাদুদি প্রাণ = বাক্ মৈতৈনা বা (ওয়া) হাঙ্গিবনি। মহাকপু সপ্তশতীদা "চণ্ডিকা" কৌই। সাংখ্যদা প্রকৃতি, বেদান্তদা মায়া, প্রসবধর্মিণী অসিনাচিংবা কোগে হাঙ্গিবামা কৌসনু খোঞ্জেন কৌবা পোৎকী মশকপু হাঙ্গিবনি। ভারতকী হিন্দু জাতিপুম্বনা উপাসনা তৌবা পোৎশকতি খোঞ্জেনগী মশকপুনি। মীওইবনা ইমাগী গর্ভদা মতুম মচা অমা ওইরিঙৈ অহানবা চংবা মতুম অদুগী মহুৎদা অহাংবানা মতমগী মতুংইন্না থোরকই। অহোবা অদুগী মহুৎদা "ওঁ"—খোঞ্জেন অসি ওইদুনা প্রাণ = বাক্ = বানা চংই। মাদুনা মনুংদা হকংহন্দা ৫৩পদগী মতুম অদুনা মথং মথং চাওরক্কনা হকচাং অসি ওইরগা থা ৯ মুমিং ১০নি সুরগা ইমাগী পুকনুংদগী ঐথোইনা মপান্দা থোরকই। মাসুম তৌদুনা তাইবংমীনা পোকই। অহানবা চংথিবা প্রাণ = থবাইনা মূলাধার (ঈশিংখোংগা গুহ্যগা অনিগী মরক্তা থৃদোন অনিগী মানতা চাওবা মফম) দা খোঞ্জেন ওইনা ঙংদুনা লৈ। মানা হকচাং অসিদগী মপানদা থোকথিবাবু থল্লাইনা থাদোক্লবা হকচাংবু শিববা কৌই। ঐথোইনা চংলিঙৈদা নাকোং মেনলগা খোঞ্জেন অদুবু "ওঁ" হংঙ্গিনাদি তাবা ফংদে, মতা অমা ওইনা তাই, মাদুবু সানবা (সাধনা তৌর) গা শ্রীগুরুগী থৌজান ফংলবদা শেংনা তাগদবনি। মীওইবনা বা হাঙ্গিগে হাঙ্গিদুনা নিংলবদা লৌসিংনা পুকনিংদা ইনসিনলগা পুকনিংনা খোঞ্জেনবু হকচাংগী মৈদা— প্রাণগী লৈফম মরিমরুপতা ফুদুনা খোঞ্জেননা মথং মথং কোক ফাউবা কারকতুনা থোরকই। থবাক খোরি, ঙো, কোক, মা, চিন্নবান অসিনাচিংবদা থেংলগা স্বর, ব্যঞ্জন ময়েক ওইদুনা বাহৈনা পোকই।

করিগুম্বা মিং অমাগী মকোক হৌবা ময়েকতা অনুসার হাপচিনলগা মাদুবু "বীজ" = মরু কৌই। মাদুদি "গুরু" মিং অসিগী "গুং" অসিনা বীজ অমনি, খোইদিং মরুদগী খোইদিং পানবীনা থোকবিরক্তা ৩৬ বীজ-

মোক্ষার্থিভির্মুনিভিরস্তসমস্তদোষৈ-
র্বিবস্যাসি সা ভগবতী পরমা হি দেবি ॥ ৯

অঙ্গরিবা সেবী অদু নহাকনি। মহাক্কী হকচাং পুম্বাবু লাকসিন্দুনা ব্রহ্ম-
বু সংসংনা থংবা হাঙ্গৈবা অদুস্তনা মহেনলে, হাঙ্গৈনা নিংবা মুনিসীং
মশাদা য়াগনাচিংবা ফত্তবা য়াওদ্রবা মোক্ষবু পাম্বাসীংনা মহাক্তবু কংগে
হাঙ্গৈদুনা মুমিং চুপপা সাধনা (সান্নবা) তৌরিবী পুম্নামক থংবী, পুম্না-
মক্কগী মানা মহেনলবী বিদ্যা কৌবী অদো ইমা নহাকনি।৯।

নগী "গুরু" মিং অসি থোকখিবনি। থূদমগীদনক ইষ্টদেব (অপাম্বা লাই) বু
নিংগে হাঙ্গৈরবদি লাই অদুগী মন্ত্র (মন্ত্র) বু মাগী বীজগা লোইননা শোনদি
মাদুম্না শোনবা মতম অদুদা মুলাধারদগীনা কোক ফাওবা থোঙ্জেলনা
সিনথুংদুনা লৈ, মাদুদি করিগুম্বা মন্ত্র অমাবু মাগী মথোনবু থোকহনবা মতমদা থোঙ্জেলনা
অদুনা মন্ত্র অদুগী মশাপুন্দা। শিন থুংনা লৈ, মাদুগুম্না ঐথোইনা শোনলিবা লাইবু
মন্ত্র অদুগী মশক ওইবা থোঙ্জেলনা হকচাং পুম্বা সিনথুংনা লৈ। অদুগুম্বা
থোঙ্জেল অদুবু মন্ত্র অদুনা হাঙ্গৈরিবা লাই অদুগী মশক ওইনা নিংগদবনি, মা-
দুবু ধ্যান ঔবা কৌই। মাসুম তৌদুনা মন্ত্র অদুবু শোন্দুনা ২ ইষ্টদেবগী
মশক অদুবু নিংশিংগদবনি, অসিগুম্বা মতম অমা ওইরকই। মাদুদি মাদুম্না
নিংশংবদা ইষ্টদেবগী মশকপু সংসংনা ঐথোইনা উই। মতম অদুদি শ্রীগুরু
দেবগী থোজান হেক ফংবা হুমিত্তা হেক্কা উই। মাদিবু ইন্দুনা লাই'নংবা কৌই।
অসিগুম্বা মুমিং অদুবু ওইননবা তানবাবু সাধপা = সান্নবা কৌই। তাইবং
পানবদা পোকপাগী কান্নবা হাঙ্গৈবদি মাসিতনি, পুম্নমক্কনা ত ম্না বর্স মা সত্তবু
জানবনি

সাধনা (সান্নবা) হাঙ্গৈব দ মীওইবন মাসিবু ফংননবাগীদমক শ্রীগুরুবু
ইহান হান্না থিগদনি। মরমদি শিষ্য ওইবা তম্নবগীদমকনি। শ্রীগুরুদ লাইশক
কবা মতমদসু ফংলুগ ন, ফংবদা ব্রাবদি মীওইবনা মহাক্কপু শিষ্য ওইবা হোৎনবা
তানবা অসি পংনা ফংবা ঙমদে। অদুনা শ্রীগুরু ওইগনবানা মতিক চাবা অদুগী
মাক্কা পৌগন তৌদুনা অমসু থুম্নমদুনা কুইনা লৈরগা মী অদুনা শিষ্য ওইজ
চানবা মতমদা শ্রীগুরুনা মন্ত্র অদুবু তমিগ ন, মাদু কান্নবা অদুদা দীক্ষা লৌ-
গনি। শিষ্যনা মীং ও শনম্নগী শ্রীগুরুদেবদা নাক্কোংনা মন্ত্র অদু তম্বীবদু শিষ্যনা
থুমদুনা শোনবদা শিষ্যগী মুলাধারদগীনা কোক ফাওবা মন্ত্রগী থোঙ্জেলনা লৈনা

শব্দাত্মিকা সুবিমলর্গ্যজুষাং নিধান-
মুদ্গীতরম্যপদপাঠবতাঞ্চ সাম্নাম্।

মহাক্তি খোঙ্গেনমা নহাক্কী নশক ওই, মরম অদুনা অশেংবা জ্ঞানবু ফংননবগী মরু ওইবা ঋগ, যজুঃ অমসু অনেখা, অরাংবা; ময়াই খোন-থাং অহুম্না শকপা রাহৈখিবিকনা মশক ওইনবা সাম বেদ, বেদ অহুম্না নঙোন্দগী থোকখিবনি, অদুনা নহাক্তি বেদ অহুম্না নহাক্কী নশকনি।

মফম পুম্বদা ইষ্টদেব (নিংথিবা লাই) গী মশকপু নিংসংবদা মথন্তা ফুং লাউনা ঙানথোক্লকই। শ্রীগুরুনা হংই, উরবরা? শিষ্যনা উরে, শ্রীগুরুনা নংগা ঐগা চপ মান্নে মাঙ্গনি, মশা অমত্তনি। মাসি হাঙ্গৈরগা শ্রীগুরুনা সনাগী এতুম অমা পাইদুনা শিষ্যগী থমোইদা শোক্কনি, অদুগা মীৎ পাংলো হাঙ্গৈরগা মীৎ পাংগ-নি। অদুগা শিষ্যনা শ্রীগুরুবু খুরুমবদা হাই, "অজ্ঞানতিমিরান্ধস্য থংদবনা মন্নবা ঐগী জ্ঞানাজ্ঞনশলাকয়া, থংবাগী মশক ওইবা চৈনা মরম ওইদুনা, চক্ষুঃ উন্মিলিতংযেন, মীৎপু পাংহনবা, তস্মৈ শ্রীগুরবেনমঃ শ্রীগুরুদেববু খুরুমজে। মাসিনি, হিন্দুগী সাধনাদি, থোঙ্গেনগী মশক (শব্দতত্ত্ব) পুনিংবনি। থোঙ্গেন অদুনা থমোইদা মদুংদা ইষ্টদেবগী মশক ওইনা ঙানথোকই।

মরম অসিনা আলোচ্য শ্লোক অসিদা লাইসাংনা চণ্ডিকাবু নহাক্তি স্বধানি,—স্বাহানি, হাঙ্গৈবদি ব্রাহ্মণোক—নি, থোঙ্গেনগী মশক (তত্ত্ব)না নহাকনি, হাঙ্গৈ-বনি। মাসিবু আধ্যাত্মিক সাধনা কৌই। মাসুম তৌদুনা আধ্যাত্মিক সাধনা-দা ইষ্টদেবগী শ্রীচরনদা শ্রীগুরুনা তাকপীবাগী মতুংইন্না সেবা—থৌগল তৌগনি, লৈচন্দন, ধূপ দীপ, পাদ্য, অর্ঘ্য, নৈবিদ্যনাচিংবা কৎকনি। থোঙ্গেনদগী তাই-বংপানদা পুন্নামকনা থোকপনি। অদুনা মন্ত্র অদুনা ওইবা য়াদবা পোৎ লৈবা হৌনদে। অদুনা কৎনিংবা পোৎপুম্বা অধ্যাত্মিক সাধনাদা রাৎপা লৈবা হৌন-দে, পুন্নামক অদু কংকদবনি। আধ্যাত্মিককী মপান্দা তাইবংদা উরিবা পোৎ হৈ, লৈনাচিংবা অসিদি আধ্যাত্মিকতা কৎপা অদুগী মতৌ তমদুনা কৎচবনি, ভক্তিপীদমক্তনি. চাম্নাবদি আধ্যাত্মিককা আসর্তান। আধিদৈবিকসু অদু মঙাই, আধ্যাত্মিককী মাৎপাংদরিবাদমথৈ কবিসু ওইদে। মপান্দা তাইবংদা উরিবা বৃন্দাবন, কাশীনাচিংবা ধাম অসিনা মীবু শেম্বীবদি কুইরগা তুক মতাচাঙ্গরগা শানবিরনি অদুসু আধ্যাত্মিককী য়াওদরিঙৈদদি করিসু কায়দে।

দেবী ত্রয়ী ভগবতী ভবভাবনায়
বার্ত্তা চ সর্ব্বজগতাং পরমার্ত্তিহন্ত্রী ॥ ১০

নহাকনা লৌউ সিঙউবা নলোন ইতিক ওন্দুনা মীওইবগী লাইর চুথবা অবাবব্ ( ১৫ ) কোকহনবী ॥ ১০ ॥

(১৫) আলোচ্য শ্লোক অসিনা লাইরেমাবু শব্দাত্মিকা=খোঙ্গেননি, হাঙ্গ-না তাকলি। মাসিদা থংজিনগদবদি মাসিনি, মাহুদি ত্বাইবংপানবদা লৈ-বা লেংই পাল্লিবা—মশক মমিং পানবা পোৎ পুম্নমক অসিদি খোঙ্গেল্পা ওইবা ঙাক্তনি, ভৌইগুমস্থ লাইরেমাদি খোঙ্গেল্পা ওইবা নত্তে, তাই বং পুমনমকপু মানা ওইবা খোঙ্গেল অহুবু লাইরেমানি, হায়ব-নি। মহাক্তি মীওইবগী মুলাধারদা লৈঁ মাহুবু "ঘোষ নত্রগা নাদ" কৌই। মহাকপুদি ঐখোইনা নাকোংনা তাবা ফংদে শ্রীভাগবতনা হাঙ্গ, নাকোং মেনসিনলগা মতা অমা ওইনা তাবা মখোল অহু ঘোষনা মূলা-ধারদা লৈবগী খুদমনি। শ্রীগুরুদেবগী কৃপা ফংলবা মতমদা ঐখোইনা মা হুবু তাগদবনি। মাহু তাবহুবু লাইবু সংসংনা উবা কৌই। মাহুবু শ্রীকৃষ্ণ শিব, লাইরেমা, গোড, অল্লা, খোদা অসিনচিংবা সিং কয়ামুকনা কৌনৈ। বেদনচিংবা সাস্ত্র পুম্বনা তাকলিবা লাইদি মাহুনি, মাহুবু মতাং অসিদা লাইরেমা কৌবতনি।

আলোচ্য শ্লোক অসিনা হাঙ্গরিবা ভাবার্থদি,—মূলাধারদা লৈরিঙৈ দা খোঙ্গেনবু ঘোষ=নাদ কৌই। মহাকনা মণিপুর ফাউবা সিনথুংনা লৈ রগা পশ্যন্তী, মণিপুরদগীনা খৌড়ী ফাউববুনা মধ্যমা কৌই, অমসু খো ড়ীদগীনা চীন ফাউবদা লৈবাবুনা বৈখরী কৌই, হাঙ্গশ্রবা খোঙ্গেন মখল মরি অসি ঘোষ=নাদ, পশ্যন্তী, মধ্যমা, বৈখরী, মরি অসি ওইনা খোঙ্গেন না থোরক্লগা মপানদা মুংসিৎতা কুই, মাহুদগী মুসিংনা ঈথক হৌ-খিহুনা মথং মথং চৎতুনা নাকোং পুংমাইদা থোকপা খোনজেলবু তাই। অমুম ভৌহুনা মপানদা থোরকপা খোঙ্গেল অসিনা ঋগ, যজুঃ, সাম কৌবা বেদ অহুম ওই। অসিগুম্বা বেদ অহুমক অসিদি লাই-

মেধাসি দেবি বিদিতাখিলশাস্ত্রসারা
দুর্গাসি দুর্গভবসাগরনৌরসঙ্গা।
শ্রীঃ কৈটভারিহৃদয়ৈককৃতাধিবাসা
গৌরী ত্বমেব শশিমৌলিকৃতপ্রতিষ্ঠা ॥১১

---

হে লাইরেমা! খেদনচিংবা শাস্ত্র পুম্বগী তত্ত্বসু খংবা মেধা কৌবী অসু নহাকনি, মরম অসুদগী নহাকনা লানথোক্নপা ওমদবা তাইবংপানবা সমুদ্রবু লাম্মনবা হি নি, অমগা য়ানস্লিনবা য়াও য়বী থাদেশেংবা খংবজবা মশাক ওইবী অনি মুদবীনি, নহাকতি অরেপপনি, মিকুপগী থবাক্তা লৈবীনবী নি অমসু থানা মরাইপক্তা থোকপা মহাদেবগী হকচাং অঙথাইঅমা ওইবীনি ॥

---

রেমানি। মীওইবনা জ্ঞান কৌবা অমৃতবু থকে হাঙরবদি বেদদা চংদরিব মখৈ, জ্ঞানগী অমৃতবু থকপা ওমদে। জ্ঞান কৌবা অমৃতবু ইমা লাইরেমা মা মীওইবদা পীথক্তুনা মীওইববু য়োকপীদুনা অমাবা কোকহনলি। অমসু জ্ঞানগী মশক ওইবা অমৃতবু থকপা ফংদবা মীওইববুদি ইমা লাই-রেমানা য়োক্লবলা? হাঙগনি, লাইরেমাদি তাইবংপুম্বগী মমানি, বেদ অমা ওমদন্নবা মীমরুনা ইমা লাইরেমানা লৌউবা ললোনবা কৌবী শিন ওই না অবতার ঊোহুনা য়োক্লই।

লাইরিক ওমহুনা বেদগী মশক ওইবা খোঙ্গাংথকপা অনিংবানিংদি নুমিৎচুপপা ইমাবু ঈড়াংহুনা থৌগল তৌই, অদুগা জ্ঞান ফংলবা লৌউবা অমসু ললোনবা মী:দি ইমাবু করম্না ঈড়াংপগে হাঙগনি। ঐখোইনা লাই-রেমাবু ঈড়াংপা মতমদা নফুদেবী — নব পত্রিকা হাঙহুনা পান্দোং মাপন্না ইমাগী মশক ওইহুনা চহি খুদিংগী লাৎলিবা সিনি। অমসু ললোনবগীং না বৈশাখাগী পুণিমাদা গন্ধেশ্বরী কৌহনা ললোনবা কৌবী ইমাবু ঈড়াং-লিবা সিনি। তাইবংদা মীওইবনা বেদ, লৌউবা, [illegible] মরক্তা ইমা অমগী খোঙ্গাং থক্কবা জীব থরাইপানবা থৌরাং লৌ-রবে। অদুগা প্রাণী খোঙ্গাংমা হিংবা মীওইবনা ইমাবু ঈড়াংলবদি শ্রী অমসু অমা মশাক খংববনি, হিংগানবনি, ইমাগী [illegible] থাজবনি মাহুনি

ঈষৎসহাসমমলং পরিপূর্ণচন্দ্র-
বিম্বানুকারি কনকোত্তমকান্তিকান্তম্।
অত্যদ্ভুতং প্রহৃতমাত্তরুষা তথাপি
বক্ত্রং বিলোক্য সহসা মহিষাসুরেণ ॥ ১২
দৃষ্ট্বা তু দেবি কুপিতং ভ্রূকুটীকরাল-
মুদ্যচ্ছশাঙ্কসদৃশচ্ছবি যন্ন সদ্যঃ।
প্রাণান্ মুমোচ মহিষস্তদতীব চিত্রং
কৈর্জীব্যতে হি কুপিতান্তকদর্শনেন ॥ ১৩
দেবি প্রসীদ পরমা ভবতী ভবায়
সদ্যো বিনাশয়সি কোপবতী কুলানি।
বিজ্ঞাতমেতদধুনৈব যদস্তমেত-
ন্নীতং বলং সুবিপুলং মহিষাসুরস্য ॥ ১৪

---

হে লাইরেমা! মপুম ফাব্রবা থা মকপ্ হেন্না মচু ফজবা অকবা পনাগুম্বা মঙান ওইবা, ফজবা খজিক্তং মোমোন নোকপা নহাক্কী মাইথোংবু উরগা ইরোই হিংচাবনা সাওহুনা ইথং খংহৌদনা খুদংথাইনা থাই, মাসি ওনথোকনা চুমদে ॥ ১২ ||

হে লাইরেমা! নহাককী সাওহুনা পীশুম থেকপনা অকিবগী মশক ওইবা তনৌ ২না থোরকপা থাওগুম্না শাংঙ্গা ভোবা মাইথোংবু উরবামক্তদা ইরোই হিংচাবনা খুংথক্তা শিদে, মাসি ওনথোকপনি মরমদি যমনা সাওবা উরবদা থবাইপানবা কনানা থবাই পুবা ঙমগদবগে ॥ ১৩ ॥

হে লাইরেমা! নহাকনা পেন্নগা ভাইবংপানবনা হিংহনা পান্নি, নহাকনা সাওরবদি এরবা পুমনা খুংকত্তা তুম্মি, মাসিবু ঐখোইনা ভদেং

তে সম্মতা জনপদেষু ধনানি তেষাং
তেষাং য়শাংসি ন চ সীদতি ধর্ম্মবর্গঃ।
ধন্যাস্ত এব নিভৃতাত্মজভৃত্যদারা
যেষাং সদাভ্যুদয়দা ভবতী প্রসন্না॥ ১৫
ধর্ম্ম্যাণি দেবি সকলানি সদৈব কর্ম্মা-
ণ্যত্যাদৃতঃ প্রতিদিনং সুকৃতী করোতি।
স্বর্গং প্রয়াতি চ ততো ভবতী প্রসাদা-
ল্লোকত্রয়েঽপি ফলদা ননু দেবি তেন॥ ১৬

ভশেংনা খংলে মাহুদি অসিগুম্বা ইরোই হিংচাবগী কনলবা পাজন পুম্বা মাংবদা উরে॥ ১৪॥

হে লাইরেমা! নহাকনা পেনবিরবা মীদা মতবপুম্নামক্তা মী অহু-গী অপাম্বা মহৈবু নহাকনা পীনবি, অহুগুম্বা মীসিং অহুনা মক্ষমপুমবমক্তা মাইপাকপা ওই মখোই অহুনা লন ময়াম লৈবা, নিংথিবা মিংচৎ ফংবা ওই, মাখোই অহুগী মরিদা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ কৌবা ধর্ম্ম-গী কাংলুপনা অমাংবা ওইদে। মাখোইগী মনাই, মচা অমসুং মহুনা নোমুকপা ওই, মরম অহুদগী, তাইবংপানবদা মাখোই অহুনা লাইপক ফবা ওই॥ ১৫॥

হে লাইরেমা! নহাক্কী থৌজান ফংলবা মীনা মতম পুম্নামক্তা থাজনা মুমিৎ খুদিংগী ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌই, মাহুগী মহৈনা মাখোইনা স্বর্গবু ফংই, মাখোইনা মোক্ষ কাউবাবু ফংই মরম অসিদগী মরোন অহুমদা (১৬) নহাকনা অপাম্বা মখৈ পী।১৬।

(১৬) মরোন অহুমদা = মপোক অহুম হাঙৈবনি, ১ নহান অমোক্কী অহানবা মপোক্তা পুণ্য তানবা, পুণ্য অহুনা হন্দক্কী মপোক্তা মাগী ২ ধর্ম্ম চৎলি, ৩ মতুংদা স্বর্গ ফংই। অহুগী পুন্য ভোগ অহু লোইরগা মোক্ষ ফংই।

দুর্গে স্মৃতা হরসি ভীতিমশেষজন্তোঃ
স্বস্থৈঃ স্মৃতা মতিমতীব শুভাং দদাসি।
দারিদ্র্যদুঃখভয়হারিণি কা ত্বদন্যা
সর্ব্বোপকারকরণায় সদার্দ্রচিত্তা ॥ ১৭

এভির্হতৈর্জগদুপৈতি সুখং তথৈতে
কুর্ব্বন্তু নাম নরকায় চিরায় পাপম্।
সংগ্রামমৃত্যুমধিগম্য দিবং প্রয়াস্তু
মত্বেতি নূনমহিতান্ বিনিহংসি দেবি ॥ ১৮

দৃষ্ট্বৈব কিন্ন ভবতী প্রকরোতি ভস্ম
সর্ব্বাসুরানরিষু যৎ প্রহিণোষি শস্ত্রম্।
লোকান্ প্রয়ান্তু রিপবোঽপি হি শস্ত্রপূতা
ইত্থং মতির্ভবতি তেষ্বপি তেঽতিসাধ্বী ॥ ১৯

---

হে লাইরেম্বা নহাক্না লাইরচুথবা, অধ্যাত্মিকনাচিংবা অরাবা অমসু ভাইবংপানবাশী, অকিবাবু মাংহনলি, অরাবদা ভারবা মীনা নহাকপু নিংসংলগা অকিবা কোকই, অবা অনা লৈতবা মুগুারিবনা নহাকপু নিংসংলগা নহাকনা মীসীং অত্থবু তত্ত খংবাবু পীনবি, মরম অদিদগী মীপুম্বাবু থৌজানবীবাদা নহাক নত্তবা কনা লৈবগে।১৭।

হে লাইরেম্বা ! হিংচাবসীং অসিনা শিরবদি ভাইবংপুম্বা ইংনা পানগনি, পাপ চেনবা হিংচাবসীংনা শিরবদি নরক ভাগদবাসু লানদা শিরবদি নরক ভারোই, অসি খন্দুনা নহাকনা ফত্তবা হিংচাববু থৌ-জানবিহুনা হাংলি ॥ ১৮ ।

হে লাইরেম্বা নহাক্তি হিংচাবাসীংবু মীত্তবা এংবদা ভুমহনবা

খড়্গপ্রভানিকরবিস্ফুরণৈস্তথোগ্রৈঃ
শূলাগ্রকান্তিনিবহেন দৃশোঽসুরাণাম্।
যন্নাগতা বিলয়মংশুমদিন্দুখণ্ড-
যোগ্যাননং তব বিলোকয়তাং তদেতৎ ॥ ২০
দুর্বৃত্তবৃত্তশমনং তব দেবি শীলং
রূপং তথৈতদবিচিন্ত্যমতুল্যমন্যৈঃ।
বীর্য্যঞ্চ হন্তৃ হৃতদেবপরাক্রমাণাং
বৈরিষ্বপি প্রকটিতৈব দয়া ত্বয়েত্থম্ ॥ ২১
কেনোপমা ভবতু তেঽস্য পরাক্রমস্য
রূপঞ্চ শত্রুভয়কার্য্যতিহারি কুত্র।

---

ঙমই, ভৌইঙ্গবস্থু মাহুম্নদি তুমহন্দহুনা নহাকনা একনববু শুংলাইনা থারি, মাহুগী মরমদি খুংলাইনা থাহুনা মাখোইগী মশাদা লৈবা পাপপু শেংদোকলগা মাখোইনা স্বর্গদা কানবাগীদমকনি ।।১৯।।

হিংচাবাসীংনা মঙানগা লোইনবা থা মচেৎনা লৈতেংবা নহাক্কী মাইথোংবুদি এংনবস্থু, নহাক্কী অকিবাগী মশক ওইবা থাং অমস্থু অথোইবা ভাগী ময়া মভোনগী অবংবাবু উরগা- মাখোইগী থীৎনা শাংবা ঙমই, মাহু ওনথোকনা ঙকই ।।২০।।

হে লাইরেমা! মরমচৎ ফত্তবা হিংচাবাসীংগী পাপকী থৌচৎপু মাংহনবনা ইবেমাগী নহোশানি, নহাক্কী খম্মুহনা লাম্বা লম্দবা শককাম্ব থাবিনব। কনাগুম্বা অমত্তা লৈতে, নহাক্কী পাঙ্গলনা লাইসীংগী ভৌবা পুরকপু মাংহনলি হিংচাবাসীংগী ভৌবা পাঙ্গলবু লৈহনলে, মাদুম ভৌহুনা একবাদাস্থু থৌজানলি, মাসিস্থু খন্দুনা এংবদা থবো ওনলে ।।২১।।

হে লাইরেমা! নহাকনা হিংচাববু হাংপদা পুরথোকপা পাঙ্গল

চিত্তে কৃপা সমরনিষ্ঠুরতা চ দৃষ্টা
ত্বয্যেব দেবি বরদে ভুবনত্রয়েঽপি ॥ ২২
ত্রৈলোক্যমেতদখিলং রিপুনাশনেন
ত্রাতং ত্বয়া সমরমূর্দ্ধনি তেঽপি হত্বা ।
নীতা দিবং রিপুগণা ভয়মপ্যপাস্ত-
মস্মাকমুন্মদসুরারিভবন্নমস্তে ॥ ২৩
শূলেন পাহি নো দেবি পাহি খড়্গেন চাম্বিকে ।
ঘণ্টাস্বনেন নঃ পাহি চাপজ্যানিঃস্বনেন চ ॥ ২৪
প্রাচ্যাং রক্ষ প্রতীচ্যাঞ্চ চণ্ডিকে রক্ষ দক্ষিণে ।
ভ্রামণেনাত্মশূলস্য উত্তরস্যাং তথেশ্বরি ॥ ২৫

---

অনিগা মান্নবা পাঙলদি কনাগুম্বাগীসু লৈতে, একনবামু মাংহনবা অতুগা ফজবাসু ওইবা অসিগুম্বা নশক অসিম্ম কনাগুম্বগীসু লৈতে নহাকভগীনি, হে বর পীনহৈবী ! মাসুম তৌতুনা পুকনিংদা থৌ-জানবীহৈবা অমসু লানদনা পুকচেল থাবা অসিসু নহাকুম্বা তাইবং-পানবদা মরোল অহুমদা কনাগীদম্ম লৈতে নহাকতদা ওইবনি ।২২।

হে লাইরেমা । এক্কবাবু মাংহম্মুনা নহাকনা তাইবংপানবা পুম্বমু ঙাকই, অমসু লানফম্মদা হিংচাবাসীংসু মাংহম্মুনা মাখোইবু স্বর্গদা কাহনলি, নহাকনা ঐখোইগী লাকঙম ফাঙমদবা হিংচাবা কিষাবুসু কো-কহনলি, মরম অসিদগী ঐখোইনা নহাকপু খুরুমজৈ ।।২৩।।

হে লাইরেমা ! নহাকনা তানা ঐখোইবু ঙাকপীয়ু, হে অম্বাও মহাকী থাংনা শরীকী খোঙ্গেননা অমসু লৈরীসী খোঙ্গেননা ঐখো-ইবু ঙাকপীয়ু ।।২৪।।

হে চণ্ডিকা লাইরেমা নোংপোক, নোংচুপ, মখা, অমসু অমাং

সৌম্যানি যানি রূপাণি ত্রৈলোক্যে বিচরন্তি তে।
যানি চাত্যর্থঘোরাণি তৈ রক্ষাস্মাংস্তথা ভুবম্ ॥ ২৬

খড়্গশূলগদাদীনি যানি চাস্ত্রাণি তেঽম্বিকে।
করপল্লবসঙ্গীনি তৈরস্মান্ রক্ষ সর্ব্বতঃ ॥ ২৭

ঋষিরুবাচ ॥ ২৮

এবং স্তুতা সুরৈর্দ্দিব্যৈ কুসুমৈর্নন্দনোদ্ভবৈঃ।
অর্চ্চিতা জগতাং ধাত্রী তথা গন্ধানুলেপনৈঃ ॥ ২৯

ভক্ত্যা সমস্তৈস্ত্রিদশৈর্দ্দিব্যৈর্ধূপৈস্তু ধূপিতা।
প্রাহ প্রসাদসুমুখী সমস্তান্ প্রণতান্ সুরান্ ॥ ৩০

---

মাইকৈদা ত্রৈখোইবু ঙাকপিয়ু, নহাক্কী তাবু লৈহৌনা লৈহৌনা মাইকৈ মরিদা ত্রৈখোইবু ঙাকপীয়ু ।।২৫।।

হে লাইরেমা! মরোন অহুমদা নহাক্কী অঈংবা অমসু অকিবা নশক ময়াম লৈ পুন্নমক অহুনা মরম ওইহৌনা ত্রৈখোইবু অমসু পৃথিবীবু ঙাকপীয়ু ।২৬।

হে ইমা! খাংশাং, তা, গদানাচিংবা খূৎলাইনা নহাক্কী খূৎমচাদা ঙাননি, মাহৌনা ময়াম ওইহৌনা ত্রৈখোঈবু মফম পুন্নামক্তা মতম পুন্নামক্তা ঙাকপিয়ু ।২৭

ঋষিনা হাঈ—লাইসীংনা নাসুন তৌহৌনা ভক্তি তৌনা লৈসি লৈখোম্লুনা নন্দন বনদগী লৈনয়াম্না অমসু মক্তবা চন্দন, অমসু হকচাংদা তৈনবানা পুজা তৌই, অহুগা মনম মুংসিরবা ধূপনা লাইরেমাবু মুংসিহনলি, । মাহুম তৌবদা পেনলহৌনা লাইরেমানা লাইসীংদা হাঈখি। ২৮।২৯।৩০।

দেব্যুবাচ ‖ ৩১

ম্রিয়তাং ত্রিদশাঃ সর্ব্বে যদস্মত্তোঽভিবাঞ্ছিতম্ ।
( দদাম্যহমতিপ্রীত্যা স্তবৈরেভিঃ সুপূজিতা ) ‖ ৩২

দেবা ঊচুঃ ‖ ৩৩

ভগবত্যা কৃতং সর্ব্বং ন কিঞ্চিদবশিষ্যতে ।
যদয়ং নিহতঃ শত্রুরস্মাকং মহিষাসুরঃ ‖ ৩৪
যদি বাপি বরো দেয়স্ত্বয়াস্মাকং মহেশ্বরি ।
সংস্মৃতা সংস্মৃতা ত্বং নো হিংসেথাঃ পরমাপদঃ ‖ ৩৫
যশ্চ মর্ত্ত্যঃ স্তবৈরেভিস্ত্বাং স্তোষ্যত্যমলাননে ।। ৩৬
তস্য বিত্তর্দ্ধিবিভবৈর্ধনদারাদিসম্পদাম্ ।
বৃদ্ধয়েঽস্মৎপ্রসন্না ত্বং ভবেথাঃ সর্ব্বদাম্বিকে ।। ৩৭

---

লাইরেমানা হাঙ্গি, হে লাইসা নখোইনা মাসুম্না ঐবু লৈসি লৈথো-ক্নুনা পেনহনবদা ঐ মুঙাইবে, মরম অসিনা হে লাইসা ঐঙোন্দা নখোইনা পাম্বা বব নিয়ু ঐনা নখোইদা বর পীগনি ।৩১।৩২।

লাইসীংনা হাঙ্গি, — হে ভগবতী ! ঐখোইগী এরুবা ইরোই হিংচাববু নহাকনা মাংহনবিরে, মরম অসিনা ঐখোইগী মরিদা নহাকনা তৌকম থোকপুম্বা তৌবিরে, কবিসু রাংতবে ।৩৩।৩৪।

হে পরমেশ্বরী ! অতোপ্পা বব অমসু নহাকনা পীবিনীংলবদি বর অসি পীনবিয়ু, ঐখোইনা নহাকপু নিংসং নিংসংলকপদা নহাকনা ঐখোই-গী অরাবরু মাংহনবিয়ু ।৩৫।

হে মাইথোং ফজবী ! নহাকনা ঐখোইবু চানবি, অমসু ঐখোইগী অপাম্বা পুম্বাবু পীনবি, মরম অসিদগী মীওইবনা ঐখোইনা নহাক্তী পেন্ন-নবা তৌখিবা লৈসি লৈথোনবা বাহৈ অসি হাঙ্গদুনা নহাকপু লৈসি লৈথোনখরবদি হে ইমা ! নহাকনা মী অদুগী এনাক কৈরাক মায়া পুমনম্নুনা মরল, মতু, মচা, মনুনাচিংবা পুম্নামক চাউথংহনবিয়ু ।৩৬।৩৭।

ঋষিরুবাচ ॥ ৩৮

ইতি প্রসাদিতা দেবৈর্জগতোঽর্থে তথাত্মনঃ।

তথেত্যুক্ত্বা ভদ্রকালী বভূবান্তর্হিতা নৃপ ॥ ৩৯

ইত্যেতৎ কথিতং ভূপ সম্ভূতা সা যথা পুরা।

দেবী দেবশরীরেভ্যো জগত্রয়হিতৈষিণী ॥ ৪০

পুনশ্চ গৌরী দেহাৎ সা সমুদ্ভূতা যথাভবৎ।

বধায় দুষ্টদৈত্যানাং তথা শুম্ভনিশুম্ভয়োঃ ॥ ৪১

রক্ষণায় চ লোকানাং দেবানামুপকারিণী।

তচ্ছৃণুষ্ব ময়াখ্যাতং যথাবৎ কথয়ামি তে ॥ ৪২

ইতি মার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে দেবীমাহাত্ম্যে (শক্রাদিস্তুতির্নাম) মহিষাসুরবধঃ সমাপ্তঃ ॥ ৪

---

ঋষিনা হাঙি,— হে নিংথৌ সুরথ। লাইসীংনা ভাইবংপুম্বাগীদমক মাখোইগীদমকসু লাইরেমাবু পেনহনবদা ভদ্রকালীনা মাথু ওইরসনু অদি হাঙদুনা বর পিরগা মাঙখরে।৩৮।৩৯।

হে নিংথৌও মরোন অহঙ্গক্কী ফননবা ভৌরিবী, অহুগুম্বী লাইরেমানা লাইসীংগী হকচাংদগী থোকখিবাবু মাশুম্না ঐনা লীরবাসিনি।৪০।

ফত্তবা হিংচাবগী অমসু শুম্ভনিশুম্ভবু হাৎনবগীদমক লাইখু ফনবা মতেং পাংবী লাইরেমা অত্তৌবীনা ভাইবংপানবাবু ঙাক্কে হাঙদুনা অমোক হন্না মশক পান্দুনা থোকখি, মাদুসু নখোই অনিদা হাঙলগে নহাক্না ভাউ।৪১।৪২।

মার্কণ্ডেয় পুরাণগী মন্বংদা সাবর্ণি মনুগী মন্বন্তরদা লাইরেমাগী মহিত্তা ময়াইথংবা লীচৎকী মন্বংচনবা ইরোই হিংচাবা হাৎপাদা লাইসীংন। ইবেমাবু নৈসি নৈথোনবা (শক্রাদিস্তুতি) কৌবা অধ্যায় লোইরে।৪ ॥ (১৭)

---

(১৭) লাইরনগী থৃৎসা ঈবা চণ্ডীদা মতাং মতাং থৃদিংদা হোৌগৎপা অমুহু অধ্যায়দা অধ্যায় হাঙবা ঊহৎপা অমত্তুং মাছু পারবী ক্লমন নৈডত।

# উত্তরচরিত্রম্ ।

## ( পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ )

### [ দেব্যা দূতসংবাদঃ ]

—(*)—

ঋষিরুবাচ ॥ ১

পুরা শুম্ভনিশুম্ভাভ্যামসুরাভ্যাং শচীপতেঃ ।
ত্রৈলোক্যং যজ্ঞভাগাশ্চ হৃতা মদবলাশ্রয়াৎ ॥ ২

তাবেব সূর্য্যতাং তদ্বদধিকারং তথৈন্দবম্ ।
কৌবেরমথ যাম্যঞ্চ চক্রাতে বরুণস্য চ ॥ ৩

তাবেব পবনর্দ্ধিঞ্চ চক্রতুর্ব্বহ্নিকর্ম্ম চ ॥ ৪

ততো দেবা বিনির্ধূ্তা ভ্রষ্টরাজ্যাঃ পরাজিতাঃ ।
হৃতাধিকারাস্ত্রিদশাস্তাভ্যাং সর্ব্বে নিরাকৃতাঃ ।
মহাসুরাভ্যাং তাং দেবীং সংস্মরন্ত্যপরাজিতাম্ ॥ ৫

---

ঋষিনা হাঙ্গ, থাইনা মমাংদা শুম্ভ অমসু নিশুম্ভ কৌরা হিংচাবা অনিনা নাপল তৌহুনা অমসু মপাঙ্গল কনবমক্তনাসু শচীগী মপুরোইবা স্বরারেন্দ্রগী মরোন অহুম্বু অমসু যজ্ঞগী শরুকপুসু লৌখি ।১।২।

অহুগুম্বা শুম্ভ নিশুম্ভ অনিনা সুমিৎ, থা, কুবের, যম, অমসু বরুণগী অধিকার (মতিক মঙনবা পানবাবু) মুনহুম্বা লৌখরে, মাহুম তৌহুনা সুংসিংকী অমসু মৈগীসু থবকপু মাখোই অনিনা তৌখরে ।৩।৪।

শুম্ভনিশুম্ভনা মকম লৌথোকপীরবা; কিরবা, মাইথিবা, রাগী থাগী পানবা মকম থাদোক্লবা লাইসীংনা স্বর্গদগী তানথোকপীরহুনা অসুরোমনা খাবু ওনবগী লাইরোমদা চাওখি ।৫।

তয়াস্মাকং বরো দত্তো যথাপৎসু স্মৃতাখিলাঃ।
ভবতাং নাশয়িষ্যামি তৎক্ষণাৎ পরমাপদঃ ॥ ৬
ইতি কৃত্বা মতিং দেবা হিমবন্তং নগেশ্বরম্।
জগ্মুস্তত্র ততো দেবীং বিষ্ণুমায়াং প্রতুষ্টুবুঃ ॥ ৭
নমো দেব্যৈ মহাদেব্যৈ শিবায়ৈ সততং নমঃ।
নমঃ প্রকৃত্যৈ ভদ্রায়ৈ নিয়তাঃ প্রণতাঃ স্ম তাম্ ॥ ৯
রৌদ্রায়ৈ নমো নিত্যায়ৈ গৌর্য্যৈ ধাত্র্যৈ নমো নমঃ।
জ্যোৎস্নায়ৈ চেন্দুরূপিণ্যৈ সুখায়ৈ সততং নমঃ ॥ ১০
কল্যাণ্যৈ প্রণতা বৃদ্ধ্যৈ সিদ্ধ্যৈ কুর্ম্মো নমো নমঃ।
নৈঋৈত্যৈ ভূভৃতাং লক্ষ্ম্যৈ সর্ব্বাণ্যৈ তে নমো নমঃ ॥১১

---

লাইরেমানা ঐখোইদা বর পিখি, মাহুদি নখোইনা বারবা মতমদা হৌনবী কাইদনা ঐঙোন্দা চংজরবদি খুংথক্তা নখোইবু অৱাবদগী ঙা-পিগনি, মাসি নিংসংলহুনা লাইসীংনা চীং নিংথৌ হিমালোয়দা চত্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী মায়া লাইরেমাবু লৈসি লৈথোনখি ।৬।৭।

লাইসীংনা হাঙ্গি, অঙানবনা মশক ওইবী লাইরেমাবু ঐখোইনা খুরুমজৈ। ঐখোইগী মীৎনচিংবা হকচাংদা মানা মপু ওইহুনা লৈবী হুমিৎকী মশক ওইবী লাইরেমাবু খুরুমজৈ, য়াইফবনা মশক ওইনবী লাইরেমাবু তত্তনা খুরুমজৈ, তাইবং শেম্বা অমসু ঙাকপীবু ঐখোইনা পুকনিং তপথহুনা খুরুমজৈ ।৮।৯।

তাইবং পুম্বাবু মাংহনবা পাঙ্গননা মশক ওইনবাবু খুরুমজৈ, মফম মতম, পুম্বদা লেংদবা অঙৌবা অমসুং তাইবংবু য়োকপীবু খুরুমজৈ, খুরুমজৈ, থাবননা মশক ওইবী, থা ওইবীবু অমসু নুঙাইবাবু পীনবিবু খুরুমজৈ ।১০।

য়াইফবনা মশক ওইবী, লাইরেমাবু খুরুমজৈ, চাওওৎপা অমসু মহৈ য়ানবনা মশক ওইনবীবু খুরুমজৈ, খুরুমজৈ লাইয়চুথনানা মশক

দুর্গায়ৈ দুর্গপারায়ৈ সারায়ৈ সর্ব্বকারিণ্যৈ।
খ্যাত্যৈ তথৈব কৃষ্ণায়ৈ ধূম্রায়ৈ সততং নমঃ ॥ ১২

অতিসৌম্যাতিরৌদ্রায়ৈ নতাস্তস্যৈ নমো নমঃ।
নমো জগৎপ্রতিষ্ঠায়ৈ দেব্যৈ কৃত্যৈ নমো নমঃ ॥১৩

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু বিষ্ণুমায়েতি শব্দিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ১৪　নমস্তস্যৈ ॥ ১৫
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ১৬

---

ওইবী, নিংথৌগী পোৎলোইসম্প্রদনা মশক ওইবী অমস্থু মহাদেবগী পাঙ্গন ওইবীবু খুরুমজে খুরুমজে ।১১।

মাবু ফংবা, থংবা ওমদবী, ফংবা থংবা ওমদবগী ওমখৈ ওইবী, লৌথোক্কদবা শরুক য়াওদবী মচী ওইবী, পুম্নামকপু থোকহনবী, ফাউ-বনা মশক ওইবী; অমুবী অমস্থু অরাঙবীবু তত্তনা খুরুমজে ।১২।

য়াম্না ফজবী, অতুগা অকিবগী মশক ওইবীবু ঐখোইনা তুহ্না হন্না হন্না খুরুমজে তাইবংপানথা পুম্বাগী পোৎ পুম্নামক্কা মানা ম্নুনা লৈবীবু খুরুমজে, লেং ওৎপনা মশক ওইনবী লাইরেম্বাবু খুরুমজে খুরুমজে ॥ ১৭ ॥

অচৎপা চৎতবা, তাইবং পুম্বদা লেংই পাল্লিবা পুম্বদা "বিষ্ণু মায়া" কৌহনা লৈবী মহাকপু খুরুমজে, মহাকপু খুরুমজে, মহাকপু খুরুমজে, খুরুমজে খুরুমজে ॥ ১৪ ॥ ১৫ ॥ ১৬ ॥

(মখাদা লয়্রি চিংলিবা শরুক অসিদি মহাকপু খুরুমজে হায়বা য়াহৈ খুদিংমা সুম্না স্নুনা হায়গনি মরমদি হকচাং মাথং অমস্থু পুকনিং অহম্না খুরুমগী অন্নমলক হনবনি।)

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু চেতনেত্যভিধীয়তে।
নমস্তস্যৈ ॥ ১৭ নমস্তস্যৈ ॥ ১৮
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ১৯

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু বুদ্ধিরূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ২০ নমস্তস্যৈ ॥ ২১
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ২২

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু নিদ্রারূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ২৩ নমস্তস্যৈ ॥ ২৪
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ২৫

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু ক্ষুধারূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ২৬ নমস্তস্যৈ ॥ ২৭
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ২৮

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু ছায়ারূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ২৯ নমস্তস্যৈ ॥ ৩০
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৩১

---

থবাইপানবা পুম্বদা হিংলিঙৈদা খংবা কৌহুনা লৈবীবু থুরুমজৈ থুরুমজৈ ৩ ॥ ১৭॥১৮॥১৯॥

থবাইপানবা পুম্বদা লৌসিং ওইহুনা লৈবীবু থুরুমজৈ ৩ ।২০।২১।২২।

থবাইপানবা পুম্বদা তুম্বা কৌহুনা লৈবী লাইরেমাবু থুরুমজৈ ৩ ।২৩।২৪।২৫।

থবাইপানবা পুম্বদা অরাম্বা ওইনা লৈবী লাইরেমাবু থুরুমজৈ ৩ ।২৬।২৭।২৮।

থবাইপানবা পুম্বদা মি ওইনা লৈবী লাইরেমাবু থুরুমজৈ ৩।২৯ ॥৩০॥৩১॥

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু শক্তিরূপেণ সংস্থিতা।
ননস্তস্যৈ ॥ ৩২ নমস্তস্যৈ ॥ ৩৩
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥৩৪
যা দেবী সর্ব্বভূতেষু তৃষ্ণারূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ৩৫ নমস্তস্যৈ ॥ ৩৬
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৩৭
যা দেবী সর্ব্বভূতেষু ক্ষান্তিরূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ৩৮ নমস্তস্যৈ ॥ ৩৯
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৪০
যা দেবী সর্ব্বভূতেষু জাতিরূপেণ সংস্থিতা ।
নমস্তস্যৈ ॥ ৪১ নমস্তস্যৈ ॥ ৪২
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৪৩

---

থরাইপানবা পুম্বদা পাঙ্গল ওইদুনা লৈবী লাইরেমাবু খুরুমজৈ ও ॥৩২॥৩৩॥৩৪॥

থরাইপানবা পুম্নমক্কা থৌরাংবা ওইনা লৈবী খুরুমজে ও ।৩৫। ।৩৬।৩৭।

থরাইপানবা পুম্বদা ভাকপিবা ওইনা লৈবী লাইরেমাবু খুরুমজে ও ॥৩৮॥৩৯॥৪০॥

থরাইপানবা পুম্বদা মাপী মাপী জাং ওইদুনা লৈবী লাইরেমাবু খুরুমজৈ ও ॥৪১॥৪২॥৪৩॥

থরাইপানবা পুম্বদা ইকাইবা ওইদুনা লৈবী লাইরেবাবু খুরুমজেও — ।৪৪।৪৫।৪৬।

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু লজ্জারূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ৪৪ নমস্তস্যৈ ॥ ৪৫
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৪৬

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু শান্তিরূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ৪৭ নমস্তস্যৈ ॥ ৪৮
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৪৯

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু শ্রদ্ধারূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ৫০ নমস্তস্যৈ ॥ ৫১
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৫২

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু কান্তিরূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ৫৩ নমস্তস্যৈ ॥ ৫৪
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৫৫

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু লক্ষ্মীরূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ৫৬ ॥ নমস্তস্যৈ ॥ ৫৭
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৫৮

---

থরাইপানবা পুম্বদা ঈঙনা পানবা ওইনা লৈবী লাইরেমাবু খুরুমজৈ। — ।৪৭।৪৮।৪৯।

থরাইপানবা পুম্বদা থাজবা ওইদুনা লৈবী লাইরেমাবু খুরুমজৈ — ।৫০।৫১।৫২।

থরাইপানবা পুম্বদা মঙা মথা ওইদুনা লৈবী লাইরেমাবু খুরুমজৈ — ।৫৩।৫৪।৫৫।

থরাইপানবা পুম্বদা এনাক কৈরাক থুনবা ওসনা লৈবী লাইরেমাবু খুরুমজৈ— ।৫৬— ৫৮।

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু বৃত্তিরূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ৫৯ নমস্তস্যৈ ॥ ৬০
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৬১

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু স্মৃতিরূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ৬২ নমস্তস্যৈ ॥ ৬৩
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৬৪

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু দয়ারূপেণ সংস্থিতা
নমস্তস্যৈ ॥ ৬৫ নমস্তস্যৈ ॥ ৬৬
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৬৭

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু তুষ্টিরূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ৬৮ নমস্তস্যৈ ॥ ৬৯
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৭০

যা দেবী সর্ব্বভূতেষু মাতৃরূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ৭১ নমস্তস্যৈ ॥ ৭২
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৭৩

---

থরাইপানবা পুম্বদা লৌউ শিংউ, ললোন ইত্তিকনাচিংবা নোম্বা ওইহন্না লৈবা লাইরেমাবু খুরুমজৈও — ।৫৯।৬০।৬১।

থরাইপানবা পুম্বদা কাওদবা ওইনা লৈবী লাইরেমাবু খুরুমজৈও — ।৬২।৬৩।৬৪।

থরাইপানবা পুম্বদা থৌজান ওইনা লৈবী লাইরেমাবু খুরুমজৈও — ।৬৫।৬৬।৬৭ ॥

থরাইপানবা পুম্বদা পেনবা ওইনা লৈবী লাইরেমাবু লাইরেমাবু খুরুমজৈও — ।৬৮।৬৯।৭০।

থরাইপানবা পুম্বদা ইমা ওইনা লৈবী লাইরেমাবু খুরুমজৈও ৭১।৭২।৭৩।

য়া দেবীসর্ব্বভূতেষু ভ্রান্তিরূপেণ সংস্থিতা।
নমস্তস্যৈ ॥ ৭৪ নমস্তস্যৈ ॥ ৭৫
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৭৬
ইন্দ্রিয়াণামধিষ্ঠাত্রী ভূতানাঞ্চাখিলেষু যা।
ভূতেষু সততং তস্যৈ ব্যাপ্তিদেব্যৈ নমো নমঃ ॥ ৭৭
চিতিরূপেণ যা কৃৎস্নমেতদ্ ব্যাপ্য স্থিতা জগৎ।
নমস্তস্যৈ ॥ ৭৮ নমস্তস্যৈ ॥ ৭৯
নমস্তস্যৈ নমো নমঃ ॥ ৮০
স্তুতা সুরৈঃ পূর্ব্বমভীষ্টসংশ্রয়াৎ
তথা সুরেন্দ্রেণ দিনেষু সেবিতা।
করোতু সা নঃ শুভহেতুরীশ্বরী
শুভানি ভদ্রাণ্যভিহন্তু চাপদঃ ॥ ৮১

---

থরাইপানবা পুম্বদা ঙকপা ওইদুনা লৈবী লাইরেমাবু খুরুমজৈ
— ।৭৪।৭৫।৭৬। ॥

থরাইপানবা পুম্বদা লৈপাক, ঈসিং, মৈ, নুংসিৎ অমসুং অতিয়াদা, মাহুম্না মীং, নাকোং, নাতোন, লৈএং, উন' খূৎ, খোঙ, ঈসিংখোং, অমসুং গুহ্য পুম্বাগী মবেম। ওইনা লৈবী পুম্নামক্তা সীনথুংনা লৈবী লাইরেমাবু খুরুমজে খূরুমজে ।৭৭।

ভাইবংপুম্বদা অহিংবাগী শংবা ওইদুনা সিনথুংনা লৈবীবু খূরুমজৈ, খূরুমজৈ, খূরুমজৈ ।৭৮ — ৮০।

মমাঙৈদা ইরোই হিংচাববু হাৎঙৈদা অনিংবা মহৈ কংনিংদুনা খরারেন্দ্রবাচিংবা লাইনা লৈসি লৈথোনখি অমসুং যৌগন তৌই, অদুনা

যা সাম্প্রতং চোদ্ধতদৈত্যতাপিতৈ-
রস্মাভিরীশা চ সুরৈর্নমস্যতে।
যা চ স্মৃতা তৎক্ষণমেব হন্তি নঃ
সর্ববাপদো ভক্তিবিনম্রমূর্ত্তিভিঃ ॥ ৮২

ঋষিরুবাচ ॥ ৮৩

এবং স্তবাদিযুক্তানাং দেবানাং তত্র পার্ব্বতী।
স্নাতুমভ্যাযযৌ তোয়ে জাহ্নব্যা নৃপনন্দন ॥ ৮৪
সাঽব্রবীত্তান্ সুরান্ সুভ্রূর্ভবদ্ভিঃ স্তূয়তেঽত্র কা।
শরীরকোষতশ্চাস্যাঃ সমুদ্ভূতাঽব্রবীচ্ছিবা ॥ ৮৫
স্তোত্রং মমৈতৎ ক্রিয়তে শুম্ভদৈত্যনিরাকৃতৈঃ।
দেবৈঃ সমেতৈঃ সমরে নিশুম্ভেন পরাজিতৈঃ ॥ ৮৬

---

যাইফবা পুম্বাগী থোকনফম ওইবী, পুম্নামক্কী মবেমানা ঐখোইবু অৱাবদগী কোকপীনাবা ওইসনু ।৮১

মতম অসিদা লাকণ্ডম ফাঙমদবা হিংচাবা শুম্ভনাচিংবনা ঐখোইবু অৱাবা পীরে, মতম অসিদা ঐখোইনা তাইবংগী মবেমাবু লৈসি লৈথোনলি, ভক্তিনা নোলুকনতুনা নিংসংজবি, খুৎথক্তা অৱাবা কোকহনবী লাইরেমানা ঐখোইবু অফবা যাইফবা ওইহনবিসনু ৮২।

ঋষিনা হাঙ্গি,— হে ক্ষত্রিয় মচা ! লাইসোংনা মাস্মুম তৌদুনা খুরুম-দুনা লৈসি লৈথোনজববদা পার্বতী (পানথোইবী)না লাইসোংগী মমাং-দা গঙ্গাদা ইরুজগে হাঙ্গিদুনা লেঙলকই ।৮৩।৮৪।

অদুগা পীস্তুম ফজবী লাইরেমা পার্বতীনা লাইপুম্বদা হংলকই, — নখোইনা মাসিদা লৈসি লৈথোলিবাসিবু কনাবুনো ? মাস্মুম তৌদু-না হংলবদা পার্বতীগী হকচাং কৈদগী (কোস = কোট = কৈ) শিবা

শরীরকোষাদ্ যত্তস্যাঃ পার্ব্বত্যা নিঃসৃতাম্বিকা।
কৌষিকীতি সমস্তেষু ততো লোকেষু গীয়তে॥ ৮৭

তস্যাং বিনির্গতায়ান্তু কৃষ্ণাভূৎ সাপি পার্বতী।
কালিকেতি সমাখ্যাতা হিমাচলকৃতাশ্রয়া॥ ৮৮

ততোঽম্বিকাং পরং রূপং বিভ্রাণাং সুমনোহরম্।
দদর্শ চণ্ডো মুণ্ডশ্চ ভৃত্যৌ শুম্ভনিশুম্ভয়োঃ॥ ৮৯

তাভ্যাং শুম্ভায় চাখ্যাতা অতীব সুমনোহরা।
কাপ্যাস্তে স্ত্রী মহারাজ ভাসয়ন্তী হিমাচলম্॥ ৯০

নৈব তাদৃক্ ক্বচিদ্রূপং দৃষ্টং কেনচিদুত্তমম্।
জ্ঞায়তাং কাপ্যসৌ দেবী গৃহ্যতাঞ্চাসুরেশ্বর॥ ৯১

---

লাইরেমানা থোরক্লুনা খুমই, শুম্ভ অমসু নিশুম্ভ হিংচাবনা লানদা মাইথিবা পীহুনা মাখোইগী নৈকম নৈতরবা লাই ময়ামসিনা ত্রৈবু নৈসি নৈথোনলিবনি।৮৫।৮৬।

পার্বতীগী হকচাং কৈদগী থোরকপী তম্বা লাইরেমাবু তাইবংপান-বা পুম্বদা কৈ (কোষ)দগী থোকপীনি, হাইহুনা কৌষিতকী কৌই।৮৭।

পার্বতীগী হকচাংদগী কৌষিকী কৌবী লাইরেমানা থোকত্রগদি হায়াগী হিমাজয়দা লৈরম্বা (গঙ্গাদা ইরুবা থোরকপী) পার্বতীনা মুমুক মুখরে, মুরবদা মাবু কালিকা কৌনথি।৮৮।

অতুগী মতুংদা যাম্না শক ফজবী তম্বা লাইরেমাবু শুম্ভ, নিশুম্ভগী মনাই চণ্ড অমসু মুণ্ড কৌবা হিংচাবা অনিনা উরে।৮৯।

চণ্ড, মুণ্ড হিংচাবা অনিহুনা শুম্ভগী নাক্তা চত্নুনা হাইরুই, হে নিংথৌরেন ও হিমালয় চীঙবু ঙানহন্দুনা যাম্না ফজত্রবী নুপী অমা ঙা-ন্দুনা লৈ।৯০।

হে হিংচাবাগী মপুঙো। মাম্নুপ ফজবা অথোইবা নুপী অমা কনা-

স্ত্রীরত্নমতিচার্ব্বঙ্গী দ্যোতয়ন্তী দিশস্ত্বিষা।
সা তু তিষ্ঠতি দৈত্যেন্দ্র তাং ভবান্ দ্রষ্টুমর্হতি ॥ ৯২
যানি রত্নানি মণয়ো গজাশ্বাদীনি বৈ প্রভো।
ত্রৈলোক্যে তু সমস্তানি সাম্প্রতং ভান্তি তে গৃহে ॥ ৯৩
ঐরাবতঃ সমানীতো গজরত্নং পুরন্দরাৎ।
পারিজাততরুশ্চায়ং তথৈবোচ্চৈঃশ্রবা হয়ঃ ॥ ৯৪
বিমানং হংসসংযুক্তমেতত্তিষ্ঠতি তেঽঙ্গনে।
রত্নভূতমিহানীতং যদাসীদ্ বেধসোঽদ্ভুতম্ ॥ ৯৫
নিধিরেষ মহাপদ্মঃ সমানীতো ধনেশ্বরাৎ।
কিঞ্জল্কিনীং দদৌ চাব্ধির্মালামম্লানপঙ্কজাম্ ॥ ৯৬

---

কনাগুম্বনা কৈদৌঙ্গুংদাগু উরোই। মাবু কনানো হাঙ্গবা থংরিয়ু, অঙ্গুগা লৌবিয়ু ॥৯১॥

মহাক্কী মশা পুখা ফজদবা য়াওদবী নুপী অসিদি নুপা পুম্বগী হোয়াইদি, মহাক্কী মঙাম্না মাইকৈ পুম্বু ঙানহজলি, মরম অসিদগী নুপী সিবু মীৎএং ভাবিবা য়াই ॥৯২॥

হে ইবুঙো। মরোণ অহমদা মণিরতন অথোইপুম্বা, শগোল, শামু অমসু পদ্মরাগনাচিংবা মণি লৈবা পুম্নমক ইবুঙোগী যুমদা নিংথিনা ঙান্নুনা লৈ ॥৯৩॥

ইবুঙোনা স্বরারেন্দ্রদগী শামু য়াইপুবা ঐরাবত, পারিজাত পাম্বী অমসু উচ্চৈঃশ্রবাঃ সাগোল লৌরে।৯৪।

ব্রহ্মাগী অঙকপা কাংগুনাচিংবা সাদোং লৈ, মাতুঙ ইবুঙোনা লৌরক্লা ইবুঙোগী সঙাই মাঙোনদা থমলে।৯৫।

কুবেরগী মহাপদ্ম কোষা লৈজবু ইবুঙোনা লৌকরে, সমুদ্রনা

ছত্রন্তে বারুণং গেহে কাঞ্চনস্রাবি তিষ্ঠতি।
তথায়ং স্যন্দনবরো যঃ পুরাসীৎ প্রজাপতেঃ ॥ ৯৭

মৃত্যোরুৎক্রান্তিদা নাম শক্তিরীশ ত্বয়া হৃতা।
পাশঃ সলিলরাজস্য ভ্রাতুস্তব পরিগ্রহে ॥ ৯৮

নিশুম্ভস্যাব্ধিজাতাশ্চ সমস্তা রত্নজাতয়ঃ।
বহ্নিরপি দদৌ তুভ্যমগ্নিশৌচে চ বাসসী ॥ ৯৯

এবং দৈত্যেন্দ্র রত্নানি সমস্তান্যাহৃতানি তে।
স্ত্রীরত্নমেষা কল্যাণী ত্বয়া কস্মান্ন গৃহ্যতে ॥ ১০০

---

কিঙ্কল্কিণী কৌবা সনা থম্বাল পরেংবু ইবুঙোদা কৎলরে ।।৯৬।

বরুণগী সনা থোকপা পে অমসু থাইনা দক্ষগী লানদা তোংবা অথোইবা রথ লৈরম্ব অতুসু ইবুঙোগী সঙ্গাইদা লৈরে ।।৯৭।

হে ইবুংঙো! যমগী উৎক্রান্তিদা কৌবা শক্তি খুৎলাইবু ইবুংঙোনা লৌরে, ঈশিংগী মপু বরুণগী খৌরিসু ননাও ইবুংঙোগী খুত্তা লৈরে ॥ ৯৮ ॥

সমুদ্রদগী থোকপা রতনপুম্বা ননাও ইবুংঙো নিশুম্ভগী ওইরে, মৈনাসু ইবুংঙোগীদমক মৈনা শেংদোকপা (অগ্নিশুদ্ধ (১৮)) ফী অনি কৎলে ।৯৯।

হে হিংচাবাগী মপু! মাসুম ভোহনা হিয়াইপুম্বাবু ইবুংঙোনা পৈখ্রনা থমলে, স্নপনাগী মুপী য়াই অসিতদি করিগী লৌসিনলাইদবা মরম করিনো? ।১০০।

---

(১৮) অগ্নিশুদ্ধ হাঙ্গবা ফি অসিদি লাইনগী ভারততা চৎনবা ফি অফবা ফজবা মথন অমনি। ফী অহনা মমুপকী ম'তক লান'ল অমসু কুণ্ডই, মাহুদি ফী অহুবু তিংথোক্লগা মৈগী অচাকপা মৈরিনা মথক্তা হাঙ্গবদা ফি অহুবু নৈনা চাক্কে অহুগা করিগুম্বা ফি অহুদা লং মফোন থোকপা য়াওরবদি মৈনা মফোন অহুগা মথৈবুতা চাকথেকই। হুʼজকী কাগদা ইস্রিতকপা অসি মাহুগী মতৌ তম্বনি।

ঋষিরুবাচ ॥ ১০১

নিশম্যেতি বচঃ শুম্ভঃ স তদা চণ্ডমুণ্ডয়োঃ ।
প্রেষয়ামাস সুগ্রীবং দূতং দেব্যা মহাসুরম্ ॥ ১০২
ইতি চেতি চ বক্তব্যা সা গত্বা বচনান্মম ।
যথা চাভ্যেতি সংপ্রীত্যা তথা কার্য্যঃ ত্বয়া লঘু ॥ ১০৩
স তত্র গত্বা যত্রাস্তে শৈলোদ্দেশেঽতিশোভনে ।
সা দেবী তাং ততঃ প্রাহ শ্লক্ষ্ণং মধুরয়া গিরা ॥ ১০৪

দূত উবাচ ॥ ১০৫

দেবি দৈত্যেশ্বরঃ শুম্ভস্ত্রৈলোক্যে পরমেশ্বরঃ ।
দূতোঽহং প্রেষিতস্তেন ত্বৎসকাশমিহাগতঃ ॥ ১০৬
অব্যাহতাজ্ঞঃ সর্ব্বাসু যঃ সদা দেবযোনিষু ।
নির্জিতাখিলদৈত্যারিঃ স যদাহ শৃণুষ্ব তৎ ॥ ১০৭

---

ঋষিনা হাঙ্গ, চণ্ড, মুণ্ড হিংচাবা অনিগী অসিগুম্বা বা অসি তারবদা শুম্ভনা লাইরেমাগী নাক্তা অকনবা সুগ্রীব কৌবা হিংচাববু দূত ওইনা চৎহনখি ।১০১।১০২।

শুম্ভনা দূততা হাঙ্গ, নং ঐগী য়াথং, পুম্বনা চৎলু মাঙোন্দা হাঙ্গরু, মুপী অহুনা থুনা ঐগী নাক্তা লাকনবা বা পুম্বা হাঙ্গরু চৎলু, মানা থুনা লাক্লবা থবক তৌরু চৎলু ।১০৩।

হিমালয় চীঙগী মতোনদা লাইরেমনা লৈবা মফমদা দূত অহুনা চৎলে, অদুগা অনৌবা বাহৈনা হাঙ্গরুই ।১০৪।

দূতনা হাঙ্গ,— হে দেবী । শুম্ভ হাঙবা ন হিংচাবা পুম্বগী মবুঙোনি, মরোন অহমগী মপুনি, ঐনা মহাক্কী দূতনি, মহাকনা ঐবু থারকপনি, মরম অহুনা ঐনা নহাক্কী নাক্তা লকলিবনি ।১০৫।১০৬।

লাইপুম্নামকপু মহাকনা লানদা মাইখিবা পী, অহুনা লাইপুম্বনা

মম ত্রৈলোক্যমখিলং মম দেবা বশানুগাঃ।
যজ্ঞভাগানহং সর্ব্বানুপাশ্নামি পৃথক্ পৃথক্ ॥ ১০৮
ত্রৈলোক্যে বররত্নানি মম বশ্যান্যশেষতঃ।
তথৈব গজরত্নানি হৃতা দেবেন্দ্রবাহনম্ ॥ ১০৯
ক্ষীরোদমথনোদ্ভূতমশ্বরত্নং মমামরৈঃ।
উচ্চৈঃশ্রবসসংজ্ঞং তৎ প্রণিপত্য সমর্পিতম্ ॥ ১১০
যানি চান্যানি দেবেষু গন্ধর্ব্বেষূরগেষু চ।
রত্নভূতানি ভূতানি তানি ময্যেব শোভনে ॥ ১১১
স্ত্রীরত্নভূতাং ত্বাং দেবি লোকে মন্যামহে বয়ম্।
সা ত্বমস্মানুপাগচ্ছ যতো রত্নভুজো বয়ম্ ॥ ১১২
মাং বা মমানুজং বাপি নিশুম্ভমুরুবিক্রমম্।
ভজ ত্বং চঞ্চলাপাঙ্গি রত্নভূতাসি বৈ যতঃ ॥ ১১৩

---

মাগী মাপং হিকত্তোক্তনা চংলি, মহাকনা হাঙ্গৈরকপা বাপুম্বা ভাউ।১০৭।

মরোন অহম্মক ঐগীনি, লাইপুম্বা ঐগী ইখা থোংবনি, অমসু ইতুংইনবনি; ঐতনা যজ্ঞগী শরুপুম্নামক চারি।১০৮

মরোন অহমদা অথোইবা রতন অমসু ঐরাবতনাচিংবা অথোই-বা শামু পুম্নামক অহু ঐগী ওাক্তা ওইরবনি, সমুদ্র নৈরদা উচ্চৈঃশ্রবা থোরকই, শ্বরাবেন্দদা থুংবনি, লাইসীংনা অকাউবা শগোন অহুমু পুরক্তুনা ঐবু ৎরুমহুনা কৎলি।১০৯।১১০।

হে ফত্তবী! লাই, গন্ধর্ব, অমসু লিনসীংগী মরক্তা অতোপ অতোপ্পা অরৈবা অফবা মনিত্নাচিংবা পুম্নামক থাকচবা নৈতনা ঐগীতা ওইরে।১১১

হে দেবী! মরোন অহুমদা ঐথোইদি রতন লৌবানি, নহাকপুম্বু ঐখোইনা চুপী রতন অমনি, ছাঙ্গনা নিংই, মরম অহুদগী নহাকন্না ঐখোইগী নাক্তা লাও।১১২।

হে মীৎচীনা ভথক ২ এংবী! নহাক্তি মুপী রত্নবনি, মরম অহুদগী

পরমৈশ্বর্য্যমতুলং প্রাপ্স্যসে মৎপরিগ্রহাৎ ।
এতদ্‌বুদ্ধ্যা সমালোচ্য মৎপরিগ্রহতাং ব্রজ ॥ ১১৪

ঋষিরুবাচ ॥ ১১৫

ইত্যুক্তা সা তদা দেবী গম্ভীরান্তঃস্মিতা জগৌ ।
দুর্গা ভগবতী ভদ্রা যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ । ১১৬

দেব্যুবাচ ॥ ১১৭

সত্যমুক্তং ত্বয়া নাত্র মিথ্যা কিঞ্চিৎ ত্বয়োদিতম্ ।
ত্রৈলোক্যাধিপতিঃ শুম্ভো নিশুম্ভশ্চাপি তাদৃশঃ ॥ ১১৮
কিন্ত্বত্র যৎ প্রতিজ্ঞাতং মিথ্যা তৎ ক্রিয়তে কথম্ ।
শ্রূয়তামল্পবুদ্ধিত্বাৎ প্রতিজ্ঞা যা কৃতা পুরা ॥ ১১৯

---

নহাকনা য়াম্না ফনবা তৌবা ওস্না ঐবু নত্রগা ইনাও নিশুম্ভবু ওইরবা-স্নু লেবা তৌ ।১১৩।

ঐগী ইমুংমচুংগী মী ওইনবদি নহাক্তি পোৎ লোইসম্পোৎপু মপ্পান ন'ইদনা ফংগনি, মাসিবু নহাক্না মুন্না খন্দুনা ঐগী নত্রগা নিশুম্ভগী মচু ওইয়ু ।১১৪।

ঋষিনা হাঙ্গ,— তাইপাংপানবু মহাকনা পুচুনা হিংহনবী অফবা য়াইফবা পুম্নাগী মশক ওইবী ভগবতী দেবীনা দূতনা মাস্নুম্না হাঙ্গ[illegible] নোক্লচুনা খুমই ।১১৫।১৬।

লাইরেমানা হাঙ্গ,— নংনা হাঙ্গবা অসি চুমই, শুম্ভনা মরোন [illegible] [illegible], নিশুম্ভসু মাচুগা অমহানি, নহাকনা চুমদবা অমত্তা হাঙ্গদে ।১১৭।১১৮

[illegible] ওইরগা তৌইগুমস্নু ঐনা বাণকখিবাবু কনন্না [illegible] ঐনা অঙাং ওইরিবৈঙেদা [illegible] অপংবনা [illegible] ঐনা [illegible] [illegible], [illegible] [illegible] [illegible] পীবা [illegible] মান্না ঐগী মাপানবু [illegible] ওস্না,

যো মাং জয়তি সংগ্রামে যো মে দর্পং ব্যপোহতি।
যো মে প্রতিবলো লোকে স মে ভর্ত্তা ভবিষ্যতি॥ ১২০
তদাগচ্ছতু শুম্ভোঽত্র নিশুম্ভো বা মহাসুরঃ।
মাং জিত্বা কি চিরেণাত্র পাণিং গৃহ্লাতু মে লঘু॥ ১২১
দূত উবাচ॥ ১২২
অবলিপ্তাসি মৈবং ত্বং দেবি ব্রূহি মমাগ্রতঃ।
ত্রৈলোক্যে কঃ পুমাংস্তিষ্ঠেদগ্রে শুম্ভনিশুম্ভয়োঃ॥ ১২৩
অন্যেষামপি দৈত্যানাং সর্ব্বে দেবা ন বৈ যুধি।
তিষ্ঠন্তি সম্মুখে দেবি কিং পুনঃ স্ত্রী ত্বমেকিকা॥ ১২৪
ইন্দ্রাদ্যাঃ সকলা দেবাস্তস্থুর্যেষাং ন সংযুগে।
শুম্ভাদীনাং কথং তেষাং স্ত্রী প্রযাস্যসি সম্মুখম্॥ ২৫

---

অমনাবু মানা ঐগা মান্নবা কনবা, অচুগুম্বা নিপানা ঐগী ইরা ওই-গনি !১১৯।১২০।

মরমসিদগী য়াম্না কনগ্রবা শুম্ভনা নত্রগা নিশুম্ভনা ওঙৈরবাসু মফমসিদা লেংলক্কূনা ঐবু ঙমতুনা থিন্দনা লুহোংবিয়ু, মাসিদা থিনবা কান্নদে ।১২১ দূতনা হাঙ্গ,— হে দেবী! নহাক্তি য়াম্না নাপন তৌই হাঙ্গনা উরে, ঐগী মাংদা মাচুগুম্না বা ঙাংগনু, নহাক্রুম্বী মুপীদি থমখো, কদিবু হাঙ্গগনি। শুম্ভ নিশুম্ভগী মাংদা লেপপা ঙম্বা নিপামক্তসু মরোন অহমদা কনাসু লৈত্তে। .২ ।১২৩

শুম্ভ, নিশুম্ভগী য়াদি থমখো, লানদা অতোপপা হিংচাবাগী মাংদবু লাইপুম্বনা পুন্নপ ভিন্দুনা লেপপা ঙমদে, নংদিমীচংসু তৈবীনা করম্না মাখোইগী মাংদা লেপপা ঙমগদগে? ।১২৪।

শ্বরায়েন্দনচিংবা লাই পুম্বনা শুম্ভনচিংবা হিংচাবাসীংগা লান শো-

সা ত্বং গচ্ছ ময়ৈবোক্তা পার্শ্বং শুম্ভনিশুম্ভয়োঃ।
কেশাকর্ষণনির্দ্ধূত-গৌরবা মা গমিষ্যসি॥' ১২৬

দেব্যুবাচ॥ ১২৭

এবমেতদ্ বলী শুম্ভো নিশুম্ভশ্চাতিবীর্য্যবান্।
কিং করোমি প্রতিজ্ঞা মে যদনালোচিতা পুরা॥ ১২৮

স ত্বং গচ্ছ ময়োক্তং তে যদেতৎ সর্ব্বমাদৃতঃ।
তদাচক্ষ্বাসুরেন্দ্রায় স চ যুক্তং করোতু যৎ॥ ১২৯

ইতি মার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে
দেবীমাহাত্ম্যে দেব্যা দূতসংবাদঃ॥ ৫

---

কুবা ঙমদে, নংদি মুপীদি ওইরগা কমদৌনা মাখোইগী মাংদা লান তৌগে হাঈদুনা চংবা ঙমগদদে।১২৫।

নংনা বাণক অদু হান্না তৌখিবা ওইরবাসু ঐনা তাকপা লৌ, শুম্ভ, নিশুম্ভগী নাক্তা চংলু, অদু নত্রনদি নশম লাক্তুনা চিংদুনা লৌখি গনি, অদু ওইরবদি নহাক্কী নতিক মাংগনি, চোপকনি।১২৬।

লাইরেমানা হাঈ, নহাকনা হাঈরিবা অদু চুমই, শুম্ভদি অকনবনি, নিশুম্ভসু য়াম্নাকনবনি, তৌইশুমসুং ঐনা মমাংদৌদা বাখন তৌহৌদদুনা বাশকথরে হুন্দিক অমোক করি তৌগনি।১২।১২৮।

নং মফম অদুদা চৎলো ঐনা নঙোন্দা তাকপা বা অসি অমত্তা চিৎথদনা য়াম্না ইকাইখুম্নানা হিংচাবাগী নিংথৌদা খংহনলু অদুগা মহাকনা নিংবা অমা তৌসনু।১২৯।

মার্কণ্ডেয় পুরাণগী সাবর্ণি মনুগী মনুংদা দেবীমাহাত্ম্যগী মথাথংবা চরিত্রকী মনুং চনবা, দেবীগী নাক্তা লাকপা দূতকা ঙাংনবা। মঙাসুবা অধ্যায় লোইরে।

( ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ )

[ ধূম্রলোচনবধঃ ]

—(*)—

ঋষিরুবাচ ॥ ১

ইত্যাকর্ণ্য বচো দেব্যাঃ স দূতোঽমর্ষপূরিতঃ ।
সমাচষ্ট সমাগম্য দৈত্যরাজায় বিস্তরাৎ ॥ ২

তস্য দূতস্য তদ্‌বাক্যমাকর্ণ্যাসুররাট্ ধূম্রলোচনঃ ।
সক্রোধঃ প্রাহ দৈত্যানামধিপং ধূম্রলোচনম্ ॥ ৩

হে ধূম্রলোচনাশু ত্বং সসৈন্য পরিবারিতঃ ।
তমানয় বলাদ্ দুষ্টাং কেশাকর্ষণবিহ্বলাম্ ॥ ৪

তৎপরিত্রাণদঃ কশ্চিদ্ যদি বোত্তিষ্ঠতেঽপরঃ ।
স হন্তব্যোঽমরো বাপি যক্ষো গন্ধর্ব্ব এব বা ॥ ৫

---

ঋষিনা হাঙ্গি,— দূত অদুনা লাইরেমান। হাঙ্গবা বা অদু অরগা য়াম্না সাওরে, শুম্ভগী নাকতাম্না চৎতুনা লাইরেমাগী মাথংবু সলোকনা তমদুই ।১।২।

হিংচাবা নিংথৌ শুম্ভনা দূতকী মপাউ তারে, সাওদুনা হিংচাবগী সেনাপতি ধূম্র লোচনদা হাঙ্গি, হে ধূম্রলোচন, তেঙ্গোন পুদুনা নং থুনা চৎলু, মুপী অদু মশমদা লাকনা চিংলকউ ।৩।৪।

মুপী অদুবু কনানিমনা নৈরম্লবদি অমম্বু মাবু কনবা থোৌমাং তৌরম্ল-বাম্বু অমরা ওইরবাম্বু; যক্ষয়া গন্ধর্বয়া ? ওইসম্বু মাদুবু লোইনা হাৎতোকউ ।৫।

ঋষিরুবাচ ॥ ৬

তেনাজ্ঞপ্তস্ততঃ শীঘ্রং স দৈত্যো ধূম্রলোচনঃ।

বৃতঃ ষষ্ট্যা সহস্রাণামসুরাণাং দ্রুতং যযৌ ॥ ৭

স দৃষ্ট্বা তাং ততো দেবী তুহিনাচলসংস্থিতাম্।

জগাদোচ্চৈঃ প্রজাহাতি মূলং শুম্ভনিশুম্ভয়োঃ ॥ ৮

ন চেৎ প্রীত্যাদ্য ভবতী মদ্ভর্ত্তারমুপৈষ্যতি।

ততো বলান্নয়াম্যেষ কেশাকর্ষণবিহ্বলাম্ ॥ ৯

দেব্যুবাচ ॥ ১০

দৈত্যেশ্বরেণ প্রহিতো বলবান্ বলসংবৃতঃ ॥

বলান্নয়সি মামেবং ততঃ কিং তে করোম্যহম্ ॥ ১১

ঋষিরুবাচ ॥ ১২

---

ঋষিনা হাই,— অদুনা মাদুগা য়াথং পিরবদা হিংচাবা ধূম্রলোচননা খুৎথক্তা হিংচাবা অযুত তরুকী তেঙ্গোন পুদুনা খুনা লাইরেমাগী নাক্তা কুজিনখি ॥৬।৭॥

অদুগী মথংদা ধূম্রলোচন হিংচাবনা হিমালয়দা লাইরেমাবু উরগা খোঞ্জেন বাংনা কৌদুনা হাঈরকই, নং শুম্ভ, নিশুম্ভগী নাক্তা চৎলু, অদি মংদা হরাওনা ঐগী ইবুংঙোগী নাক্তা চৎত্রবদি ঐনা নংবু ওসিদি নাম লোইদনদুনা চিংখৎলগা নমদুনা পুগনি ॥ ৮ ॥ ৯ ॥

লাইরেমানা খুমই, নংদি হিংচাবা নিংথৌ নিশুম্ভনা থারক-খদি, তেঙ্গোনগা লোইনয়কপদি অমসু অকনবনি, মরম অসিদগী নংনা মাসুম তৌদুনা নমদুনা ঐবু পুদুনা চৎলু, অদুদা ঐনা কয়ি তৌগনি ॥১০।১১॥

ঋষিনা হাই, লাইরেমানা মাদুগা হাঈরবদা ধূম্রলোচননা লাই-

ইত্যুক্তঃ সোঽভ্যধাবত্তামসুরো ধূম্রলোচনঃ।
হুঙ্কারেণৈব তং ভস্ম সা চকারাম্বিকা ততঃ ॥ ১৩
অথ ক্রুদ্ধং মহাসৈন্যমসুরাণাং তথাম্বিকাম্।
ববর্ষ সায়কৈস্তীক্ষ্ণৈস্তথা শক্তিপরশ্বধৈঃ ॥ ১৪
ততো ধূতসটঃ কোপাৎ কৃত্বা নাদং সুভৈরবম্।
পপাতাসুরসেনায়াং সিংহো দেব্যা স্ববাহনঃ ॥ ১৫
কাংশ্চিৎ করপ্রহারেণ দৈত্যানাস্যেন চাপরান্।
আক্রান্ত্যা চাধরেণান্যান্ জঘান সুমহাসুরান্ ॥ ১৬
কেষাঞ্চিৎ পাটয়ামাস নখৈঃ কোষ্ঠানি কেশরী।
তথা তল প্রহারেণ শিরাংসি কৃতবান্ পৃথক ॥ ১৭

---

রেমাবু তমত্থনা চেনসিনখরে, মাহ্থ উবদা ইবেমা লাইরেমনা "হুম" হাই-থুনা শুংই, খোঞ্জেল অত্থনা ধুম্রলোচন হিংচাবনা উং ওইনা তুমখরে ॥১২॥১৩॥

ধুম্রলোচননা তুমগ্রবদা হিংচাবাগী ভেঙোননা সাওরম্থনা হোৎকলে, খৌর থৌরবা তেন, শক্তি, শীংজংনচিংবা খুৎলাই ময়াম্না লাই-রেমাদা নোং চুথবাগুম্না থাখি ।১৪।

মাহ্থ উবদা লাইরেমাগী সাদোং নোংশানা সাউহ্না মশোং শিন্দুনা অকিবা খোঞ্জেন্না শুংহ্থনা চোংশিনখরে, ভেঙোল ময়াইদা তারুরে ।১৫।

অত্থগা নোংশানা কনলবা হিংচাবাসীং কনাগুম্বনা খুৎতুমনা সুহ্থনা কনাগুম্ববুনা ময়া মনুংদা কনা কনাগুম্বাবুনা মচিনবাননা শাইহ্থনা থিন্দুনা হাৎলে ।১৬।

নোংশানা খুজিম্না খোত্থনা কনা কনাগুম্ববু মপুক শেগাইহ্থনা হাৎলি কনা কনাগুম্বাবু মকোকতা খুত্থমনা সুগাইহ্থনা হাৎলি ।১৭।

বিচ্ছিন্নবাহুশিরসঃ কৃতাস্তেন তথাপরে।
পপৌ চ রুধিরং কোষ্ঠাদন্যেষাং ধূতকেশরঃ ॥ ১৮
ক্ষণেন তদ্ বলং সর্ব্বং ক্ষয়ং নীতং মহাত্মনা।
তেন কেশরিনা দেব্যা বাহনেনাতিকোপিনা ॥ ১৯
শ্রুত্বা তমসুরং দেব্যা নিহতং ধূম্রলোচনম্।
বলঞ্চ ক্ষয়িতং কৃৎস্নং দেবীকেশরিণা ততঃ ॥ ২০
চুকোপ দৈত্যাধিপতিঃ শুম্ভঃ প্রস্ফুরিতাধরঃ।
আজ্ঞাপয়ামাস চ তৌ চণ্ডমুণ্ডৌ মহাসুরৌ ॥ ২১
হে চণ্ড হে মুণ্ড বলৈর্বহুলৈঃ পরিবারিতৌ।
তত্র গচ্ছত গত্বা চ সা সমানীয়তাং লঘু ॥ ২২
কেশেষ্বাকৃষ্য বদ্ধা বা যদি বঃ সংশয়ো যুধি।
তদাশেষায়ুধৈঃ সর্ব্বৈরসুরৈর্ব্বিনিহন্যতাম্ ॥ ২৩

---

লোংশানা অতোপপা কনা কনাগুম্বা হিংচাবা। পাম্বোম অনম্বু মকোক থৎলুনা হাৎলি, অতোপপা কনাগুম্বাবুনা মপুক হোন্তোক্তুনা মশোং নিক্তুনা ঐ থকই ।১৮।

সাওরবা, অকনবা, লাইরেমাগী সাদোং নোংশানা হিংচাবা তেঙ্গোনবু গুাহাক্তদা তুম্না মাংহনলে ।১৯।

মাস্তুম তৌহুনা লাইরেমানা হিংচাবা ধুম্রলোচনবু হাৎখরে, অমস্তু সাদোং নোংশানা তেঙ্গোন পুম্বা হাৎখরে, হাঙৈনা তারহুনা হিংচাবা নিংথৌ শুম্ভনা সাওরে, মচিনবান থক থক নিক্তুনা অকনবা হিংচাবা চণ্ড অমস্তু মুণ্ড অনিদা য়াথং পীরে ।২০'২১।

হে চণ্ড হে মুণ্ড তেঙ্গোন ময়াম পুদুনা নখোই অনি চৎলু, মপী

তস্যাং হতায়াং দুষ্টায়াং সিংহে চ বিনিপাতিতে।
শীঘ্রমাগম্যতাং বদ্ধা গৃহীতা তামথাম্বিকাম্ ॥ ২৪

ইতি মার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে দেবীমাহাত্ম্যে
শুম্ভনিশুম্ভসেনানীধূম্রলোচনবধঃ ॥ ৬

---

অদুবু মশম ম্বাক্তুনা চিংলকউ মত্রগা পম্মুনা থুমো পুরকউ, মাংমনা পুবা ম্যারোইদবগুম ভোবগা হিংচাবা পুম্বনা থুংলাই ময়াম্না চপমাম্ননা থাদুনা শিনিংচিং ভৌহনম্মু ।২২।২৩।

কনলে হাঙহনা নাপল ভোবী মুপী অহনা শিমাঙুম্না তুরবদা অমহ মাপী শাবোং লোংশা অম্বুবু হাংতোক্লগা মুপীহুবু থাও অমম্ম পুম্মুনা থুনা পুরকউ ।২৪।

মার্কণ্ডেয় পুরাণগী সার্বর্ণি মনুগী মন্নুংদা লাইরেমাগী মহিক মঙ-
নদা মতুংগী নীচংকী মহুং চনবা লাইরেমাগী মহিক
ফোংদোকপ লৈশি লৈথোনবগী ধূম্রলোচন হাংপা
তরুকস্নুবা অধ্যায় লোইরে।

—•*(✠)*•—

## ( সপ্তমোঽধ্যায়ঃ )

### [ চণ্ডমুণ্ডবধঃ ]

—(*)—

ঋষিরুবাচ ॥ ১

আজ্ঞপ্তাস্তে ততো দৈত্যাশ্চণ্ডমুণ্ডপুরোগমাঃ ।
চতুরঙ্গবলোপেতা যযুরভ্যুদ্যতায়ুধাঃ ॥ ২

দদৃশুস্তে ততো দেবীমীষদ্ধাসাং ব্যবস্থিতাম্ ।
সিংহস্যোপরি শৈলেন্দ্র-শৃঙ্গে মহতি কাঞ্চনে ॥ ৩

তে দৃষ্ট্বা তাং সমাদাতুমুদ্যমঞ্চক্রুরুদ্যতাঃ ।
আকৃষ্টচাপাসিধরাস্তথান্যে তৎসমীপগাঃ ॥ ৪

ততঃ কোপঞ্চকারোচ্চৈরম্বিকা তানরীন্ প্রতি ।
কোপেন চাস্যা বদনং মসীবর্ণমভূৎ তদা ॥ ৫

---

ঋষিনা হাঙ্গ,— মাসুম তৌহুনা মবুঙোনা সাথং পীরবা চণ্ড মুণ্ডনাচিংবা হিংচাবা সীংনা শামু, সাগোন, বথ অমসু খোংমীগা লোইব-হুনা খুৎলাই ময়াম চীঙহুনা চংখরে ।১।২।

অদুগী তুংদা হিংচাবাসীং অতুনা লাইরেমাগী নাক মৌরাগী উরে, সনাগী মপক ওইবা হিমালয় চীঙদোনদা ফজনা মোমোন ২ লোকনা লাইরেবানা লোংসাদা তোংহুনা লৈ ।৩।

চণ্ড মুণ্ডনাচিংনা হিংচাবনা লাইরেমাবু উবগা থোনাকপা কাপে হাজহুনা থৌরাং তৌবে, মাহুবু মতেং পাংবা হিংচাবা সীংনা নীংথং চিংহুনা অমসু থাং সতুনা লাইরেমাগী নাকা চংসিনখি ।৪।

অদুগীতুংদা তদা লাইরেমানা হিংচাবাসীং অহুবু য়াম্না শাওদুনা,

ভ্রুকুটীকুটিলাৎ তস্যা ললাটফলকাদ্ দ্রুতম্।
কালী করালবদনা বিনিষ্ক্রান্তাসিপাশিনী ॥ ৬

সাওমনগ্রহুনা ইবেমাগী মা মাইথোং অদু মুমুক্ মুসনথরে ।১৯।৫।

ইমা ইবেমা লাইরেমানা সাওহুনা পীগুম থেকখি, মাহুদা ইমাগী লাইপক্কুগী খুৎথক্তা উবদা কিগ্নবা মাইথোংমা নৈতেংবা থাংগা থৌরীগা পাইবী কালী লাইরেমা চোংথোকখিএ ॥ ৬ ॥

(১৯) সাওরবদি মাই ঙাংবা হৌনি, ইবেমানা সাওরগা মাই মুসিনলে হাঙৈনা লেংবা অসিদি সাহিত্যগী হৌনবিদদি চুমদে। মারেং অসিদা রসনা রৌদ্রনি ক্ষীবমবা ক্রোধ (অসাওবনি; মচুদি অঙাংবনি, অদুবু মাসিদা লাইরিক লেংবা হৌনবি কাইবা ওইনা উরে। নৌইগুমগ অঙাংবা মচুদি ম্রাম্রা কুণ্ডলবদি মুনা উই। ইমা ইবেমাগী মা মাইথোং অদুবু সাওমনথিবনা ঙাঙমনগ্রহুনা মুনা উবাদা করিম্নু চিংনবা ক্ষমথোক্তে। মরমদি চণ্ড মুণ্ডনাচিংবা হিংচাবাসীং অদু তমস্ (অমম্বা) গুন (মঙন্) ঙাক্তনি। মাথোইবু হাৎলমদাইদা ইমা ইবেমাদা তমস্ (অমম্বা) গুন (মঙন্) না থোরকই, অদুনা ইমা ইবেমাগী মা মাইথোং-বু অমম্বগী মচু ওইনা )অসাওবাগী অঙাংবনা কুঙমন্দুনা) উবনি। ইমাগী মাই-থোংদা উরিবা অমুবা অদুদি তাইবংদা লৈবা অমুবা তেঙ্গালি, কালি, গুম্বা অমুবা সিনত্তে, শ্রুতিনা হাঙ্গৈ "আসীদিদং তমোভূত"— তাইবংপানবা অসি করি অমাতা লৈতরিঙৈদা ওইরম্বা মচু অদুনি, মাহুবু মীরোনদা হাঙ্গৈনিঙাই লৈতহুনা অমুবনি, মাঙ্গৈবাতনি। ঐথোইনা যোগগা অহানবদা লৈপাক নোং-থৌ পুম্বাবু ইমাগা তিম্রনা লৈবা সদাশিবগী মূর্ত্তিনি, হাঙ্গৈনা ধ্যান তৌই। ধ্যান অদুদা সংসংনা উই, বীর্যগী মশক ওইনা নোংথৌনা ঈসীং পী মাহুবু লৈপাক লৈমনা গর্ভদা পুদুনা চীঙ্গাক ওইনা পোক্ননা লেংই পাম্লিবা তাই-বংগী হকচাং পুম্বা ওই, অসিবু অংম্বা মীগী রতিক্রীড়া ওইনা কম্নিম্নু উদে, অদুনা মাহুবু বেদনা হাঙ্গৈবদা সাহিত্যগী করিম্নু দোষ লৈত্তে, মাগুণ্ডনি। ইমানা ক্ষেত্রদা জগন্নাথগী মন্দির মনুংদা বিমলা কৌহুনা লৈ মাগুম্না কা-লীঘাদা বিশালাক্ষী, দ্বারকাদা রুক্মিনী, বৃন্দাবনদা রাধা, মণিপুরদা যুম খুদিংদা ইমানা লৈমারেন কৌহুনা লৈ, ইমা মহাক্তি অপ্রাকৃত রস মূর্ত্তিনি. শ্রুতিনা হাঙ্গৈ "রসোবৈসঃ" "অপ্রাকৃত প্রেমময়ীনি— শত ইন্দ্র গোপ হাঙৈনা হউরোপ ক্ষাঙ্গা লিংই"।

বিচিত্রখট্বাঙ্গধরা নরমালাবিভূষণা।
দ্বীপিচর্ম্মপরিধানা শুষ্কমাংসাতিভৈরবা ॥ ৭
অতিবিস্তারবদনা জিহ্বাললনভীষণা।
নিমগ্নারক্তনয়না নাদাপূরিতদিঙ্মুখা ॥৮
সা বেগেনাভিপতিতা ঘাতয়ন্তী মহাসুরান্।
সৈন্যে তত্র সুরারীণামভক্ষয়ত তদ্ বলম্ ॥ ৯
পার্ষ্ণিগ্রাহাঙ্কুশগ্রাহিযোধঘণ্টাসমন্বিতান্।
সমাদায়ৈকহস্তেন মুখে চিক্ষেপ বারণান্ ॥ ১০
তথৈব যোধং তুরগৈ রথং সারথিনা সহ।
নিক্ষিপ্য বক্ত্রে দশনৈশ্চর্ব্বয়ন্ত্যতিভৈরবম্ ॥ ১১

---

কালীমাইনা খুত্তাখট্বাঙ্গ পাই, মীকোক পরেং শি, কৈ মউন শেৎলি, ইবেম্মগী হকচাংপুম্বা ইকং কংসিনলি, অতুনা অকিবগী মশক ওই ।৭।

ময়া লাওনা কারে, মমুংদা মরৈনা ফর ফর হাঙবনা য়ামনা কিনবা মশক ওইখরে, ইবেমাগী মীৎ অতুন। মমুং কুৎনা ঙাংসং ঙাংনা পানলি, ঙংলকপদা মাইকৈ পুম্বা ইনিন নিনখরে ।। ৮ ।।

অদুগুম্বা ইমা কালীনা য়ামনা কন্না হিংচাবা তেঙ্গোন মথাইভন্না চেনসিনলকলে, অদুগা মাখোই অতুবু হাৎখি, অমসু অদুগা মাখোইবু চাবা হৌরকলে ।।৯।।

হিংচাবা তেঙ্গোনগী মমাংদা ঙাকপা অমসুং নাক এৎ ওইদা ঙাকপা শামুগী তেঙ্গোন ময়াম্সু মথক্তা তোংবা মীগা লোইননা কাহুনা ইমানা য়া মমুংদা হুপ্তন হুপ্তন্দুনা সাইদুনা চাথোকলে ।।১০।।

মাদুম তৌদুনা ইমা কালীনা খুৎ নামনা য়া মথকতা তোংবগা লোই

একং জগ্রাহ কেশেষু গ্রীবায়ামথ চাপরম্।
পাদেনাক্রম্য চৈবান্যমুরসান্যমপোথয়ৎ ॥ ১২
তৈর্মুক্তানি চ শস্ত্রাণি মহাস্ত্রাণি তথাসুরৈঃ।
মুখেন জগ্রাহ রুষা দশনৈর্মথিতান্যপি ॥ ১৩
বলিনাং তদ্বলং সর্ব্বমসুরাণাং মহাত্মনাম্।
মমর্দ্দাভক্ষয়চ্চান্যানন্যাংশ্চাতাড়য়ৎ তথা ॥ ১৪
অসিনা নিহতাঃ কেচিৎ কেচিৎ খট্বাঙ্গতাড়িতাঃ।
জগ্মুর্বিনাশমসুরা দন্তাগ্রাভিহতাস্তথা ॥ ১৫
ক্ষণেন তদ্বলং সর্ব্বমসুরাণাং নিপাতিতম্।
দৃষ্ট্বা চণ্ডোঽভিদুদ্রাব তাং কালীমতিভীষণাম্ ॥ ১৬

---

ননা সাগোনবু সাথৌবগা লোইননা রথবু লৌরগা য়া মচুংদা হুপ্পদুনা [illegible] চাথোকখ্রে ॥১১॥

[illegible] হিংবা কনা ২ গুম্বাবুনা মশামক্তা কনা ২ গুম্বাবুনা মুখৌরিদা পাইহুনা চিংহুনা হাৎলি। কনা ২ গুম্বাবুনা থোঙনা নেৎ-তুনা কনা ২ গুম্বাবুনা থপাকনা তকথাইহুনা হাৎতোকই ॥ ১২ ॥

হিংচাবাসীংগী খুৎসু, খুৎলাই অথোইবা খিবিকপু য়ানা চিক্কুনা কাখি, অহুগা সাওহুনা কুপনা সাইহুনা হন্দোকখি ॥১৩॥

অকনবা, চাওরা-চাওরবা হিংচাবশী তেঙ্গোন খিবিকপু মহাকনা মা [illegible] তৌহুনা নোইহৎখি ॥১৪॥

কনা কনাগুম্বা হিংচাবসীংবু থাংনা য়াম্বুনা কনা কনাগুম্বসীংবুনা খট্বাঙ্গ [illegible] থাহুনা অতোপ অতোপ্পাসীংবুনা য়ানা সাইহুনা মাংহনি ॥১৫॥

[illegible] তৌহুনা [illegible] হিংচাবশী তেঙ্গোন পুম্বাবু মাংহনখি, মাহুবু উরহুনা চণ্ড হিংচাবনা অকিম্বগী [illegible] ওইবী কালীবু তুবহুনা [illegible] ॥১৬॥

শরবর্ষৈর্মহাভীমৈর্ভীমাক্ষীং তাং মহাসুরঃ।
ছাদয়ামাস চক্রৈশ্চ মুণ্ডঃ ক্ষিপ্তৈঃ সহস্রশঃ॥ ১৭

তানি চক্রাণ্যনেকানি বিশমানানি তন্মুখম্।
বভুর্যথার্কবিম্বানি সুবহুনি ঘনোদরম্॥ ১৮

ততো জহাসাতিরুষা ভীমং ভৈরবনাদিনী।
কালী করালবক্ত্রান্তর্দুর্দর্শদশনোজ্জ্বলা॥ ১৯

উত্থায় চ মহাসিংহং দেবী চণ্ডমধাবত।
গৃহীত্বা চাস্য কেশেষু শিরস্তেনাসিনাচ্ছিনৎ॥ ২০

অথ মুণ্ডোঽপ্যধাবতাং দৃষ্ট্বা চণ্ডং নিপাতিতম্।
তমপ্যপাতয়দ্ভূমৌ সা খড়্গাভিহতং রুষা॥ ২১

---

হিংচাবা অথোইবা চণ্ডনা অকিবা ফংনবা তেনগী নোংনা অমসু মুণ্ডনা লীসিঙ ২ ওইনা চক্র খুৎলাই হনজিন্দুনা অকিবা মীৎ পানবী কালীবু কুপসিনখি।১৭।

মাসুম তৌহূনা চণ্ড, মুণ্ডগী তেন, চক্রনাচিংবা খুৎলাই ময়ামা কালী মাতাগী য়া মপুংদা চংখিহুনা নোং মরক্তা নুমিৎ ময়াম থোকপা-গুম কনখি।১৮।

অদুগীতুংদা অকিবগী মশক ওইবা মমাই পানবী কালিনা য়াম্না সাওরহুনা য়াম্না কন্না থাকনা ২ নোকখি, নোকপা অহুদা য়া মরানগী অয়ংবনা অকিবগী মশক ওইনা ঙানখি।১৯।

অহুগী মতুংদা দেবীনা য়াম্না সাওবাগী খোম্লেন "হং" অসি হান্নহুনা অথোইবা থাংশাংবু হাঙ্গগতুনা চণ্ডহিংচাবাবু তমনা কুজিনখি, অহুগা চণ্ডহিংচাবাগু মশম পাইহুনা থাং অহুনা মঙক ককৎলে।২০।

মাসুম তৌহুনা চণ্ডবু হাৎতাকখিবা উরহুনা মুণ্ডনা দেবী তমহুনা চেনশিনলকলে, দেবীনা সাওরহুনা মুণ্ডবুসু থাঙনা মাকুনা লৈমায়াক্তা তুহনলে।২১।

হতশেষং ততঃ সৈন্যংদৃষ্ট্বা চণ্ডং নিপাতিতম্।
মুণ্ডঞ্চ সুমহাবীর্য্যং দিশো ভেজে ভয়াতুরম্॥ ২২
শিরশ্চণ্ডস্য কালী চ গৃহীত্বা মুণ্ডমেব।
প্রাহ প্রচণ্ডাট্টহাসমিশ্রমভ্যেত্য চণ্ডিকাম্॥ ২৩
ময়া তবাত্রোপহৃতৌ চণ্ডমুণ্ডৌ মহাপশূ।
যুদ্ধযজ্ঞে স্বয়ং শুম্ভং নিশুম্ভঞ্চ হনিষ্যসি॥ ২৪

ঋষিরুবাচ॥ ২৫

তাবানীতৌ ততো দৃষ্ট্বা চণ্ডমুণ্ডৌ মহাসুরৌ।
উবাচ কালীং কল্যাণী ললিতং চণ্ডিকা বচঃ॥ ২৬
যস্মাচ্চণ্ডঞ্চ মুণ্ডঞ্চ গৃহীত্বা ত্বমুপাগতা।
চামুণ্ডেতি ততো লোকে খ্যাতা দেবি ভবিষ্যসি॥ ২৭

ইতি মার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে
দেবীমাহাত্ম্যে চণ্ডমুণ্ডবধঃ॥ ৭

---

অতুগী তুংদা অকনবা চণ্ড অমসু মুণ্ডবু হাংতোকখিবা। [illegible] অরেম্বা তেঙ্গোলনা মাইকৈ পুম্নমক্তা কাইত্থনা চেনখরে ।।২২।।

কালীনা চণ্ডগী মকোকনে মুণ্ডগী হকচাংনে অনিবু লৌথত্নুনা কৌশিকীগী নাক্তা লাকলে, অতুগা অকিবাগী মশক ওইনা খাক খাক নোক্নুনা হাঙ্গি, যজ্ঞ অথোইবাসিদা চন্দ অমসু মুণ্ড থোকপা শা অথোইবা অনিবু ঐনা নঙোন্দা খুদোন ওইনা পীরি, নহাকনা শুম্ভ অমসু নিশুম্ভবু হাৎলু ।২৩।২৪।

ঋষিনা হাঙ্গি, অতুগী তুংদা কালীনা পুরকপা চণ্ড অমসু মুণ্ডবু উরগা অকবা মঙ্গলনা মশক ওইনবী দেবী কৌষিকীনা অরেংবা [illegible] হায় ।২৫।২৬।

হে [illegible]! মরম্মদি নহাকনা চণ্ডনে মুণ্ডনে অনিমু পুরুনা ঐগী নাক্তা লাকই, অদুনা নহাক্তি মী পুম্নমক্না চামুণ্ড কৌখ্রগনি। [illegible]

মার্কণ্ডেয় পুরাণগী সাবর্ণিক মন্বন্তরগী বা ওইবা [illegible] মতিক মঙ্গনবু ফোংদোকপা লৈশি লৈথোন্দা। চণ্ড, মুণ্ড [illegible]
কৌবা তরেৎসুবা অধ্যায় লোইরে।

## ( অষ্টমোঽধ্যায়ঃ )

### [ রক্তবীজবধঃ ]

—(*)—

ঋষিরুবাচ ॥ ১

চণ্ডে চ নিহতে দৈত্যে মুণ্ডে চ বিনিপাতিতে ।
বহুলেষু চ সৈন্যেষু ক্ষয়িতেষ্বসুরেশ্বরঃ ॥ ২
ততঃ কোপপরাধীনচেতাঃ শুম্ভঃ প্রতাপবান্ ।
উদ্যোগং সর্ব্বসৈন্যানাং দৈত্যানামাদিদেশহ ॥৩
অদ্য সর্ব্ববলৈর্দ্দৈত্যাঃ ষড়শীতিরুদায়ুধাঃ ।
কম্বুনাং চতুরশীতির্নির্যান্তু স্ববলৈর্ব্বৃতাঃ ॥৪
কোটিবীর্য্যাণি পঞ্চাশদসুরাণাং কুলানি বৈ ।
শতং কুলানি ধৌম্রাণাং নির্গচ্ছন্তু মমাজ্ঞয়া ॥৫

---

ঋষিনা হাঙ্গি, হে নিংথৌ সুরথও । লাইরেমনা হাংতুনা চণ্ড সিরে, মুণ্ড তুরে অমসু তেঙ্গোল ময়াম তুমলে, মাদুদা মাতিক চাওবা হিং-চাবা নিংথৌ শুম্ভনা য়াম্না সাওরে, মতম অমত্তদা চপ মান্নবা পুন্নপ হৌদুনা লান তৌননবগীদমক য়াথং পীরে ।১।২।৩।

ওসিদি মাগী মাগী তেঙ্গোল পুদুনা হিংচাব মরিকুমরিনা মাগী তে-ঙ্গোল পুদুনা লান তৌবা থোকলে ।৪।

কোটিবীর্য শাগেদা পোকপা হিংচাবগী কাংলুপ য়াংখৈ অমসু ধূম্র-বংশদা লোকপা হিংচাবা কাংলুপকী কাংবু চামা লান তৌবা থোকলো ঐগী য়াথংনি ।৫।

কালকা দৌর্হৃ তা মৌর্যাঃ কালকেয়াস্তথাসুরাঃ।
যুদ্ধায় সজ্জা নির্য্যান্তু আজ্ঞয়া ত্বরিতা মম॥ ৬
ইত্যাজ্ঞাপ্যাসুরপতিঃ শুম্ভো ভৈরবশাসনঃ।
নির্জগাম মহাসৈন্যসহস্রৈর্বহুভির্বৃতঃ ॥ ৭
আয়াতং চণ্ডিকা দৃষ্ট্বা তৎ সৈন্যমতিভীষণম্।
জ্যাস্বনৈঃ পূরয়ামাস ধরণীগগনান্তরম্ ॥ ৮
ততঃ সিংহো মহানাদমতীব কৃতবান্ নৃপ।
ঘণ্টাস্বনেন তান্ নাদানম্বিকা চোপবৃংহয়ৎ ॥ ৯
ধনুর্জ্যাসিংহঘণ্টানাং শব্দাপূরিত-দিঙ্ মুখো।
নিনাদৈর্ভীষণৈঃ কালী জিগ্যে বিস্তারিতাননা ॥ ১০

---

কালক, দৌহৃতি, মৌর্য, অমসু কালকেয় হিংচাবাসীংগী কাংলুপ মরিনা লানগী থৌবাং তৌহনা ঐগী য়াথংদগী থুনা লাস চৎলু ॥ ৬ ॥

মাগী য়াথংবু পুয়মকনা কীবনা হিংচাবা নিংথৌ শুম্ভনা মাগুম তৌহনা য়াথং পীরে, অকনবা তেঙ্গাল মসিং লাকওমদবা ময়ামনা কোইহনা লান তৌবা চৎখরে।৭।

চণ্ডিকা লাইরেমানা অহুগুম্বা অকনবা হিংচাবগী তেঙ্গোন ময়ামু লাকলে হাঙবা উরহনা লীরুংবু তক ২ হাঙহনা মখোন থোকহন্দুনা লৈপাক নিংথৌ অনিমকপু থনহনলি।৮।

হে নিংথৌ অহুগী তুংদা লাইরেমাগী শাদোং নোংশানা হন্না হন্না ঙংখি, মাহুবু অমোকসু তম্বা লাইরেমানা নোংশ গী নলাও লাওহনা হেনগৎহনলি।৯।

কালীনা ইবেমাগী মাইথোংবু পাকথোকহন্দুনা অকিবাগী থোক-

তস্মিন্নাদমুপশ্রুত্য দৈত্যসৈন্যৈশ্চতুর্দ্দিশম্ ।
দেবী সিংহস্তথা কালী সরোষৈঃ পরিবারিতাঃ ॥ ১১

এতস্মিন্নন্তরে ভূপ বিনাশায় সুরদ্বিষাম্ ।
ভবায়ামরসিংহানামতিবীর্য্যবলান্বিতাঃ ॥ ১২

ব্রহ্মেশগুহবিষ্ণুনাং তথেন্দ্রস্য চ শক্তয়ঃ ।
শরীরেভ্যো বিনিষক্রম্য তদ্রূপৈশ্চণ্ডিকাং যযুঃ ॥ ১৩

যস্য দেবস্য যদ্রূপং যথা ভূষণবাহনম্ ।
তদ্বদেব হি তচ্ছক্তিরান্ যোদ্ধুমাযযৌ ॥ ১৪

---

লনা মাইকৈ পুম্বাবু থনহনখরে, মাগী খোল্লাও অতুনা হাম্নগী লিরুং লির্নি, নোংশা অমসু শরিক্কী খোঙ্গেনবু নমহৎখরে ।১০।

হিংচাবাগী তেঙ্গোলনা মাখোইগী নাক্সা চংলকনবা খোঙ্গেনবু তা-রগা সাওবতুনা কৌষিকী লাইরেমা, নোংশা, অমসু চামুণ্ডাবু মাইকৈ পুম্বা কোইসিনখরে ।১১।

হে নিংথৌ ! মতম অসিদা হিংচাবাবু হাৎনবা অমসু লাইসীংগী ফননবগীদমক ব্রহ্মা, মহাদেব, কার্তিকেয়, বিষ্ণু অমসু ইন্দ্রগী পাঙ্গল পুম্নমকনা লাইশিং অতুগী মশাদগী চোংথোক্লুনা লাইসীং অতুগা মান্নবা মশক লৌতুনা কনলবা পাঙ্গল অমসু থৌনাগা লোইননা চণ্ডিকা লাই-রেমাগী নাক্তা য়ৌররে ।১২।১৩।

লাইসীং অতুগী অতু অতুগুম্বা মওং মতৌ, মশক মচু লৈতেং শাদোং মাতুগুম্বা চপ মান্নবা, মওং মতৌ, মশক মচু, লৈতেং অমসু শাদোং ভোংতুনা লাইসিংগী পাঙ্গলপুম্বনা হিংচাবশিংগা লান থৌনা ভন্না লাক্লে । ১৪ ।

হংসযুক্তবিমানাগ্রে সাক্ষসূত্রকমণ্ডলুঃ।
আয়াতা ব্রাহ্মণঃ শক্তির্ব্রহ্মাণী সাভিধীয়তে॥ ১৫
মাহেশ্বরী বৃষারূঢ়া ত্রিশূলবরধারিণী।
মহাহিবলয়া প্রাপ্তা চন্দ্ররেখাবিভূষণা॥ ১৬
কৌমারী শক্তিহস্তা চ ময়ূরবরবাহনা।
যোদ্ধুমভ্যাযযৌ দৈত্যানম্বিকা গুহরূপিণী॥ ১৭
তথৈব বৈষ্ণবী শক্তির্গরুড়োপরি সংস্থিতা।
শঙ্খচক্রগদাশার্ঙ্গ খড়্গহস্তাভ্যুপাযযৌ॥ ১৮
যজ্ঞবারাবমতুলং রূপং যা বিভ্রতো হরেঃ।
শক্তিঃ সাপ্যাযযৌ তত্র বারাহীং বিভ্রতী তনুম্॥ ১৯

---

অহানবদা ব্রহ্মাগী পাঙ্গলনা কাঙন্যাচিংবা বিমান তৌহুনা মাহুনা চুগরিক পরেং অমসু য়ুবীথুজাই পাইহুনা লাকলে।১৫।

অহুগী মতুংদা মহাদেবগী পাঙ্গলনা মভোন অহুম লোংবা ত্রিশূল পাইহুনা ষণ তলপ তোংহুনা লানফমদা চংলকলে মানা থামচেৎনা কোক্তা অমসু অথোইবা লিন খুত্তা খুজি ওইনা লৈভেংলে।১৬।

হিংচাবাবু হাৎকে হাঙ্গনা ভাইবংপানবগী মমা কার্তিকেয়না কার্তি-কেয়গী মূর্তি লৌহুনা খুত্তা শক্তি কৌবা খুৎলাই পাইহুনা বাহোং অথোইবা তোংহুনা লাকলে। ৭।

বিষ্ণুগী পাঙ্গন বৈষ্ণবী লাইরেমানা হাঙ্গপ্রবাসীং অহুগুম্বা মহাকসু বিষ্ণুগী মশক ওইরহুনা গরুড় তোংলে, খুৎতা শঙ্খ, চক্র, গদা, থুংল-মে।১৮

চাংদমবা য়াদবা, যজ্ঞবরাহ ওক্লাবাগী মশক ওইব। হরিগী অতোপ্পা পাঙ্গল অমনা ওক্তী মশক ওইরহুনা লানফমদা চংলকলে।১৯।

নারসিংহী নৃসিংহস্য বিভ্রতী সদৃশং বপুঃ ।
প্রাপ্তা তত্র সটাক্ষেপ-ক্ষিপ্তনক্ষত্রসংহতিঃ ॥ ২০

বজ্রহস্তা তথৈবেন্দ্রী গজরাজোপরিস্থিতা ।
প্রাপ্তা সহস্রনয়না যথা শক্রস্তথৈব সা ॥ ২১

ততঃ পরিবৃতস্তাভিরীশানো দেবশক্তিভিঃ ।
হন্যন্তামসুরাঃ শীঘ্রং মম প্রীত্যাহ চণ্ডিকাম্ ॥ ২২

ততো দেবীশরীরাত্তু বিনিষ্ক্রান্তাতিভীষণা ।
চণ্ডিকাশক্তিরত্যুগ্রা শিবাশতনিনাদিনী ॥ ২৩

সা চাহ ধূম্রজটিলমীশানমপরাজিতা ।
দূতত্বং গচ্ছ ভগবন্ পার্শ্বং শুম্ভনিশুম্ভয়োঃ ॥ ২৪

---

নরসিংহ দেবগী পাঙ্গলনা নোংশাগী মশক ওইরদুনা লানদা লাক-লে, মশোংনা ফুদুনা নিংথৌ লৈপাক্তা থরাল মচাক ময়াম ইচাইচাই-রে ।২০।

স্বরারেন্দগী পাঙ্গলনা স্বরাবেন্দ ওইরদুনা মমীৎ লীসিং অমা পায়রে বজ্র পাইরে, অদুগা ঐরাবত শামু তোংদুনা ব্রহ্মানীনাচিংবী সীংগা লোইনদুনা লানজংরকলে ।২১।

অদুগী মতুংদা মহাদেবনা ব্রহ্মানীনাচিংবী লাইপুবাগী পাঙ্গল ময়াম্বা কোইরদুনা চণ্ডিকা লাইরেমাদা হাঙ্গ,— ঐগী পেন্নাবগীদমক ইবেঙা নহাক-না থিরাবাবু থুনা হাংলু ।২২।

মহাদেবনা মাস্তুম্না হাঙ্গরবদা কৌষিকী লাইরেমাগী হকচাংদগী শক্তি-অমগী মান্না কিবনা মশক ওইবা অমস্তু লান্না ফানবা য়াদবা, মহাকী পাঙ্গল ময়াম চোংথোক্লকলে, মাখোই অদুনা নমহুইগুম্না খোংনা খোংনাদু-না থোরকলে ।২৩।

অমোমমনা শুমানবী চণ্ডিকা লাইরেমানা মকোক্তা মৈথু মচুমাবা

ব্রূহি শুম্ভং নিশুম্ভঞ্চ দানবাবতিগর্ব্বিতৌ ।
যে চান্যে দানবাস্তত্র যুদ্ধায় সমুপাস্থিতাঃ ॥ ২৫
ত্রৈলোক্যমিন্দ্রো লভতাং দেবাঃ সন্তু হবির্ভুজঃ ।
যূয়ং প্রয়াত পাতালং যদি জীবিতুমিচ্ছথ ॥ ২৬
বলাবলেপাদথ চেদ্ ভবন্তো যুদ্ধকাঙ্ক্ষিণঃ ।
তদাগচ্ছত তৃপ্যন্তু মচ্ছিবাঃ পিশিতেন বঃ ॥ ২৭
যতো নিযুক্তো দৌত্যেন তয়া দেব্যা শিবঃ স্বয়ম্ ।
শিবদূতীতি লোকেঽস্মিংস্ততঃ সা খ্যাতিমাগতা ॥ ২৮
তেঽপি শ্রুত্বা বচো দেব্যাঃ শর্ব্বাখ্যাতং মহাসুরাঃ ।
অমর্ষাপূরিতা জগ্মুর্যতঃ কাত্যায়নী স্থিতা ॥ ২৯

---

অটাপুবা, শিবদা হাঙ্গ,— হে ভগবন্ ইবুঙোনা অমোক্তা ঐগী দূত ওইবিয়ু, অহুগা শুম্ভ, নিশুম্ভগী নাক্তা লেংউ ।২৫।

নাপন ভৌবা হিংচাবা শুম্ভ অমসু নিশুম্ভদা অহুগা মাহাক্কী মঙোং পাং-বা লান লাকপা হিংচাবা সিংদাসু ঐগী পাউসিভা হাঙ্গবিয়ু ।২৫।

স্বর্গারেন্দনা মরোন অহুমু লৌসমু, লাইপুম্বনা যজ্ঞগী শরুক চা-সমু, অহুগা নখোইনা নথবাই মাংনিংঙ্গগা নচা, নতু, ননাই অমসু মপ্পী পুহুনা পাতালদা চৎলো ।২৬।

অহুগা নখোইনা নাপন তৌরহুনা লান ভৌসি হাঙ্গরগা থুনা লাও নখোইগী ঈতোংনা ঐগী পাজন শিবাসীংবু মপুক থনহুনা মুঙাইহনগে ।২৭।

মেধস্ মুনিনা নিংথৌসুরথদা হাঙ্গ,— লাইরেমানা শিবমকপু দূত ওইনবা মরমদগী মাহুদগী হোৎহুনা ইবেমানা "শিবদূতী" মিঙোক্ত কংখি ।২৮।

মহাদেবগী চিন্দগী দেবীনা হাঙ্গরকপা বা পুখা ভারবদা হিংচাবা অখোইবা ময়াম্না সাওরহুনা লাইরেমাগী নাক্তা চত্তা নাক্তে ।২৯।

ততঃ প্রথমমেবাগ্রে শরশক্ত্যৃষ্টিবৃষ্টিভিঃ ।
ববর্ষুরুদ্ধতামর্ষাস্তাং দেবীমমরারয়ঃ ॥ ৩০
সা চ তান্ প্রহিতান্ বাণাঞ্ছূলচক্রপরশ্বধান্ ।
চিচ্ছেদ লীলয়া ধ্মাতধনুর্মুক্তৈর্মহেষুভিঃ ॥ ৩১
তস্যাগ্রতস্তথা কালী শূলপাতবিদারিতান্ ।
খট্বাঙ্গপ্রোথিতাংশ্চারীন্ কুর্ব্বতী ব্যচরত্তদা ৩২
কমণ্ডলুজলাক্ষেপ-হতবীর্য্যান্ হতৌজসঃ ।
ব্রহ্মাণী চাকরোচ্ছত্রূন্ য়েন যেন স্ম ধাবতি ॥ ৩৩
মাহেশ্বরী ত্রিশূলেন তথা চক্রেণ বৈষ্ণবী ।
দৈত্যান্ জঘান কৌমারী তথা শক্ত্যাতিকোপনা ॥ ৩৪

---

অদুগী তুংদা সাওরবা হিংচাবাসীংনা লাইরেমাগী মাংদা লৈরদুনা অস্নানবদা তেন, শক্তি, থাং, অমসু তানচিংবা খুৎসু খুৎলাইবু নোং ওইনা চুথহন্দুনা দেবীবু কুপসিনখরে ।৩০।

লাইরেমানাসু হিংচাবসীংগী পাইশনলকলবা তেন, তা, চক্র অমসু শীংজং ময়াম অদুবু লীরুংবু টং টং হাঙবা মখোন থোকহন্দুনা তেন ময়াম্মা ঈরাই লাইনা ককথৎতুনা থাদরে ।৩১।

মতম অদুদা কালী মাতানা হিংচাবসীংবু তানা খিনথুদুনা থুগাইরে অমসু খট্বাঙনা থাদুনা নোইহৎ২ তুনা শুন্তগী মমাংদা চংখি ।৩২।

মতম অদুদা ব্রহ্মাণী পাঙল, ব্রহ্মানী লাই রেমানা মাইকৈপুম্বা সুনা কোইদুনা য়ুবী থুজাইদগী ঈশিংনা চাইদুনা হিংচাবা এক্রবাসীংবু পাঙল অমসু মতিক মগুন পুম্বা ময়েং তাহনবা হোরকলে ।৩৩।

মহাদেবগী পাঙল মাহেশ্বরীনা ত্রিশূলনা খিন্দুনা বিষ্ণুগী পাঙল বৈষ্ণবীনা চক্রনা থাদুনা অমসু য়াম্না সাওরবী কাত্তিকেয়গী পাঙল কৌ-

ঐন্দ্রী-কুলিশপাতেন শতশো দৈত্যদানবাঃ ।
পেতুর্ব্বিদারিতাঃ পৃথ্ব্যাং রুধিরৌঘপ্রবর্ষিণঃ ॥ ৩৫
তুণ্ডপ্রহারবিধ্বস্তা দংষ্ট্রাগ্রক্ষতবক্ষসঃ।
বরাহমূর্ত্ত্যা ন্যপতংশ্চক্রেণ চ বিদারিতঃ ॥ ৩৬
নখৈর্ব্বিদারিতাংশ্চান্যান্ ভক্ষয়ন্তী মহাসুরান্ ।
নারসিংহী চচারাজৌ নাদাপূর্ণদিগম্বরা ॥ ৩৭
চণ্ডাট্টহাসৈরসুরা শিবদূত্যভিদূষিতাঃ।
পেতুঃ পৃথিব্যাং পতিতাংস্তাংশ্চখাদাথ সা তদা ॥ ৩৮

---

মারীনা শক্তিনা থাহুনা হিংচাবাসীংবু হাংখি ।৩৪।

ইন্দ্রগী পাঙল ঐন্দ্রী লাইরেমনা দৈত্য অমসু দানব কৌথা হিংচাবসীং চাম চামবু বজ্রনা থাহুনা ইতোই তোইনা থুগাইরগ্রে, মাখোইগী মশাদগী থোকখিবা ঈ ময়ামনা লৌখোং শানা চেনখরে, অহুদগী মাখোইনা নৈপাক্তা তুখি ।৩৫।

বরাহ দেবগী পাঙল বারাহী লাইরেমাগী মচীম্না ফুহুনা থুগাইরবা ময়া মতোননা থিন্দুনা থিঙাইরবা, অমসু চক্রনা কক্কনা তুপথৎলবা হিংচাবসীংনা নৈপাক্তা তুখরে ।৩৬।

নরসিংহগী পাঙল নরসিংহী লাইরেমানা অকিবগী মশক ওইবা খোল্লাও তৌরহুনা মাইকৈ অমসু অতিয়া পুম্ববু থনহন্দুনা খুজিনখিবিক্লা থদৎলবা হিংচাবাসীংবু অতোপপাবুসু চার চারহুনা লানকমদা কোইনা চৎলি ।৩৭।

শিবদূতী লাইরেমানা কম্না থাক্লা থাক্লা নোক্কনা হিংচাবসীংবু খানথাহনলগা নৈপাক্তা তুহুনা নৈরবদা লৌহুনা ২ চাথোকখি ।৩৮।

ইতি মাতৃগণং ক্রুদ্ধং মর্দ্দয়ন্তং মহাসুরান্।
দৃষ্ট্বাভ্যুপায়ৈর্বিবিধৈর্নেশুর্দেবারিসৈনিকাঃ ॥ ৩৯
পলায়নপরান্ দৃষ্ট্বা দৈত্যান্ মাতৃগণার্দ্দিতান্ ।
যোদ্ধুমভ্যাযযৌ ক্রুদ্ধো রক্তবীজো মহাসুরঃ ॥ ৪০
রক্তবিন্দুর্যদা ভূমৌ পতত্যস্য শরীরতঃ ।
সমুৎপততি মেদিন্যাস্তৎপ্রমাণস্তদাসুরঃ ॥ ৪১
যুযুধে স গদাপাণিরিন্দ্রশক্ত্যা মহাসুরঃ।
ততশ্চৈন্দ্রী স্ববজ্রেণ রক্তবীজমতাড়য়ৎ ॥ ৪২
কুলিশেনাহতস্যাশু তস্য সুস্রাব শোণিতম্।
সমুত্তস্থুস্ততো যোধাস্তদ্রূপাস্তৎপরাক্রমাঃ ॥ ৪৩

---

ব্রহ্মাণী পাঙ্গল ব্রহ্মানীনচিংবী ইমা ময়াম্মা সাওরহূনা মখল মখা য়ামলবা লানগী লানথোং খিবিকনা মরম ওইহূনা হিংচাবাসীংবু নোই-থাইরকপা অহু উবদা হিংচাবাগী তেঙ্গোল পুম্বা খাংবা য়াদ্রহূনা চে-নখরে ।৩৯।

মতম অতুদা রাক্ত বীজ হিংচাবা অকনবনা হাঙ্গৈথবা ইমাগী কাং-লুপনা তকখাইহূনা তেঙ্গোল পুম্বনা চেনলিব.বু উবদা সাওহূনা ইমাগী কাঙ্লুপ তম্না লান তৌগে হাঙ্গহূনা ফুজিনখি । ৪০ ।

মাঙ্গুম তৌহূনা শোরুরবদা রক্তবীজগী হকচাংদগী তাখিবা ঈনা নৈপাকতা তাখিবগা রক্তবীজগা চপ মান্নবা হিংচাবা ঙাক্না চোংথোক-খি ।৪১।

মাঙ্গুম্না ঈদগী চোংথোক্লকপা রক্তবীজনা গদা পাইহূনা ইন্দ্রাণী নাইরেমাণা শোকনৈ, ইন্দ্রাণীসু রক্তবীজবু বজ্রনা থাই.।৪২

ইন্দ্রাণীগী বজ্রনা ককথৎপাদগী ঈ ময়াম থোরকলে, মদোং অহু-

যাবন্তঃ পতিতাস্তস্য শরীরাদ্ রক্তবিন্দবঃ।
তাবন্তঃ পুরুষা জাতাস্তদ্বীর্য্যবলবিক্রমাঃ ॥ ৪৪
তে চাপি যুযুধুস্তত্র পুরুষা রক্তসম্ভবাঃ।
সমং মাতৃভিরত্যুগ্রশস্ত্রপাতাতিভীষণম্ ॥ ৪৫
পুনশ্চ বজ্রপাতেন ক্ষতমস্য শিরো যদা।
ববাহ রক্তং পুরুষাস্ততোঃ জাতাঃ সহস্রশঃ ॥ ৪৬
বৈষ্ণবী সমরে চৈনং চক্রেণাভিজঘান হ।
গদয়া তাড়য়ামাস ঐন্দ্রী তমসুরেশ্বরম্ ॥ ৪৭
বৈষ্ণবীচক্রভিন্নস্য রুধিরস্রাবসম্ভবৈঃ।
সহস্রশো জগদ্ ব্যাপ্তং তৎপ্রমাণৈর্ম্মহাসুরৈঃ ॥ ৪৮

---

দগী খুৎথক্তা রক্তবীজগা চপ মান্নবা মওং মতৌ অমত্তু মপাঙ্গলদা রক্ত-বীজগা চপ মান্নবা লানমী ওাক্তা ওইখি ।৪৩।

রক্তবীজগী হকচাংদগী থোকখিবা ঈ মতুন্না নৈপাক্তা [illegible] মতীং অত্থুগ্গা চপ মান্নবা রক্তবীজগা মান্নবা কনবা, তৌবা ওগা; অমত্ত থৌবা হিংচাবা ময়াম থোক্লকলে ।৪৪।

ঐন্দ্রী থোকপা নিপাসীং অহুনা ঈ মাগী কাংসুপ মথাক্তা লোই-নাহুনা অকলবা, থৌর থৌরবা খুৎসু খুংলাই শিজন্নহুনা; মান্না কন্না লান শোক্লখি ।৪৫।

ইন্দ্রাণীনা অমোকসু হন্না বজ্রনা থাহুনা রক্তবীজগী মকোক কাই-হুনা ঈ থোকলে, ঈহুনা নৈপাক্তা ভাখিবাগা মাহুদগী অমোকসু রক্ত-বীজ হিংচাবা লীসিঙ২ ওইনা থোকলে ।৪৬।

বিষ্ণুশক্তি লাইরেমানা চক্রনা হিংচাবা অথোইবা রক্তবীজবু য়াননি, ইন্দ্রানীনাসু মাবু গদানা ফুই ।৪৭।

বৈষ্ণবীশক্তিনা চক্রনা য়ানবগা রক্তবীজগী [illegible] ঈনা

শক্ত্যা জঘান কৌমারী বারাহী চ তথাসিনা।।
মাহেশ্বরী ত্রিশূলেন রক্তবীজং মহাসুরম্।। ৪৯
স চাপি গদয়া দৈত্যঃ সর্ব্বা এবাহনৎ পৃথক্।
মাতৄঃ কোপসমাবিষ্টো রক্তবীজো মহাসুরঃ ॥ ৫০
তস্যাহতস্য বহুধা শক্তিশূলাদিভির্ভুবি।
পপাত যো বৈ রক্তৌঘস্তেনাসঞ্ছতশোঽসুরাঃ ॥ ৫১
তৈশ্চাসুরাসৃক্‌সম্ভূতৈরসুরৈঃ সকলং জগৎ।
ব্যাপ্তমাসীত্ততো দেবা ভয়মাজগ্মুরুত্তমম্ ॥ ৫২
তান্ বিষণ্নান্ সুরান্ দৃষ্ট্বা চণ্ডিকা প্রাহ সত্বরা।
উবাচ কালীং চামুণ্ডে বিস্তরং বদনং কুরু ॥ ৫৩

---

বৈষ্ণবী চক্রগী অমোকসু মাগা চপ মাঙ্কবা রক্তবীজ লৌখিত্ত হল্লক-না প্রোকলে।৪৮।

কৌমারীনা শক্তি খুৎলাইনা বারাহীনা থাংনা অমসু মাহেশ্বরীনা ত্রিশূলনা হিংচাবা অথোইবা রক্তবীজবু মশাদা থাই, য়ানলি, অমসু থিনলি।৪৯।

হিংচাবা রক্তবীজসু সাওহনা মখূৎতা গদা পাইহনা ব্রহ্মাণীনা-চিংবা ইমাগী কাংলুপকা অমামম পাহনা কুই।৫০

শক্তি, তা, অমসু অতোপ অতোপ্পা খুৎসু খুৎলাইনা মখল মখা য়ায়া শোক্লবা রক্তবীজগী হকচাংদগী ঈনা লৌখোং ওইনা চেনথরে, অদুগুম্বা ঈয়াম অহুদগী মসিঙ লাকপা ওমদনা রক্তবীজ ওাক্ত চোংথোকরে।৫১।

অদুগুম্বা হিংচাবাগী ঈদগী থোকপা হিংচাবাবীং অহনা অমা-পুম্বা য়িনথুংনা লৈথরে, মাহু উরবা লাইপুম্বা য়াম্না কিরে।৫২।

চণ্ডিকা লাইহোনা লাইপুম্বাবু কিরবা অমসুং উবনা হায়, —

মচ্ছস্ত্রপাতসম্ভূতান্ রক্তবিন্দূন্ মহাসুরান্ ।
রক্তবিন্দোঃ প্রতীচ্ছ ত্বং বক্ত্রেণানেন বেগিতা ॥ ৫৪
ভক্ষয়ন্তী চর রণে তদুৎপন্নান্মহাসুরান্ ।
এবমেষ ক্ষয়ং দৈত্যঃ ক্ষীণরক্তো গমিষ্যতি ॥ ৫৫
ভক্ষ্যমাণাস্ত্বয়া চোগ্রা ন চোৎপৎস্যন্তি চাপরে ॥ ৫৬
ইত্যুক্ত্বা তাং ততো দেবী শূলেনাভিজঘান তম্ ।
মুখেন কালী জগৃহে রক্তবীজস্য শোণিতম্ ॥৫৭
ততোঽসাবাজঘানাথ গদয়া তত্র চণ্ডিকাম্ ।
ন চাস্যা বেদনাঞ্চক্রে গদাপাতোঽল্পিকামপি ॥ ৫৮

---

হে লাইসা নখোই কিগম্লু, অদুগা কালীমাঈদা হাঈ, নং নয়া কাথোকউ ।৫৩

নংনা নয়া লাওনা কাদুনা ঐগী খুৎলাইনা ককপাদগী থোক্লকপা ঈ অমম্লু ঈদগী থোকপা হিংচাবাবু থুনা লৌশনলু ।৫৪

নংনা ঈদগী থোকপা হিংচাবা পুম্বাবু চাদুনা চাদুনা লানকমদা চত্নুনা লৈয়ু, অদু ওইরবদি হিংচাবাগী ঈ থোক্লবা লৈতদুনা তুম-গনি । ৫৫ ।

নংনা থোরকপা হিংচাবাবু চাথোক্লবদি অমোক হয়া কত্তবা হিং চাবা থোক্লকপা ঙম্লরোই ।৫৬।

কৌষিকী লাইরেমানা কালী লাইরেমাদা মাসুমনা হাঈরগা রক্ত বীজ হিংচাবাবু ত্রিশূলনা থিনলি মতম অদুমক্তদা কালীমাইনা মমাকা-থোক্লুনা ঈ পুম্বা থকতোকলে ।৫৭।

রক্তবীজনু সাওদুনা গদানা লাইরেমাদা ফুই, অদুবু ফুথৈ হাঈবা অদুমক্তাইরে, লাইরেমনা করি অমত্তমু নাদে ।৫৮।

তস্যাহতস্য দেহাত্তু বহু সুস্রাব শোণিতম্।
যতস্ততস্তদ্বক্ত্রেণ চামুণ্ডা সম্প্রতীচ্ছতি ॥ ৫৯
মুখে সমুদগতা যেঽস্যা রক্তপাতান্মহাসুরাঃ ।
তাংশ্চখাদাথ চামুণ্ডা পপৌ তস্য চ শোণিতম্ ॥ ৬০
দেবী শূলেন বজ্রেণ বাণৈরসিভিঋর্ষ্টিভিঃ ।
জঘান রক্তবীজং তং চামুণ্ডাপীতশোণিতম্ ॥ ৬১
স পপাত মহীপৃষ্ঠে শস্ত্রসংঘসমাহতঃ ।
নীরক্তশ্চ মহীপাল রক্তবীজো মহাসুরঃ ॥ ৬২
ততস্তে হর্ষমতুলমবাপুস্ত্রিদশা নৃপ ।
তেষাং মাতৃগণো জাতো ননর্ত্তাসৃঙ্মদোদ্ধতঃ ॥ ৬৩

---

লাইরেমাগী খূৎলাইনা থাহুনা রক্তবীজগী হকচাংদগী থোরকপা ঈ পুম্বা খোং খোংনা কালীমাতানা থকতোকলে ।৫৯।

রক্তবীজগী ঈ অহুনা কালীমাইগী ময়া মমুংদাস্থ রক্তবীজ ময়াম অহুনা থোরকই, কালিমাইনা অমোক সাইহুনা য়োৎতুনা চাথোকলে অহুগা অহানবাগী মকোক রক্তবীজবুস্থ মশাদগী ঈ থকপা হৌরকলে ।৬০।

চামুণ্ডা লাইরেমানা মাসুম তৌহুনা রক্তবীজগী ঈ থকলবদা কৌষিকী লাইরেমানা তা, বজ্র, তেন, থাং, অমসু ঋষ্টি খূংলাইনা রক্তবীজবু হাৎলে ।৬১।

মেধস্ মুনিনা হাঈ, হে নিংথৌ সুরথ! খূৎসু খূৎলাই ময়াম্না থাহুনা হিংচাবা অথোইবা রক্তবীজ অহুনা ঈ লোইহুনা লৈপাক্তা ফুরে গিরে । ৬২ ।

হে নিংথৌ! রক্তবীজনা শিরবদা লাইসীংনা চাংদম্রবা লৈতনা

ইতি শ্রীমার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে
দেবীমাহাত্ম্যে রক্তবীজবধঃ ॥৮

হুণ্ডাইরে, লাইনীংগী শাকলদগী থোকপী ইবাগী কাংলুপদা হিংচাবগী
ঈ [illegible] জগোই শাম্নি।৮।

মার্কণ্ডেয় পুরাণগী সাবর্ণি মন্বন্তরদা লোয়নবা দেবীগী মহিমা
কী অরোইবা চরিত মথুংদা রক্তবীজ হাৎপা
নিপানসুবা অধ্যায় লোইরে।

—— (✽) ——

( নবমোঽধ্যায়ঃ )

[ নিশুম্ভবধঃ ]

—(✽)—

রাজোবাচ ॥ ১

বিচিত্রমিদমাখ্যাতং ভগবন্ ভবতা মম।
দেব্যাশ্চরিতমাহাত্ম্যং রক্তবীজবধাশ্রিতম্ ॥ ২

ভূয়শ্চেচ্ছাম্যহং শ্রোতুং রক্তবীজে নিপাতিতে।
চকার শুম্ভো যৎ কর্ম্ম নিশুম্ভশ্চাতিকোপনঃ ॥ ৩

সুরথনিংথৌনা মেধস্ মুনিদা হাঈ,— হে ভাগবন্ ঐঙোন্দা মহাক-
না [illegible] মশক ওইবা রক্তবীজ হাৎপা, লাইরেম্বীগী লীলা অমসু
লাইরেম্বীগী মহিমা মঙাল পুথাবু হাঈবিরে, রক্তবীজবু হাৎলকপা মতুংদা
সাওরবা শুম্ভ অমসু নিশুম্ভ করম তৌখিবগে? মাহাক্না অমুক হন্না তাবনিংই
[illegible]।

ঋষিরুবাচ ॥ ৪

চকার কোপমতুলং রক্তবীজে নিপাতিতে।
শুম্ভাসুরো নিশুম্ভশ্চ হতেষ্বন্যেষু চাহবে ॥ ৫
হন্যমানং মহাসৈন্যং বিলোক্যামর্ষমুদ্বহন্।
অভ্যধাবন্নিশুম্ভোঽথ মুখ্যয়াসুরসেনয়া ॥ ৬
তস্যাগ্রতস্তথা পৃষ্ঠে পার্শ্বয়োশ্চ মহাসুরাঃ।
সন্দষ্টৌষ্ঠপুটাঃ ক্রুদ্ধা হন্তুং দেবীমুপাযযুঃ ॥৭
আজগাম মহাবীর্য্যঃ শুম্ভোঽপি স্ববলৈর্বৃতঃ।
নিহন্তুং চণ্ডিকাং কোপাৎ কৃত্বা যুদ্ধন্তু মাতৃভিঃ ॥ ৮
ততো যুদ্ধমতীবাসীদ্ দেব্যা শুম্ভনিশুম্ভয়োঃ।
শরবর্ষমতীবোগ্রং মেঘয়োরিব বর্ষতোঃ ॥৯

---

ঋষিনা হাঈ,— রক্তবীজ অমম্নু শতৈ অতোপ্পা হিংচাবা সীংনা শিরকপা শুম্ভঅমসু নিশুম্ভনা য়াম্না সাওখি ।৪।৫।

অদুগী মতুংদা নিশুম্ভনা অকনবা ভেজোন পুম্নাবু হাৎখিন্না উবদা অসোক হেন্না সাওরদুনা মকোক মকোক ওইবা হিংচাবগী ভেজোন পুদুনা লান শোক্লসবগীদমক লাকলে ।৬।

হিংচাবা অথোইবসীংনা দেবীবু হাৎকে হাঈদুনা সাওদুনা মথা চিকুনা নিশুম্ভগী মাংদা নাক এৎতা চৎলি ।৭।

অকনবা শুম্ভসু সাওদুনা মাগী ভেজোন্না কোইরদুনা ব্রহ্মাণী-নচাংবী ইমাসী কাংলুপকা লান তৌনদুনা চণ্ডিকাবু হাৎকে হাঈদুনা লানকনবা লাকলে ।৮।

অদুগী মতুংদা দেবীগা থোইনদুনা শুম্ভ অমসু নিশুম্ভনা অকনবা

চিচ্ছেদাস্তাঞ্ছরাংস্তাভ্যাং চণ্ডিকাশু শরোৎকরৈঃ।
তাড়য়ামাস চাঙ্গেষু শস্ত্রৌঘৈরসুরেশ্বরৌ॥ ১০
নিশুম্ভো নিশিতং খড়্গং চর্ম্ম চাদায় সুপ্রভম্।
অতাড়য়ন্মূর্দ্ধ্নি সিংহং দেব্যা বাহনমুত্তমম্॥১১
তাড়িতে বাহনে দেবী খুরপ্রেণাসিমুত্তমম্।
নিশুম্ভস্যাশু চিচ্ছেদ চর্ম্ম চাপ্যষ্টচন্দ্রকম্॥ ১২
ছিন্নে চর্ম্মণি খড়্গে চ শক্তিং চিক্ষেপ সোঽসুরঃ।
তামপ্যস্য দ্বিধা চক্রে চক্রেণাভিমুখাগতাম্॥ ১৩
কোপাধ্মাতো নিশুম্ভোঽথ শূলং জগ্রাহ দানবঃ।
আয়াতং মুষ্টিপাতেন দেবী তচ্চাপ্যচূর্ণয়ৎ॥ ১৪

---

লান শোকনবা হৌখরে, অকনবা নোংনা চুথবাগুম, হিংচাবা অনিনা য়াম্না কম্না তেনগী নোং চুথহনখি।৯।

চণ্ডিকাসু মহাক্কী তেন ময়াম্না শুম্ভ নিশুম্ভগী তেন পুম্বাবু কক-থৎলে, খুৎলাই ময়ামনা থাহ্নুনা হিংচাবা নিংথৌ অনিগী হকচাং পুম্বা অমুকতোইনা থিঙ্গাইরে।১০।

নিশুম্ভনা থৌরবা থাং অমসু য়াম্না নিংথিজবা চুচগোই পাইহ্নুনা দেবীগী অথোইবা সাদোং নোংশাগী মকোকতা থাঙনা য়ানখি।১১

মহাক্কী সাদোং নোংশাবু থাঙনা য়ানলবদা কৌসিকী লাইরেম্বানা খুরপ্র কৌবা খুৎলাইনা নিশুম্ভগী থাঙ অথোইবনে অমসু থা মানবা মণি নিপান থাম্বা চুঙগোইনে অনিমক ককথৎতুনা থাদরে।১২

থাঙ চুঙগোই অনিমকপু ককশ্রবদা নিশুম্ভহিংচাবনা শক্তি কৌ-বা খুৎলাই লংখি, লাইরেম্বানা মমাংদা পাইসিনলকপা শক্তিবু চক্রনা অনিথোকনা ককখি।১৩।

অহুগী মতুংদা নিশুম্ভহিংচাবনা শাওবমক্তনা মশাপুম্বাবু চাকশ্রহ্নুনা তা

আবিধ্যাত গদাং সোঽপি চিক্ষেপ চণ্ডিকাং প্রতি।
সাপি দেব্যা ত্রিশূলেন ভিন্না ভস্মত্বমাগতা ॥ ১৫
ততঃ পরশুহস্তং তমায়ান্তং দৈত্যপুঙ্গবম্।
আহত্য দেবী বাণৌঘৈরপাতয়ত ভূতলে ॥ ১৬
তস্মিন্নিপতিতে ভূমৌ নিশুম্ভে ভীমবিক্রমে।
ভ্রাতর্য্যতীব সংক্রুদ্ধঃ প্রযযৌ হন্তুমম্বিকাম্ ॥ ১৭
স রথস্থস্তথাত্যুচ্চৈর্গৃহীতপরমায়ুধৈঃ।
ভুজৈরষ্টাভিরতুলৈর্ব্ব্যাপ্যাশেষং বভৌ নভঃ ॥ ১৮
তমায়ান্তং সমালোক্য দেবী শঙ্খমবাদয়ৎ।
জ্যাশব্দঞ্চাপি ধনুষশ্চকারাতীব দুঃসহম্ ॥ ১৯

---

অমা লংলকখি লাইরেমানা মাত্তবুসু খূংতুমনা থুগাইরে ।১৪

অত্তুগীতুংদা হিশুম্ভসু গদা অমা উরুরু নৈরগা চণ্ডিকা লাইরেমা ভম্মা লংশিনলকই, লাইরেমাসু ত্রিশূলনা গদা অত্তুবু কূপনা থুগাইহ্নুনা উৎ ওইহনখি ।১৫।

অত্তুগীতুংদা লাইরেমানা মখূৎতা সীঙচং পাইদুনা হোৎচনলকপা নিশুম্ভবু ভেল ময়াম্না থাদুনা নৈপক্তা হাঙ্গধুরে ।১৬।

অকীবাগী মশক ওইবা অকনবা মনাও নিশুম্ভনা রানথদুনা নৈপাক্তা তুপ্রবদা শুম্ভনা য়াম্না সাওরদুনা অম্বিকা লাইরেমাবু হাৎকে হাঙ্গদুনা চংলকলে ।১৭।

শুম্ভনা রথ তোংদুনা য়াম্না শাংপ্রবা চাংদম়বা নৈতবা মখুৎ নিপাননা খুৎলাই অথোইবা পাইদুনা অতিয়া পুম্বাবু থন্না লংহনখি।১৮

শুম্ভনা লাকপাবু উরদুনা দেবীনা মোইবু খোংদুনা নীরুংগী ভাবদা থাগুবা গুনদাবা মখোন হোইহনখি, মাপুম তোদুনা হিংচাবা ভেক্তোননী

পূরয়ামাস ককুভো নিজঘণ্টাস্বনেন চ।
সমস্তদৈত্যসৈন্যানাং তেজোবধবিধায়িনা ॥ ২০

ততঃ সিংহো মহানাদৈস্ত্যাজিতেভমহামদৈঃ।
পূরয়ামাস গগনং গাং তথোপদিশো দশ ॥ ২১

ততঃ কালী সমুৎপত্য গগনং ক্ষ্মামতাড়য়ৎ।
করাভ্যাং তন্নিনাদেন প্রাক্স্বনাস্তে তিরোহিতাঃ ॥ ২২

অট্টট্টহাসমশিবং শিবদূতী চকার হ।
তৈঃ শব্দৈরসুরাস্ত্রেসুঃ শুম্ভঃ কোপং পরং যযৌ ॥ ২৩

দুরাত্মংস্তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি ব্যাজহারাম্বিকা যদা।
তদা জয়েত্যভিহিতং দেবৈরাকাশসংস্থিতৈঃ ॥ ২৪

---

মত্তিক মগুন মাংহনবা মাগী সরিক খোঞ্জেলনা মাইকৈ তরাংমকপু থনহনখি ।১৯।২০

অমুগী মতুংদা দেবীগী সাদোং নোংশানা হন্না হন্না গুজ্জনা লাউখি, মাগী গুঙবা অমুনা এক্লাবা তেঙ্গোনগী শামুপুম্বা মচুম তাকপা তোকখরে, মাসুম তৌহুনা খোঞ্জেল অদুনা অতিয়া, লৈপাক, অমসুং মাইকৈ পুম্বা থনখরে ।২১।

অমুগী মতুংদা কালীনা অতিয়দা পাইখৎলুরগা লৈপাক্তা চোংথরগা থুৎপাকনা লৈপাক্তা ফুখি, মাহুত্না কুবগী মখোননা কৌষিকী লাইরেম্বাগী মীরুং, লীরি, মোইবুং শরিক অমসুং নোংশা পুম্নামক্কী মখোন পুম্বা মাঙখরে ।২২।

শিবদূতীনা পুম্নামকপু কীহনবা খোন্না খাক খাক নোকখি, মখক্তা হাঙৈশ্রবা খোঞ্জেল ময়াম অদুনা হিংচাবা পুম্বানা কিবনা থংবা ওমখিদরে, অমসুং শুম্ভবা যাম্না শাওখি ।২৩।

অম্বিকা লাইরেম্মানা শুম্ভবু কৌরহুনা হাই, হে পুকচেল কনবা

শুম্ভেনাপস্তা যা শক্তির্মুক্তা জ্বালাতিভীষণা।
আয়ান্তী বহ্নিকূটাভা সা নিরস্তা মহোল্কয়া ॥ ২৫
সিংহনাদেন শুম্ভস্য ব্যাপ্তং লোকত্রয়ান্তরম্।
নির্ঘাতনিস্বনো ঘোরো জিতবানবনীপতে ॥ ২৬
শুম্ভমুক্তাঞ্ছরান্ দেবী শুম্ভস্তৎপ্রহিতাঞ্ছরান্।
চিচ্ছেদ স্বশরৈরুগ্রৈঃ শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥ ২৭
ততঃ সা চণ্ডিকা ক্রুদ্ধা শূলেনাভিজঘান তম্।
স তদাভিহিতো ভূমৌ মূর্চ্ছিতো নিপপাত হ ॥ ২৮
ততো নিশুম্ভঃ সংপ্রাপ্য চেতনামাত্তকার্মুকঃ।
আজঘান শরৈর্দেবীং কালীং কেশরিণং তথা ॥ ২৯

---

নৈরম্, নৈরম্ব, অভিয়াদা নৈবা লাইপুম্বনা হায়, "নহাকনা ওম্মু" ।২৪।

শুম্ভনা চংশিনলক্লবা শক্তি মুংলাই নংশিনলকই, শক্তি মুংলাইনা অভিয়াদা মৈবী পাইখাওম্না চত্তন চত্তলক্লুনা মৈবী অমনা মরম ওই-হুনা ভুমথরে ।২৫।

হে লিংথৌ শুম্ভগী লোংশাগী নলাওনা মরোল অহুম থনথরে, অহুমবু বজ্রগী খোঞ্জেলনা অমোক ওমথরে ।২৬।

দেবীনা অতোপপা থাংবা ওমদবা তেন ময়াম্না মরম ওইহুনা শুম্ভনা কাপলকপা তেনবু অমসু শুম্ভসু দেবীনা কাপপা তেন; লীসিং চামা চাম ওইনা ককথংখি ।২৭।

অতুগী মতুংদা চণ্ডিকা লাইরেমানা সাওরহুনা শুম্ভবু তালা থিনখি, তানা পাম্নবা শুম্ভ বানথহুনা নৈপাক্তা তাখরে ।২৮।

অদুগী তুংদা নিশুম্ভনা বানথরুবদগী হিংগৎলহুনা লীরুং পাই-হুনা তেন মখাক্তা কৌশিকী লাইরেমা কালী অমসু কোংশাকুখাই ।২৯।

পুনশ্চ কৃত্বা বাহূনামাযুতং দনুজেশ্বরঃ।
চক্রায়ুধেন দিতিজশ্ছাদয়ামাস চণ্ডিকাম্॥ ৩০
ততো ভগবতী ক্রুদ্ধা দুর্গা দুর্গতিনাশিনী।
চিচ্ছেদ তানি চক্রাণি স্বশরৈঃ সায়কাংশ্চ তান্॥ ৩১
ততো নিশুম্ভো বেগেন গদামাদায় চণ্ডিকাম্।
অভ্যধাবত বৈ হন্তুং দৈত্যসেনাসমাবৃতঃ॥ ৩২
তস্যাপতত এবাশু গদাং চিচ্ছেদ চণ্ডিকা।
খড়্গেন শিতধারেণ স চ শূলং সমাদদে॥ ৩৩
শূলহস্তং সমায়ান্তং নিশুম্ভমমরার্দ্দনম্।
হৃদি বিব্যাধ শূলেন বেগাবিদ্ধেন চণ্ডিকা॥ ৩৪

---

হিংচাবগী নিংথৌ নিশুম্ভ হিংচাবনা অমোক হন্না পাম্বোম অযুত অমা তিংথোক্লনা চক্রনচিংবা খুৎলাই ময়াম চুথহন্দুনা লাইরেমাবু কুপসিনখরে ।৩০।

অদুগী তুংদা অরাবাবু মাংহনবা ভগবতী দুর্গানা সাওরদুনা মহাক্কী তেলনা নিশুম্ভনা থারকপা চক্র অমসু তেল পুম্বাবু কক্তুনা থাদখি ।৩১।

অদুগী তুংদা হিংচাবগী তেঙ্গোল ময়ামনা কোইসিনলবা নিশুম্ভনা গদা পাইদুনা দেবীবু হাৎকে হায়দুনা দেবীবু তমদুনা কন্না চেনশিনখি ।৩২।

নিশুম্ভবু লাকপদা ডাইরিঙৈনা চণ্ডিকা লাইরেমনা থাংনা মাগী গদাবু ককথৎলে, নিশুম্ভনু খুৎথক্তা তা পাইখি ।৩৩।

চণ্ডিকা লাইরেমানা লাইবু ওৎপা নিশুম্ভবু তা পাইদুনা লাকপবু উরদুনা তাবু য়াম্না কন্না নৈদুনা মগী থবাক্তা থিনলি | ৩৪ |

ভিন্নস্য তস্য শূলেন হৃদয়ান্নিঃসৃতোঽপরঃ।
মহাবলো মহাবীর্য্যস্তিষ্ঠেতি পুরুষো বদন্॥ ৩৫
তস্য নিষ্ক্রামতো দেবী প্রহস্য স্বনবৎ ততঃ।
শিরশ্চিচ্ছেদ খড়্গেন ততোঽসাবপতদ্ ভুবি॥ ৩৬
ততঃ সিংহশ্চাখদোগ্র-দংষ্ট্রাক্ষুণ্ণশিরোধরান্।
অসুরাংস্তাংস্তথা কালী শিবদূতী তথাপরান্॥ ৩৭
কৌমারীশক্তিনির্ভিন্নাঃ কেচিন্নেশুর্ম্মহাসুরাঃ।
ব্রহ্মাণীমন্ত্রপূতেন তোয়েনান্যে নিরাকৃতাঃ॥ ৩৮
মাহেশ্বরীত্রিশূলেন ভিন্নাঃ পেতুস্তথাপরে।
বারাহীতুণ্ডঘাতেন কেচিচ্চূর্ণীকৃতা ভুবিঃ॥ ৩৯

তানা থিনথুর। নিশুম্ভগী থজিনদগী য়াম্না কনগ্রবা অতোপপা নিপা অথোইবা অমনা লাইরেমাবু নৈরম্মু নৈরম্মু হাঙইদুনা থোরকলে।৩৫।

অদুগী তুংদা লাইরেমানা য়াম্না হৌনা নোকল নোকনদুনা নিশুম্ভগী থজিলগী থোরকপা নিপা অদুগী মকোকপু থাংনা ককথংলে, অদুগী তুংদা মহাক অদুমু নৈপাক্তা তুথরে। ৩৬।

অদুগী তুংদা নোংশানা য়াম্না থৌগ্রবা ময়ানা হিংচাবাসীংগী মরেং-বানবু থিনগাইরগা মাথোইবু চাথোকরে, মতম অদুদা কালী অমসু শিবদুতীনা অতৈ অতোপপা হিংচাবসীংবু চাথোকলে।৩৭।

কনা কনাগুম্বা হিংচাবনা কৌমারীগী শক্তি খুৎলাইনা সেগাইদুনা সিরে, অতোপ্পা কয়ামুকনা ব্রহ্মাণীগী লাইবা শোনজিনলবা ঈশিংনা মাণ্ডহম্ভু-না থরাই থাথরে।৩৮।

হিংচাবা কয়ামুকনা মাহেশ্বরীগী ত্রিশূলনা থিজাইদুনা শিরে, মাসুম

খণ্ডখণ্ডঞ্চ চক্রেণ বৈষ্ণব্যা দানবাঃ কৃতাঃ।
বজ্রেণ চৈন্দ্রীহস্তাগ্রবিমুক্তেন তথাপরে ॥ ৪০
কেচিদ্বিনেশুরসুরাঃ কেচিন্নষ্টা মহাহবাৎ।
ভক্ষিতাশ্চাপরে কালীশিবদূতীমৃগাধিপৈঃ ॥ ৪১

ইতি মার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে
দেবীমাহাত্ম্যে নিশুম্ভবধঃ ॥ ৯

---

তৌহনা অতোপ্পা কয়ামুকনা বারাহীগী মমানা থুগাইরদুনা মতেক মতেক থোক্তুনা তারে ।৩৯।

বৈষ্ণবী শক্তি লাইরেমানা হিংচাবা কয়ামুকপু চক্রনা থাদুনা মাছুয়া ইন্দ্রাণীনা বজ্রনা থাদুনা মতুপ মতুপ থোকনা তারে ।৪০।

লান অদুদা কয়া কনাগুম্বা হিংচাবসীংদুনা হাৎতোকখরে, কনা কনাগুম্বানা লানফমদগী চেনখরে, কয়া কয়ামুকনা কালী, শিবদুতী অমসু নোংশানা চাথোকখরে ।৪১

মার্কণ্ডেয় পুরাণদা সাবর্ণি মন্নুগী মন্নুংদা থোকপা মাইরেমাগী মতিকপু কোংদোকপা নৈশি নৈথোনসিদা নিশুম্ভ হাৎপগী মাপরমুবা অধ্যায় লোইরে।

—•*:(*):*•—

( দশমোঽধ্যায়ঃ )

[ শুম্ভবধঃ ]

—(*)—

ঋষিরুবাচ ॥ ১

নিশুম্ভং নিহতং দৃষ্ট্বা ভ্রাতরং প্রাণসম্মিতম্ ।
হন্যমানং বলঞ্চৈব শুম্ভঃ ক্রুদ্ধোঽব্রবীদ্ বচঃ ॥ ২
বলাবলেপদুষ্টে ত্বং মা দুর্গে গর্ব্বমাবহ ।
অন্যাসাং বলমাশ্রিত্য যুধ্যসে যাতিমানিনী ॥ ৩

দেব্যুবাচ ॥ ৪

একৈবাহং জগত্যত্র দ্বিতীয়া কা মমাপরা ।
পশ্যৈতা দুষ্ট ময্যেব বিশন্ত্যো মদ্বিভূতয়ঃ ॥ ৫

---

ঋষিনা হাঈ, শুম্ভনা মথবাইগা মান্নবা মনাও নিশুম্ভবু হাৎখিবা উরে, অমসু মাগী তেঙ্গোল পুম্ববু হাৎলিবাবুসু উরে, মাহুদগী সাও-রহনা শুম্ভনা দেবীদা হাঈ | ১ | ২ |

নংনা য়াম্না কনলে হাঈহনা নাপল তৌরে, নাপল তৌগসু মর-মদি ব্রহ্মাণীনচিংবী লাইগী পাঙ্গল ময়াম্না নত্তে পাংহনা চাওথোক্না নান তৌবনি ।৩।

দেবীনা হাঈ, তাইবংপানবদা ঐতনি, অনিসুদে, ঐ নত্তবা কনা লৈবগে ? হে ফত্তবা ! নংনা উরিবা পোৎ পুম্বা ঐগী মচেং (অংশ) ওাকুনি, এংউ মাখোই পুম্নমকনা ঐডোম্দা ভিল্লিবসিনি ।৪।৫।

ততঃ সমস্তাস্তা দেব্যো ব্রহ্মাণীপ্রমুখা লয়ম্।
তস্যা দেব্যাস্তনৌ জগ্মুরেকৈবাসীত্তদাম্বিকা॥ ৬

দেব্যুবাচ॥ ৭

অহং বিভূত্যা বহুভিরিহ রূপৈর্যদাস্থিতা।
তৎ সংহৃতং ময়ৈকৈব তিষ্ঠাম্যাজৌ স্থিরো ভব॥ ৮

ঋষিরুবাচ॥ ৯

ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং দেব্যা শুম্ভস্য চোভয়োঃ।
পশ্যতাং সর্ব্বদেবানামসুরণাঞ্চ দারুণম্॥ ১০

শরবর্ষৈঃ শিতৈঃ শস্ত্রৈস্তথাস্ত্রৈশ্চৈব দারুণৈঃ।
তয়োর্যুদ্ধমভূদ্ ভূয়ঃ সর্ব্বলোকভয়ঙ্করম্॥ ১১

দিব্যান্যস্ত্রাণি শতশো মুমুচে যান্যথাম্বিকা।
বভঞ্জ তানি দৈত্যেন্দ্রস্তৎপ্রতীঘাতকর্ত্তৃভিঃ॥ ১২

---

ভাইবং পোকপী অম্বিকা লাইরেমানা শুম্ভদা মাসুম্না হাঈ, অতুগা মতম অতুদা ব্রহ্মাণীনচিংবী লাইগী পাঙলপুম্বা মাঙোন্দা ওম্না তিন-খরে, অতুগা সুপনাগী মথম্ভা নৈখি।৬।

দেবীনা হাঈ, ঐনা ঐগী হকচাংদগী মশক ময়াম সপোকই, হজি কি ওম্না খোমজিনলে,, হজিত্তি ঐ ইথন্তা ওইরে, নং নপুকতা লীর ভৌরগে হাঈনা লেপতুনা লান ভৌরো।৭।৮।

মুনিনা হাঈ, অতুগী মতুংদা দেবীনে শুম্ভনে অনিগী লান হৌরে। লাই পুম্বনা অমসু হিংচাবা পুম্বাসু লান অতু উথনা য়াম্না কিরে।৯।১০।

মাখোই অনিমক্কী থৌর থৌরবা তেন, অমসু তরম্বিরবা অরুবা খুইসু খুৎলাই ময়াম্না নোং চুবগুম হৈথরবা লান অতুনা অকিবগী মশক ওইখরে।১১।

বান অতুদা ভাইবং পোকপী ইমানা কাপকা মজুনা ...

মুক্তানি তেন চাস্ত্রাণি ছিন্নানি পরমেশ্বরী।
কতশ্চ শীলয়েবোগ্রহুঙ্কারোচ্চারণাদিভিঃ ॥ ১৩

ততঃ শরশতৈর্দ্দেবীমাচ্ছাদয়ত সোঽসুরঃ।
সাপি তং কুপিতা দেবী ধনুশ্চিচ্ছেদ চেষুভিঃ ॥ ১৪

ছিন্নে ধনুষি দৈত্যেন্দ্রস্তথা শক্তিমথাদদে।
চিচ্ছেদ দেবী চক্রেণ তামপস্য করস্থিতাম্ ॥ ১৫

ততঃ খড়্গমুপাদায় শতচন্দ্রঞ্চ ভানুমৎ।
অভ্যধাবত্তদা দেবীং দৈত্যানামাধিপেশ্বরঃ ॥ ১৬

তস্যাপততত এবাশু খড়্গং চিচ্ছেদ চণ্ডিকা।
ধনুর্ম্মুক্তৈঃ শিতৈর্ব্বাণৈশ্চর্ম্ম চার্ককরামলম্ ॥ ১৭

---

পুম্বু শুম্ভনা মহাক্কী থুংশু থুংলাইনা কক্তুনা থাদরে ।১২।

তাইবং পুম্বাগী মবেমা লাইরেমানা ইরাই লাইনা হুম হাঙ্গনা শুংহুনা হিংচাবা নিংথৌনা কাপলকপা তেল পুম্বা থুদেকখি ।১৩।

অহুগী মতুংদা হিংচাবনা তেল চাম ২ কাপ্তুনা লাইরেমাবু তেলগী নোংনা কুপসিন্নহনখয়ে, তাই ং পোকপী ইগানা সাওহুনা তেনবু নোং শুইনা চুথহম্বুনা হিংচাবগী লীরুং ককথংলে ।১৪।

লিরুং ককথ্রবদা হিংচাবগী নিংথৌনা শক্তি কৌবা থুংলাইবু লৌখৎলে, শক্তি অদুবু মাগী মখুত্তা লৈরিঙৈনা লাইরেমানা চক্রনা মরম ওইহনা ককথংলে ।১৫।

অদুদগী হিংচাবা অথোইবনা য়াম্বা নংলবা থাং চুণ্ডগোই পাই-হুনা লাইরেমাবু অমহুনা কুপিখ্যারে ।১৬।

মতম অদুদা লাইরেমানা মখুম তৌহুনা সোংচিনলকপা হুম্বিংহুনা নংবা থাং চুণ্ডগোইবু খৌরবা তেনা থুখকনা ককথংলে ।১৭।

হতাশ্বঃ স তদা দৈত্যশ্ছিন্নধন্বা বিসারথিঃ।
জগ্রাহ মুদ্গরং ঘোরমম্বিকানিধনোদ্যতঃ ॥ ১৮
চিচ্ছেদাপততস্তস্য মুদ্গরং নিশিতৈঃ শরৈঃ।
তথাপি সোঽভ্যধাবত্তাং মুষ্টিমুদ্যম্য বেগবান্ ॥ ১৯
স মুষ্টিং পাতয়ামাস হৃদয়ে দৈত্যপুঙ্গবঃ।
দেব্যাস্তঞ্চাপি সা দেবী তলেনোরস্যতাড়য়ৎ ॥ ২০
তলপ্রহারাভিহতো নিপপাত মহীতলে।
স দৈত্যরাজঃ সহসা পুনরেব তথোত্থিতঃ ॥ ২১
উৎপত্য চ প্রগৃহ্যোচ্চৈর্দেবীং গগনমাস্থিতঃ।
তত্রাপি সা নিরাধারা যুযুধে তেন চণ্ডিকা ॥ ২২

---

মতম অদুদা হিংচাবা নিংথৌগী সাগোল সিরে লীরুং ককখরে, সারথি লৈতরে অদুদগী অম্বিকা লাইরেমাবু মাংহনগে হাঙ্গদুনা অকি-বাগী মশক ওইবা মুদ্‌গর কৌবা খুৎলাইবু পাইখৎলি ।১৮।

দেবীনা অথৌবা তেন্‌ তম সিন্দুনা হিংচাবগী মুদ্‌গরবু মকুপ ওইনা থুগাইরে, হিংচাবা নিংথৌনা খুৎতুমনা সুগে হাঙ্গদুনা লাইরেমা তম্না হোৎচনলকলে, অদুগা লাইরেমাগী থম্মিনদা খুৎতুমনা সুরে, ইমানা হিংচাবাগী মথবাক্তা খুৎপাকনা থারে ।১৯।২০।

খুৎপাকনা থাবদগী লিংচাবা নিংথৌনা বামথাদুনা তারুই, অদুগা খুৎথক্তা হিংগত্তুনা হৌগৎখি ।২১

হৌগংলগা মহাকনা দেবীবু পাইদুনা অতিয়া অবাংবদা কাখৎ-খরে, অতিয়া অহাংবা অদুমক্তদা লেপফমসু লৈতবদা চণ্ডিকা লাইরেমা-না হিংচাবাগা লোইবনা লান তৌরে ।২২

নিযুদ্ধং খে তদা দৈত্যশ্চণ্ডিকা চ পরস্পরম্।
চক্রতুঃ প্রথমং সিদ্ধমুনিবিস্ময়কারকম্॥ ২৩
ততো নিযুদ্ধং সুচিরং কৃত্বা তেনাম্বিকা সহ।
উৎপাত্য ভ্রাময়ামাস চিক্ষেপ ধরণীতলে॥ ২৪
স ক্ষিপ্তো ধরণীং প্রাপ্য মুষ্টিমুদ্যম্য বেগিতঃ।
অভ্যধাবত দুষ্টাত্মা চণ্ডিকানিধনেচ্ছয়া॥ ২৫
তমায়ান্তং ততো দেবী সর্ব্বদৈত্যজনেশ্বরম্।
জগত্যাং পাতয়ামাস ভিত্ত্বা শূলেন বক্ষসি॥ ২৬
স গতাসুঃ পপাতোর্ব্ব্যাং দেবী শূলাগ্রবিক্ষতঃ।
চালয়ন্ সকলাং পৃথ্বীং সাব্ধিদ্বীপাং সপর্ব্বতাম্॥ ২৭
ততঃ প্রসন্নমখিলং হতে তস্মিন্ দুরাত্মনি।
জগৎ স্বাস্থ্যমতীবাপ নির্ম্মলঞ্চাভবন্নভঃ॥ ২৮

---

অতিয়া অহাংবদা নৈরতুনা সিদ্ধ মুনিসিংন ঙকুবা ওইবা পাম্বোমগী লানবু হিংচাবগা ইমাগানা বন্না শোক্লখি।২৩

মাসুম তৌতুনা তাইবংপোকপী ইমানা হিংচাবগী নিংথৌগা য়াম্না কুইনা পাম্বোমগা পামবোমগা পাইতুনা লান তৌখি, অতুগীতুংদা ইমানা হিংচাবাবু মথক্তা হাঈগংলগা লৈতুনা লৈপাক্তা হুনথখি।২৪।

হিংচাবনা লৈপাক্তা তারগা খুংতুম চিংতুনা ইমা চণ্ডীবু হাৎকে হাঈবাগীদমক য়াম্না কন্না ফুংিনসকলে।২৫

ইমানা মানা লাকপাবু উরগা তানা মাগী খজিনদা থিনলে, হিংচাবনা লৈপাক্তা তুখরে।২৬

হিংচাবনা মথবাই থাগুনা লৈপাক্তা তুবদা সমুদ্রগা লোইননা লৈপাক লৈমানা থোক থোক হাঈখি।২৭

ফত্তবা হিচাবনা শিরবদা তাইবংপানবা পুম্বা ইরু লূপরে, অমগু ঈঈং, ঈঙখবে অত্তিয়া পুম্বা মকুবা মতৌ ওইখরে।২৮

উৎপাতমেঘাঃ সোল্কা যে প্রাগাসংস্তে শমং যযুঃ
সরিতো মার্গবাহিন্যস্তথাসংস্তত্র পাতিতে ॥ ২৯
ততো দেবগণাঃ সর্বে হর্ষনির্ভরমানসাঃ।
বভূবুর্নিহতে তস্মিন্ গন্ধর্ব্ব ললিতং জগুঃ ॥ ৩০
অবাদয়ংস্তথৈবান্যে ননৃতুশ্চাপ্সরোগণাঃ ॥ ৩২
ববুঃ পুণ্যাস্তথা বাতাঃ সুপ্রভোঽভূদ্দিবাকরঃ।
জজ্বলুশ্চাগ্নয়ঃ শান্তাঃ শান্তদিগ্‌জনিতস্বনাঃ ॥ ৩২
ইতি মার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে
দেবীমাহাত্ম্যে শুম্ভবধঃ ॥ ১০

---

নোংনা উৎপাত ফোংদোকপা নোংথাং য়াওদানা তপথখরে, তুরেন পুম্বা মাগী মাগী লম্বেনদা তপনা চেনলে।২৯

লাইপুম্বা মপুক হরাওনা চৎলে, অমসু গন্ধর্বসীংনা কজবা ঈশৈ-শকপা হৌরকলে।৩০

অতেপপা গন্ধর্বসীংনা অপ্সরাসীংগা লোইনখ্রনা জগোই শাত্রনা পুঙ য়েত্রনা ঈশৈশকশি।৩১

মুংসিংনা মরম চানা নিংথিনা নিংবরে, মুমিংবা মঙাল সন্দোক্লনা থোকলে, মৈনা তপনা অমোংপা য়াওদানা ঙানলে, মাইকৈ পুম্বনা অথিবা খোঞ্জেন য়াওদানা ভরু ভরুনা নিংথিখি।৩২

মার্কণ্ডেয় পুরাণদা সাবর্নি মন্বন্তরদা লাইরেমগী মহিমা ফোংদোক-খাদা শুম্ভ হাৎপা হায়বা অধ্যায় লোইরে।

—•—

## ( একাদশোঽধ্যায়ঃ )

### [ দেব্যাঃ স্তুতিঃ ]

—(*)—

ঋষিরুবাচ ॥ ১

দেব্যা হতে তত্র মহাসুরেন্দ্রে সেন্দ্রাঃ সুরা বহ্নিপুরোগমাস্তাম্ ।
কাত্যায়নীং তুষ্টুবুরিষ্টলম্ভাদ্-বিকাশিবক্ত্রাব্জ বিকাশিতাশাঃ ॥ ২
দেবি প্রপন্নার্তিহরে প্রসীদ প্রসীদ মাতর্জ্জগতোঽখিলস্য ।
প্রসীদ বিশ্বেশ্বরি পাহি বিশ্বং ত্বমীশ্বরী দেবী চরাচরস্য ॥ ৩
আধারভূতা জগতস্ত্বমেকা মহীস্বরূপেণ যতঃ স্থিতাসি ।
অপাং স্বরূপস্থিতয়া ত্বয়ৈতদাপ্যায়তে কৃৎস্নমলঙ্ঘ্যবীর্য্যে ॥ ৪

---

ঋষিনা হাই, হিংচাবা নিংথৌ পুম্বাগী ইথাইনজগী মানা ইন্দ্রেন হেনবা হিংচাবা নিংথৌ অসুরবু লাইরেমনা হাৎলবদা নিংবা থুংলদুনা মমাই পাক্লবা স্বরারেন্দনচিংবা লাই পুম্বনা মৈ কোবা লাইবু মাংদা থম্লদুনা কাত্যায়ণী লাইরেমাবু নৈশি নৈথোনখি ।১।২।

হে দেবী ! নহাক্তি অৱাবা তারবাদা চংলবা পুম্নমক্কী কোক-হনবীনি, মমা অসিদগী নহাকনা তাইবং পুম্ববু চানবিয়ু । হে তাই-বংগী মবেমা ! নহাক্তি অচৎপা চৎতবা তাইবং পুম্বাগী মকেমা অপো-ক্পীনি অমুনা নহাক্না চানবীদুনা তাইবংপানবাবু ঙাকপীয়ু ।৩।

ইমা নহাক্তি মৈপাক লৈবানি, নহাক্কী মনংগনদা তাইবংবুরাক্-পা পুক্নিংবীনি, তাইবং পুম্বা লৈবক অমসু চংশকফদি নকতনি, নহাক্না মাগী মৈথেং অতোপপগা মান ফোকপা। ঙমবা ঙমদবে লৈজবা পাজল

ত্বং বৈষ্ণবীশক্তিরনন্তবীর্য্যা বিশ্বস্য বীজং পরমাসি মায়া।
সম্মোহিতং দেবি সমস্তমেতত্ত্বং বৈ প্রসন্না ভুবি মুক্তিহেতুঃ ॥ ৫
বিদ্যাঃ সমস্তাস্তব দেবি ভেদাঃ স্ত্রিয়ঃ সমস্তা সকলা জগৎসু।
ত্বয়ৈকয়া পূরিতমম্বয়ৈতৎ কা তে স্তুতিঃ স্তব্যপরা পরোক্তিঃ ॥ ৬
সর্ব্বভূতা যদা দেবী স্বর্গমুক্তিপ্রদায়িনী।
ত্বং স্তুতা স্তুতয়ে কা বা ভবন্তু পরমোক্তয়ঃ ॥ ৭
সর্ব্বস্য বুদ্ধিরূপেণ জনস্য হৃদি সংস্থিতে।
স্বর্গাপবর্গদে দেবি নারায়ণি নমোঽস্তু তে ॥ ৮

---

ওইবী ইমা নহাকনা ঈশিং ওইদুনা থরাইপানবা পুম্বাবু পেনহনলিবনি, নহাকনা ঐখোইবু পেনবিয়ু ।৪।

হে দেবী ! নহাকতি বিষ্ণুগী পাঙ্গলনি মপান নাইদমা কনবীনি তাইবং পুম্বাগী নহাকনা হৌনফম মরুনি, পুম্নমক্কগী অহেনবী মহৌশা কৌবী প্রকৃতিনি, নহাকনা মহামায়া ওইদুনা তাইবং পুম্বাবু সুমহৎলিবনি নহাকনা পেনলবদি মী অংনা তাইৎংদগী লানবনি, ইমা ঐখোইবু পেনবিয়ু। ৫।

হে দেবী। নহাক্তি মহৈ (বিদ্যা) খুম্বগী মশকনি, নহাকনা তোঙান ২ বা মহৈ ওইদুনা লৈ, অমোকসু ইমানাচিংবী যুপী পুম্নামক অসি নংগী নশকনি, মাদুম তৌদুনা তাইবংপুম্বদা নহাকনা সিনথুংনা লৈবনি, অদুনা নহাকপু করি হাঙ্গীদুনা লৈসি লৈথোনগদগে ? নহাক্তি অথোইবা হাঙ্গীবাদু নথন্তনি, অতোপপা অথোইবা অমত্তসু লৈতে অদুনা নহাক্তি চাংদম্ননিঙাই লৈতে অদুনা নহাকপু লৈসি লৈথোনবা ঙমদে ।৬।

হে দেবী নহাক্তি পুম্নমকনা নহাক্কী নশা ওইবীনি, মাংদবীনি, স্বর্গবু মুক্তিবুসু নহাক্কা পীনবীনি, নহাকপু ঐখোইনা করি হাঙ্গীদুনা লৈসি লৈথোনগনি, নহাকপুকি লৈশি লৈথোনবা ঙম্বা হৌনদে ।৭।

হে দেবী ! নরায়নী ঐখোইনা নহাকপু খুরুমজৈ, নহাকনা

কলাকাষ্ঠাদিরূপেণ পরিণামপ্রদায়িনি।
বিশ্বস্যোপরতৌ শক্তে নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ৯
সর্ব্বমঙ্গলমঙ্গল্যে শিবে সর্ব্বার্থসাধিকে।
শরণ্যে ত্র্যম্বকে গৌরি নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ১০
সৃষ্টিস্থিতিবিনাশানাং শক্তিভূতে সনাতনি।
গুণাশ্রয়ে গুণময়ে নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ১১
শরণাগতদীনার্ত্ত-পরিত্রাণপরায়ণে।
সর্ব্বস্যার্ত্তিহরে দেবি নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ১২
হংসযুক্তবিমানস্থে ব্রহ্মাণীরূপধারিণি।
কৌশাম্ভঃক্ষরিকে দেবি নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥১৩

---

থরাইপানবা পুম্বগী থমোইদা লৌসিং ওইচুনা লৈ, থরাইপানবা পুম্ববু স্বর্গ কাহনবি, মুক্তিসু পী ।৮।

হে দেবী! ইমা নহাকনা পুঙ; মীৎকুপকী মশক ওইচুনা ভাই-কংপুত্তাগী মথং মথং মনথরকপা (অহন ওইবা) ওইচুনা নহাকনা লৈ, নহাক্তি মহাপ্রলয় হাঙবা অহু নহাকনি, মরম অসিদগী হে নারায়ণী নহাকপু খুরুমজে ।৯।

হে দেবী! হে য়াইফবনা নশক ওইবী! নহাক্তি য়াইফবা পুম্বগী মশকনি, পাংথোকপা সিদ্ধি পুম্ববু নহাকনা পীবিনি, নহাক্তি পুম্নমক্কী পোৎথাবনি, মরম অসিদগী হে মীৎ অহুম পানবী, হে নারায়ণী হে গৌরী, নহাকপু খুরুমজে ।১০।

হে দেবী! নহাক্তি তাইবং শেম্বীনি, নহাকনা হিংচাবীনি অমসু নহাকনা মাংহনবীনি নহাক্তি পাঙল পুম্নমকনা তিনবীনি, লেংদবী লিব্বীনি, অমসু মগুননা নহাক্কী মশকনি, হে নারায়ণী নহাকপু খুরু-মজে ।১১।

হে দেবী নহাকনা নত্তোলা চংবা অত্তোনবা, অবাবা তারবা

ত্রিশূলচন্দ্রহিধরে মহাবৃষভবাহিনি।
মাহেশ্বরীস্বরূপেণ নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ১৪
ময়ূরকুক্কুটবৃতে মহাশক্তিধরেঽনঘে।
কৌমারীরূপসংস্থানে নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ১৫
শঙ্খচক্রগদাশার্ঙ্গগৃহীতপরমায়ুধে।
প্রসীদ বৈষ্ণবীরূপে নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ১৬
গৃহীতোগ্রমহাচক্রে দংষ্ট্রোদ্ধৃতবসুন্ধরে।
বরাহরূপিণি শিবে নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ১৭

---

পুম্ববু ঙাকপী, অমসু নহাকনা পুম্নামক্কী অরাবা পুম্বাবু কোকপীবনি, মরম অসিদগী হে নারায়ণী নহাকপু খুরুমজৈ।১২।

হে দেবী নহাকনা ব্রহ্মাণী ওইদুনা কাঙয়াওবা বিমান তোং- দুনা চৎলি, কুশনা মন্ত্র শোল্লবা ঈশিংবু চাইদুনা লৈ, মরম অসিদগী হে নরায়ণী নংবু খুরুমজৈ । ৩।

হে দেবী নহাকনা মাহেস্বরী ওইদুনা যণ্ডব তোংদুনা ত্রিশূল পাইদুনা চৎলি, হে নারায়ণী নহাকপু খুরুমজৈ।১৪।

হে দেবী নহাকনা ফজরবী কৌমারী ওইদুনা মহাশক্তি খুৎলাই পাইদুদা এনময়াম্না কোইরদুনা য়াহোং অথোইবা তোংদুনা কোইনা চৎ- তুনা লৈ, হে নারায়ণী নহাকপু খুরুমজৈ । ৫।

হে দেবী ! পেনবগী মশক ওইবীবৈষ্ণবী ওইদুনা মোইবুং, চক্র, গদা অমসু শার্ঙ্গ খুৎলাই অথোইবা পাইবীনি নহাক্তি হে নারায়ণী নহাকপু খুরুমজৈ।১৬।

হে ওককী মশক ওইবী নহাকনা নয়ানা লৈপাক লৈমাবু থা- জংলি, নহাক্না ইখাইগা মান্নদবা, অকিবগী মশক ওইবা চক্রবু পাই, হে য়াইফবাগী মশক ওইবী হে নারায়ণী, নহাকপু খুরুমজৈ।১৭।

নৃসিংহরূপেণোগ্রেণ হন্তুং দৈত্যান্ কৃতোদ্যমে।
ত্রৈলোক্যত্রাণসহিতে নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ১৮
কিরীটিনি মহাবজ্রে সহস্রনয়নোজ্জ্বলে।
বৃত্রপ্রাণহরে চৈন্দ্রি নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ১৯
শিবদূতীস্বরূপেণ হতদৈত্যমহাবলে।
ঘোররূপে মহারাবে নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ২০
দংষ্ট্রাকরালবদনে শিরোমালাবিভূষণে।
চামুণ্ডে মুণ্ডমথনে নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ২১
লক্ষ্মি লজ্জে মহাবিদ্যে শ্রদ্ধে পুষ্টি স্বধে ধ্রুবে।
মহারাত্রি মহাবিদ্যে নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥ ২২

---

নহাকনা নরসিংহগী মশক লৌদুনা হিংচাবাসীংবু হাংনবগীদমক থৌরাংলি, মরম অদুদগী নহাক্তি মবোল অহম্মকপু ঙাকপীনি, হে নরায়ণী নহাকপু খুরুমজে ।১৮।

হে ঐন্দ্রী নহাকনা নকোক্তা লুহুপ উপলদুনা খুত্তা অথোইবা বজ্র পাইদুনা মীৎ লীসিং অমা পান্দুনা নহাক্না বৃত্র'সুব হিংচাববু হাংলি হে নারায়ণী নহাকপু খুরুমজে ।১৯।

নহাকনা শিবদূতী ওইদুনা হিংচাবগী অথোইবা তেঙ্গোনবু মাংহনলি, নহাকী নশক্তি অকিবগি, মশকনি হে অকিবা খোলাওনা লাওবী হে নারায়ণী নহাকপু খুরুমজে ।২০।

ইমাগী চিন মন্থুংদা য়া পরেং লৈবা উপদা অকিবা ওইরে, নহাকনা মীকোক পরেংবু লৈতেং ওইনরি, হে মুণ্ড হিংচাবা হাংপী, হে চামুণ্ডা হে নারায়ণী নহাকপু খুরুমজে ।২১

হে নারায়ণী। নহাকক্তি সম্পত্তিনি, অধ্যাত্মবিদ্যানি- খাজবানি, শোই-

মেধে সরস্বতি বরে ভূতি বাভ্রবি তামসি।
নিয়তে ত্বং প্রসীদেশে নারায়ণি নমোঽস্তু তে ॥ ২৩
সর্ব্বস্বরূপে সর্ব্বেশে সর্ব্বশক্তিসমন্বিতে।
ভয়েভ্যস্ত্রাহি নো দেবী দুর্গে দেবি নমোঽস্তু তে ॥ ২৪
এতত্তে বদনং সৌম্যং লোচনত্রয়ভূষিতম্।
পাতু নঃ সর্ব্বভূতেভ্যঃ কাত্যায়নি নমোঽস্তু তে ॥ ২৫
জ্বালাকরালমত্যুগ্রমশেষাসুরসূদনম্।
ত্রিশূলং পাতু নো ভীতের্ভদ্রকালি নমোঽস্তু তে ॥ ২৬
হিনস্তি দৈত্যতেজাংসি স্বনেনাপূর্য্য যা জগৎ।
সা ঘণ্টা পাতু নো দেবি পাপেভ্যোনঃ সুতানিব ॥ ২৭

---

পেনবী পুষ্টিনি, স্বধানি, ধ্রুবা (লেংদন্দবী) নি, নহাকপু প্রলয় ওইবা অমিংনি, অমসু মহা মোহ (জ্ঞান লৈবো) নি; নহাকপু খুরুমজে ।২২

নহাক্তি লাইরিক হৈবা লৌসিং মেধানি, য়াথং ওইবী লাইনি, অথোইবীনি, ঐশ্বর্যনা নহাক্তী নশকনি, অইংবী বিষ্ণুগী পাঙ্গননি, তমোগুণগা মশক ওইবীনি, নোংদম্নবী নিয়তিনি, তৌবাওম্বা পাসনপুম্বানা তিনবীনি, হে নারায়ণী নহাকপু খুরুমজে ।২৩

নহাক্তি পুম্নামকপু ওইবা কায়ণ, ওইরবা পুম্নামক কার্য অসিনা নশক ওইবী হে ইমা, কার্যা অমসু কারণ পুম্ববু বাএন তৌবী। দুর্গা দেবী ঐখোইবু অকিবা পুম্বাদগী ঙাকপীয়ু ।২৪।

হে কাত্যায়ণী! নহাক্তী মীৎ অহুম্না লৈজেংবী মাইথোং কনবা অসিনা ঐখোইবু থরাই পানবা পুম্বাদগী ঙাকপীয়ু নহাকপু খুরুমজে ।২৫।

হে ভদ্রকালী মাগী মঙালনা অকিবাগী মশক ওইরা, অমসু হিংচাবা পুম্বাবু মাংহনবা ত্রিশূলনা ঐখোইবু থরাইপানবা পুম্বাদগী ঙাকপীয়ু নহাকপু খুরুমজে ।২৬।

হে দেবী নহাক্তী শরীকনা মাগী মখোল্না তাইরংপুম্বাবু থনহন্দুনা

অসুরাসৃগ্‌বসাপঙ্কচর্চ্চিতস্তে করোজ্জ্বলঃ।
শুভায় খড়্গো ভবতু চণ্ডিকে ত্বাং নতা বয়ম্॥ ২৮
রোগানশেষানপহংসি তুষ্টা রুষ্টা তু কামান্ সকলানভীষ্টান্।
ত্বামাশ্রিতানাং ন বিপন্নরাণাং ত্বামাশ্রিতা হ্যাশ্রয়তাং প্রয়ান্তি॥২৯
এতৎ কৃতং যৎ কদনং ত্বয়াদ্য ধর্ম্মদ্বিষাং দেবি মহাসুরাণাম্।
রূপৈরনেকৈর্ব্বহুধাত্মমূর্ত্তিং কৃত্বাম্বিকে তৎ প্রকারোতি কান্যা॥৩০
বিদ্যাসু শাস্ত্রেষু বিবেকদীপেষ্বাদ্যেষু বাক্যেষু চ কা ত্বদন্যা।
মমত্বগর্ত্তেঽতিমহান্ধকারে বিভ্রাময়ত্যেতদতীব বিশ্বম্॥ ৩১

---

হিংচাবা পুম্বাবু যাংহনলি, মমানা মচাবু কনবাগুম্মা শরীক অদুনা ঐখোই-বু ঙাকপীসনু।২৭।

হে চণ্ডী হিংচাবগী ঈ, অমসু ভোংসানা ওইবা লৈখোকপা মসী মঙাম্না পক্তুনা লৈবা নংগী থাংশাংনা তাইবংপুম্বাবু মঙ্গল য়াইফবাবু পীবিসনু নহাকপু থুরুম্‌ই।২৮

নহাকনা পেনলগা উপদ্রব পুম্বা মাংই, নহাকনা সাওরগা তাইবং-পুম্বাগী অপাম্বা অফবা পুম্বা মা ই, নঙোন্দা চংজরগা অরাবা পুম্বা কোকই, থাক্কৈশেংবাদি নহাক্তি পুম্নামক্কী নহাকনা চংফম ওই।২৯।

হে তাইবং পোকপী! ব্রহ্মাণীনাচিংবী নশম ময়াম ওইদুনা ধর্ম্ম-থুগাইবা হিংচাবা পুম্নামক্কী মাংননবাবু নহাকনা তৌই, মসিদি নহাক্তনা তৌবনি কনানা তৌবা ঙমগনি।৩০।

ইন্দ্রজালনাচিংবা মহৈ, তর্কনাচিংবা শাস্ত্র অমসু বিবেক (অফবা) ফত্তবা থবথা) পু চাওখৎহনবা বেদগী রাপুম্বাবু নংতনা খোকহনবনি অমোকসু নহাকনা তাইবংপুম্বা অসিবু খংদবা অন্ধকারগী মাক থৈদুনা মমাং থাবিদা মামকথবা হন্না তন্না কৌজুনা কৈহনবনি।৩১।

রক্ষাংসি যত্রোগ্রবিষাশ্চ নাগা যত্রারয়ো দস্যুবলানি যত্র।
দাবানলো যত্র তথাব্ধিমধ্যে তত্র স্থিতা ত্বং পরিপাসি বিশ্বম্ ॥৩২
বিশ্বেশ্বরী ত্বং পরিপাসি বিশ্বং বিশ্বাত্মিকা ধারয়সীতি বিশ্বম্।
বিশ্বেশবন্দ্যা ভবতী ভবন্তি বিশ্বাশ্রয়া যে ত্বয়ি ভক্তিনম্রাঃ ৩৩
দেবি প্রসীদ পরিপালয় নোঽরিভীতের্নিত্যং যথাসুরবধাদধুনৈব সদ্যঃ।
পাপানি সর্ব্বজগতাঞ্চ শমং নয়াশু
উৎপাতপাকজনিতাংশ্চ মহোপসর্গান্ ॥ ৩৪
প্রণতানাং প্রসীদ ত্বং দেবি বিশ্বার্ত্তিহারিণি।
ত্রৈলোক্যবাসিনামীড্যে লোকানাং বরদা ভব ॥ ৩৫

---

হিংচাবাঁ, মহপুবা লীন, খুংলাই পাইরবা একনবা, অমসু লুং ভোবা চংলকপা মী মাখোই অসিনা লৈরবা মফমদা অমসু উমুংদা নমৈ চাক্রুকলবদা, সমুদ্র মমুংদাসু ইমা নহাকনা লৈরতুনা মীওইবাবু নহাকনা কনবী ।৩২

নহাক্তি ভাইবং পুম্বগী মবেমনি, মরম অতুদগী নহাকনা ভাইবং পুম্বাবু ঙাকই, নহাক্তি ভাইবং পুম্বনা নহাক্তী নশকনি, অতুনা ভাইবং পুম্বাবু নহাক পুন্থনা লৈ, নঙোন্দা ভক্তি ভোবা মীদি ব্রহ্মানচিংবগী থুরুমনফম ওই মরম অসিনা নহাক্তি পুম্নমক্তী থুরুমফম নিংনফমনি ।৩৩।

হে দেবী ! পেনবিয়ু, নহাক্না নহাকপু নিংশংজবা খুৎথক্তা হিংচাববু হাৎতুনা ভাইবংপানবাবু মুঙাইহনলে, মাসিগুম্না ঐখোইবু এরুবাগী অকিবদগী মতম পুম্বদা ঙাকপিয়ু ভাইবংপানবগী অরাবা' ময়ামবু থিনদনা মাংহনবিয়ু, অমসু নহাকনা খুমিৎ থানচিংবদা অভিয়াদা অমসু মীনচিংবদা থোকপা উপদ্রব (খুদম) ভগী থোকপা' চাকতাংবা, মহামারীমচিংবা অরাববু কোকপিয়ু ।৩৪।

হে দেবী। নহাক্তি ভাইবং পুম্বাগী অরাববু কোকহনবীনি, অদুনা

দেব্যুবাচ ॥ ৩৬

বরদাহং সুরগণা বরং যং মনসেচ্ছথ ।

তং বৃণুধ্বং প্রযচ্ছামি জগতামুপকারম্ ॥ ৩৭

দেবা উচুঃ ॥ ৩৮

সর্ব্বাবাধাপ্রশমনং ত্রৈলোক্যস্যাখিলেশ্বরি ।

এবমেব ত্বয়া কার্য্যমস্মদ্বৈরিবিনাশনম্ ॥ ৩৯

দেব্যুবাচ ॥ ৪০

বৈবস্বতেঽন্তরে প্রাপ্তে অষ্টাবিংশতিমে যুগে ॥

শুম্ভো নিশুম্ভশ্চৈবান্যাবুৎপৎস্যেতে মহাসুরৌ ॥ ৪১

নন্দগোপগৃহে জাতা যশোদাগর্ভসম্ভবা ।

ততস্তৌ নাশয়িষ্যামি বিন্ধ্যাচলনিবাসিনী ॥ ৪২

---

নঙোন্দা থৱকমজবা মীবু চানবীয়ু, মরোল অহমদা নৈবা থরাইপানবা পুম্বাগী নহাকনা ঈড়াংনফমনি, নহাকনা থরাইপানবা পুম্ববু নিংবা থুং-হনবু ।৩৫।

দেবীনা লাইসীংদা হাঙ্গ, হে লাইসা! ঐ বর পিগে, নখোইনা তাইবংপানবা পুম্বগী ফননবা পাম্নবদি ঐঙোন্দা নিয়ু, ঐনা মাহুবু পিগনি ।৩৬।৩৭।

লাইসিংনা হাঙ্গ, হে পুম্বামক্কী মবেমা। নহাকনা হৃক্কিক ঐখোইগী এরুবাবু হাৎতুনা তাইবং পুম্বাবু মুত্তাইহনবিরে, মাসুম তোক্তনা তাইবং পানবা পুম্বাগী অওৎপা ফত্তবা পুথাবু কোকহনবিয়ু ।৩৮।৩৯।৪০।

দেবীনা হাঙ্গ, বৈবস্বত মনুগী কুননিপানস্থবা যুগতা অমোকসু হম্না শুম্ভ অমসু নিশুম্ভ কৌবা হিংচাবা অনি অমা পোকখিগনি ।

পুনরপ্যতিরৌদ্রেণ রূপেণ পৃথিবীতলে।
অবতীর্য্য হনিষ্যামি বৈপ্রচিত্তাংস্তু দানবান্‌॥ ৪৩
ভক্ষয়ন্ত্যাশ্চ তানুগ্রান্‌ বৈপ্রচিত্তান্মহাসুরান্‌॥
রক্ত দন্তা ভবিষ্যন্তি দাড়িমী-কুসুমোপমাঃ॥ ৪৪
ততো মাং দেবতাঃ স্বর্গে মর্ত্ত্যলোকে চ মানবাঃ।
স্তুবন্তো ব্যাহরিষ্যন্তি সততং রক্তদন্তিকাম্‌॥ ৪৫
ভূয়শ্চ শতবার্ষিক্যামনাবৃষ্ট্যামনম্ভসি।
মুনিভিঃ সংস্তুতা ভুমৌ সম্ভবিষ্যাম্যযোনিজা॥ ৪৬
ততঃ শতেন নেত্রাণাং নিরীক্ষিষ্যামি যন্মুনীন্‌।
কীর্ত্তয়িষ্যন্তি মনুজাঃ শতাক্ষীমিতি মাং ততঃ॥ ৪৭

---

মতম অতুদা ঐনা নন্দগোপগী মচুমদা যশোদাগী গর্ভদগী পোক্লগা বিন্ধ্যাচলগী চোংদা লৈতুনা মাখোই অনিবু হাংকনি।৪১।৪২।

অমোকমু ঐনা অকিবাগী মশক ওইতুনা লৈপাক মথক্তা ঐনা অবতার তৌগনি, অদুগা বৈপ্রচিত্ত কৌবা হিংচাবা কাংবুবু হাংকনি অদুগুম্বা অকিবাগী মশক ওইবা হিংচাবাসিংবু চাতুনা ঐগী য়ানা কফোই মপালগুম্না ঙাংগনি মরম অসিনা স্বর্গদা লৈবা লাইনা অমসু লৈপাক্তা লৈবা মীনসু ঐবু রক্তদন্তিকা (য়াঙাংবী) কৌতুনা লৈসি লৈথোকনগনি।৪৩।৪৪।৪৫।

অমোকসু চহি চামা চুপনা নোং তাদ্রবদা মুনিসিংনা ঐবু লৈসি লৈথোকনগনি, মতম অতুদা ঐনা ঈসিং নৈত্রবা লৈপাক মথক্তা মমা মপানা থিন্নাতুনা পোকপা নত্তবা হকশাং ওইতুনা ঐনা থোকনি, অদুগা ঐনা মীৎ চামা পান্দুনা মুনিসিংবু এংগনি, মাদুদা মীওইশিংনা ঐবু শতাক্ষী (মীৎ চামা পাম্বী) কৌতুনা শক শোনগনি।৪৬।৪৭।

অতোঽহমখিলং লোকমাত্মদেহ-সমুদ্ভবৈঃ।
ভরিষ্যামি সুরাঃ শাকৈরাবৃষ্টেঃ প্রাণধারকৈঃ ॥ ৪৮
শাকম্ভরীতি বিখ্যাতিং তদা যাস্যাম্যহং ভুবি ॥ ৪৯
তত্রৈব চ বধিষ্যামি দুর্গমাখ্যং মহাসুরম্।
[ দুর্গাদেবীতি বিখ্যাতং তন্মে নাম ভবিষ্যতি ] ॥ ৫০

হে লাইসা অদুগীতুংদা নোংতাদরিবা মথৈ ঐনা ঐগী হকচাংদগী এনশাঙ পুথোক্কনি, মাদু চাদুনা থরাইপানবাসীংনা হিংনগনি, মরম অসিনা ঐবু ভাইবংশীনা শাকম্ভরী (এনশাংনা থরাইপাক্কবাবু য়োকপী) কৌগনি।৪৮।৪৯।

অবতার অদুমক্কদা ঐনা দুর্গম কৌবা হিংচাবা অথোইবাবু হাৎকনি, অদুনা ঐবু দুর্গা কৌগনা লৈশি লৈথোনগনি।৫০।

ব্যাখ্যা— চাবা তাংলবা মতমদা ইমাদা নিজরগা ইমানা মীওইবাবু এনশাং ওইনা পুথোক্নুনা চেং ফংদরিবা মথৈ য়োকপী হাঙ্গবনি। মাদুদি চাক লৈতবা মতমদা মনুংঙৌবা, পাল, হরাই হৈকক, অসিনাচিংবা চাদুনা হিংই, অদুগুম্বা চৌঙ্গাক অদু ইমাগী হকচাংদগীপু থোকপা ঙাক্কনি। এনশাঙ হাঙ্গবদি এনশাক হাঙ্গবনি, বীর্যবু মৈথৈরোনদা এন কৌই। চাখিবা পোংনা পুকনুংদা ঘন্টা ২৪ লৈবগা রস কৌবা থাদু ওই মাদু লৈরগা জীবনা কিদবা, থোনাফবা, অমসু ঙুঙাইবা ওই,— মহাকনা কথং কথং বীর্য ফাওবা ওনখি, অদুগুম্বা বীর্য গুনবা মহাও অদু য়াম্না য়াওবা শাকপু এনশাং কৌই। শাক হাঙ্গবদি মনা, মতোমগুকাবু চংকবীদা থংনৈ, মাদুদা পাল, আলু, হরাই, মাইরেনচিংবাসু এনশাং কৌই, অসুমনা শাস্ত্রনা হাঙ্গ। ইউরোপ মচা হর্ষন কৌবা সাই, সি, এস পাস তৌবা অমা মণিপুরদা বৃটিশনা মণিপুরবু লৌবা নোংমিতৈঙা লৈরমই, মহাক্কি লাইব্রিক য়াম্না হৈতে অদুনা মাঙ্গ থন্নখি, এনগী মশাবু এনশাং কৌই, হাঙ্গ, মাদুদি চোইরোননি।৪৮।৪৯।

পুনশ্চাহং যদা ভীমং রূপং কৃত্বা হিমাচলে।
রক্ষাংসি ভক্ষয়িষ্যামি মুনীনাং ত্রাণকারণাৎ॥ ৫১
তদা মাং মুনয়ঃ সর্ব্বে স্তোষ্যন্ত্যানম্রমূর্ত্তয়ঃ।
ভীমা দেবীতি বিখ্যাতং তন্মে নাম ভবিষ্যতি॥ ৫২
যদারুণাখ্যস্ত্রৈলোক্যে মহাবাধাং করিষ্যতি।
তদাহং ভ্রামরং রূপং কৃত্বাসংখ্যেয়ষট্‌পদম্॥ ৫৩
ত্রৈলোক্যস্য হিতার্থায় বধিষ্যামি মহাসুরম্।
ভ্রামরীতি চ মাং লোকস্তদা স্তোষ্যন্তি সর্ব্বতঃ॥ ৫৪
ইত্থং যদা যদা বাধা দানবোত্থা ভবিষ্যতি।
তদা তদাবতীর্য্যাহং করিষ্যাম্যরিসংক্ষয়ম্॥ ৫৫

---

মতুংদা অমোকস্নু ঐনা মুনিসীংবু ঙাক্নুনা হিমালয় চীঙ্দা অকিবানা ঈশক ওইহুনা অবতার তৌগনি, অহুগা হিংচাবাসীংবু হাৎকনি।৫১।

মাহুদা মুনিসীংনা ভক্তি তৌনা নোম্নুক্নুনা ঐবু ভীমা দেবী কৌহুনা ঈড়াংকনি।৫২।

অহুগী মতুংদা অরুণ কৌবা হিংচাবানা মরোল অহুমকপু য়াম্না ওংহুনা য়াহনলবদা ঐনা মশিং লাকভমদবা মখোঙ তরুক পানবা খোইমু ওইহুনা মরোন অহুমগী ফননবগীদমক হিংচাবা অখোইববু হাৎকনি, মাহুদগী ঐবু ভ্রামরী (খো'ইমু ওইবী) কৌহুনা ঈড়াংকনি।৫৩।৫৪।

মাসুম তৌহুনা হিংচাবাসীংনা মরোল অহম্নু য়াহনলবদা মতম অহুদা ঐনা অবতার তৌহুনা তাইবংগী এরুবাসীংবু হাৎকনি।৫৫।

---

ব্যাখ্যা—ইমানা লান তৌহুনা হাৎপা হিংচাবশিং অসি, তাইবংমী ঙাক্তনি, মাহুদি, কংশ, শাল্বনচিংবাবু পুরাণনা হিংচাবা কৌই, প্রজাবু মীওইববু য়াহনবা ফত্তবা মী পুম্বাবু হিংচাবা কৌই। দুর্গা দেবীনা

ইতি মার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে
দেবীমাহাত্ম্যে দেব্যা স্তুতিঃ ॥ ১১

মার্কণ্ডেয় পুরাণদা সাবর্ণি মনুগী মনুংদা থোকপা দেবীগী মতিক মঙন
থাবা লৈশি লৈথোনবদা নারায়ণী স্তুতি কৌবা
তরামাথোইমুবা অধ্যায় লোইরে।

লান ভৌবা মতৌ, অমসু হিংচাবসিংবু বর্ণনা ভৌবা অহু পারগা ক্রনো-লোজি হৈবসিংনা হাঈগনি, মাহুদি খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি ৩০০ গী মমাংদা থোকখিবনি, হায়বা য়াই, মাহুসু ওইগনি, থাক্লৈশংবদি ঐতিহাসিক থৌদোক্তি হল্লনি, হাঈবা অহুনি ।৫৫।

——(*)——

( দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ )

[ শুম্ভনিশুম্ভবধঃ সমাপ্তঃ ]

—(*)—

দেব্যুবাচ ॥১

এভিঃ স্তবৈশ্চ মাং নিত্যং স্তোষ্যতে যঃ সমাহিতঃ।
তস্যাহং সকলাং বাধাং শময়িষ্যাম্যসংশয়ম্ ॥ ২
মধুকৈটভনাশঞ্চ মহিষাসুরঘাতনম্ ।
কীর্ত্তয়িষ্যন্তি যে তদ্বদ্ বধং শুম্ভনিশুম্ভয়োঃ ॥ ৩

দেবীনা অমোক হন্না হাঈ,— মীওইবনা লাইসীংনা ভৌখিবা বাহৈ অসিনা ঐবু লৈসি লৌনলবদি মী অহুগী অবা, অনা, অএক, অরাং-গা পুম্নাবু ঐনা মাংহনলি ।১।২।

মীওইবনা মধুকৈটভ মহিষাসুর অমসু শুম্ভ নিশুম্ভবু হাৎপা ঐগী

অষ্টম্যাঞ্চ চতুর্দ্দশ্যাং নবম্যাঞ্চৈকচেতসঃ।
শ্রোষ্যন্তি চৈব যে ভক্ত্যা মম মাহাত্ম্যমুত্তমম্ ॥ ৪
ন তেষাং দুস্কৃতং কিঞ্চিৎ দুস্কৃতোত্থা ন চাপদঃ।
ভবিষ্যতি ন দারিদ্র্যং ন চৈবেষ্টবিয়োজনম্ ॥ ৫
শত্রুতো ন ভয়ং তস্য দস্যুতো বা ন রাজতঃ।
ন শস্ত্রানলতোয়ৌঘাৎ কদাচিৎ সম্ভবিষ্যতি ॥ ৬
তস্মান্মমৈতন্মাহাত্ম্যং পঠিতব্যং সমাহিতৈঃ।
শ্রোতব্যঞ্চ সদা ভক্ত্যা পরং স্বস্ত্যয়নং হি তৎ ॥ ৭
উপসর্গানশেষাংস্তু মহামারীসমুদ্ভবান্।
তথা ত্রিবিধমুৎপাতং মাহাত্ম্যং শময়েন্মম ॥ ৮

---

চরিতবু শক শোনলবদি, মাহ্নু তৌদুনা মীওইবনা ভক্তি তৌদুনা পুকনিং অনি লোংদনা অষ্টমী, নবমী, চতুর্দ্দশীতিথিদা ঐগী অথোইবা ইতিক ইঙনবু তারবদি মী অদুনা পাপ তৌবদগী ওইবা অরাবা, অনাবা, রাথোক লানথোক; লাইরচুথবা, নংবা, কৈদৌঙ্গুংদাসু ওইরোই। মুংসিবা, অচানবা কাইনবা, শিনাবাগী অরাবা ওইবা হৌনদে ।৩।৪।৫।

মী অদুগী এরুবদগী অকিবা নংবা, হরানবা, লুৎ তৌবা, নিংথৌনা সাওবা, খুৎসু খুংলাইনা শোকপা অমসু মৈপোক লানহৌ নংবা হৌনদে ।৬

মবম অসিদগী মীওইবনা মতম পুম্বদা পুকনিং তপথদুনা ভক্তি তৌনা ঐগী ইতিক ইঙন অসিবু পাগনি, নত্রগা তাগদবনি, মাসিদি ঐগী অথোইবা য়াইফবাগী মশকনি ।৭

ঐগী ইতিক ইঙনগী বারি অসিবু পাববা নত্রগা তারবা পুকচৎ ইফাই, লাইথোকপা, অসিনাচিংবা মহামারীগী মুঙাইতবা লাইনা (symptom) পুম্বা অমসু উৎপাত পুম্বা লোকই ।৮।

যত্রৈতৎ পঠ্যতে সম্যঙ্ নিত্যমায়তনে মম।
সদা ন তদ্ বিমোক্ষ্যামি সান্নিধ্যং তত্র মে স্থিতম্॥ ৯
বলিপ্রদানে পূজায়ামগ্নিকার্য্যে মহোৎসবে।
সর্ব্বং মমৈতচ্চরিতমুচ্চার্য্যং শ্রাব্যমেব চ॥ ১০
জানতাজানতা বাপি বলিপূজাং তথা কৃতাম্।
প্রতীচ্ছিষ্যাম্যহং প্রীত্যা বহ্নিহোমং তথা কৃতম্॥ ১১
শরৎকালে মহাপূজা ক্রিয়তে যা চ বার্ষিকী।
তস্যাং মমৈতন্মাহাত্ম্যং শ্রুত্বা ভক্তিসমন্বিতঃ॥ ১২
সর্ব্ববাধাবিনির্ম্মুক্তো ধনধান্যসুতান্বিতঃ।
মনুষ্যো মৎপ্রসাদেন ভবিষ্যতি ন সংশয়ঃ॥ ১৩
শ্রুত্বা মমৈতন্মাহাত্ম্যং তথা চোৎপত্তয়ঃ শুভাঃ।
পরাক্রমঞ্চ যুদ্ধেষু জায়তে নির্ভয়ঃ পুমান্॥ ১৪

---

কনাগুম্বনা স্তুতিগী ঐগী ইতিক অসিবু পারবদি ঐনা মী অদুগী মুমু করিগুম্বাদাসু থক থাদোকলোই, মুম অদুদা ঐনা মেংদনা লৈ।৯।

বলি তৌবা, পুজা তৌবা, মত্ত তৌবা অমসু অচৌবা কুমৈ তৌরবা ঐগী ইতিক অমসু চরিত অসিবু সুনা পাগনি, নত্তগা তাকনবনি। ঐ নীওইবনা খংদনা চুমদনাবু ওইরবসু হৈত্তনা অচুম্বাবু ওইরবসু ঐগী ইভিকপু, পারগা বলি পুজা অমসু হোমনাচিংবা তৌরবদি ঐনা য়াম্না পেনত্তনা লৌগনি।১১।

শরৎ কালদা (মেরা থাদা) চহি খুদিংগী ঐবু পুজা তৌরবদি, মাহুদা ঐগী ইতিক ইগুনবু ভক্তি তৌনা তারবা মীনা ঐগী থৌজাল-মদগী অরা অনা, অএং অকাই পুম্ব। কোক্তুনা মরম, মচৌ, মচা নুপী, মাহুদা লোইগনি, হাঙনা চিংনকক লৈতে।১২।১৩।

ঐগী ইতিক ইগুনবা পুরাবকী কনকবা শীম্ম ক ঐনা থোকুবকা অমম

রিপবঃ সংক্ষয়ং যান্তি কল্যাণঞ্চোপপদ্যতে।
নন্দতে চ কুলং পুংসাং মাহাত্ম্যং মম শৃণ্বতাম্ ॥ ১৫
শান্তিকর্ম্মণি সর্ব্বত্র তথা দুঃস্বপ্নদর্শনে।
গ্রহপীড়াসু চোগ্রাসু মাহাত্ম্যং শৃণুয়ান্মম ॥ ১৬
উপসর্গাঃ শমং যান্তি গ্রহপীড়াশ্চ দারুণাঃ।
দুঃস্বপ্নঞ্চ নৃভির্দ্দৃষ্টং সুস্বপ্নমুপজায়তে ॥ ১৭
বালগ্রহাভিভূতানাং বালানাং শান্তিকারকম্।
সংঘাতভেদে চ নৃণাং মৈত্রীকরণমুত্তমম্ ॥ ১৮
দুর্ব্বৃত্তানামশেষাণাং বলহানিকরং পরম্।
রক্ষোভূতপিশাচানাং পঠনাদেব নাশনম্ ॥ ১৯

---

লানদা ঐগী ইভিক ইওন ফোংদোকপা, মাসিবু ভারবদি মী অহুগী অকিবা পুম্বা কোকই ।১৪।

ঐগী ইভিক, ইওন অসিবু ভারবদি নত্রগা পারবদি মী অহুগী এরুবা পুম্নমক লোইনা মাংই, য়াইফবা ফংই, অমসু মচা মশু পুন-সিন্দুনা থারা সন্দোকই ।১৫।

ফত্তবা কোরুবাগীদমক ভৌবা শান্তি (নাহৈবনচিংবা) থবক ভৌ-রিঙৈদা মং ফত্তবা উরবদা য়াম্না ফত্তবা গ্রহগী দশা ওইরুবদা ঐগী ইতিক অঁসিবু ভাগদবনি ।১৬।

ঐগী ইভিক অাসিবু ভারবদি অনা অএক ফত্তবা পুম্নমক কো-কই, অমসু গ্রহগী ফত্তবা দশা কোকই, মীওইবনা ফত্তবা মং উরবদা অফবা মংগী মহৈ ফংই ।১৭।

অঙাং মচাদা হিংচাবী, ভুত্নচিংবা চংহুনা থাকপনচিংবা অরাবা ভারবদা ঐগী ইভিক অসি ভারগা হেক্তা কোরুই, মীওইবনা থথম

সর্ব্বং মমৈতন্মাহাত্ম্যং মম সন্নিধিকারকম্ ॥ ২০
পশুপুষ্পার্ঘ্যধূপৈশ্চ গন্ধদীপৈস্তথোত্তমৈঃ।
বিপ্রাণাং ভোজনৈর্হোমৈঃ প্রোক্ষণীয়ৈরহর্নিশম্ ॥ ২১
অন্যৈশ্চ বিবিধৈর্ভোগৈঃ প্রদানৈর্ব্বৎসরেণ যা।
প্রীতির্মে ক্রিয়তে সাস্মিন্ সকৃৎ সুচরিতে শ্রুতে ॥২২
শ্রুতং হরতি পাপানি তথারোগ্যং প্রযচ্ছতি।
রক্ষাং করোতি ভূতেভ্যো জন্মনাং কীর্ত্তনং মম॥ ২৩
যুদ্ধেষু চরিতং যন্মে দুষ্টদৈত্যনিবর্হণম্।
তস্মিন্ শ্রুতে বৈরিকৃতং ভয়ং পুংসাং ন জায়তে ॥ ২৪

---

চৈনহুনা মরূপ কাইনরবম্ হেক্তা চান্নে, মরমচৎ ফত্তবা পুন্নমকী মপাজল মাংহনলি, রাক্ষস, ভূত, পিশাচনচিংবানা ঐগী ইতিকপু পাবদা হেক্তা মাংই ।১৮।১৯।

ঐগী ইতিক অসিবু লোইন পারবদি ঐগী ইনাক্তা মী অহুনালৈ ।২০।

ঐগী পেন্নাগীদমক অফ অফবা শাবলিকৎপা, লৈ,অর্ঘ্য, ধুপ, দীপ, মথন মখা য়াম্না স্নানগী পোৎলম (গঙ্গাজল সমুদ্রগীজল, সপ্তমৃত্রিকানাচিংবা), হোম তৌবা, ব্রহ্মান চাক পীজবা, অমম্ দান তৌবা অসিগুম্বা হাঙ্গম্রবা পুম্নামক অসি ইকাই কাইদনা চহি অমা চুপনা অহিংদামম্ সুংখিনদাম্ তৌরবদি ঐনা পেল্লি, মাহুদা ঐনা পেনবা অহুগা অমোক্তং ঐগী ইতিকপু তাবগা ঐনা চপ মান্নে ২১।২২।

ঐনা থোকপা (পোকপা)গী বারি অসিবু তারবদি পাপ পুম্বা মাংই, অনাবা কোকই; অমম্ ফত্তবা শাকৈনাচিংবাদগী ঐনা মী অহুবু ঙাকই ।২৩

ঐনা লান তৌহুনা ফত্তরা হিংচাবাসীংবু মাংহনলি, মাসিবু মীওইবনা তারবদি মী অহুগী এরুবাদগী কীবা পুম্বা কোকই ।২৪

যুষ্মাভিঃ স্তুতয়ো যাশ্চ যাশ্চ ব্রহ্মর্ষিভিঃ কৃতাঃ।
ব্রহ্মণা চ কৃতাস্তাস্তু প্রযচ্ছন্তি শুভাং মতিম্ ॥ ২৫

অরণ্যে প্রান্তরে বাপি দাবাগ্নি পরিবারিতঃ।
দস্যুভির্ব্বা বৃতঃ শূন্যে গৃহীতো বাপি শত্রুভিঃ॥ ২৬

সিংহব্যাঘ্রানুযাতো বা বনে বা বনহস্তিভিঃ।
রাজ্ঞা ক্রুদ্ধেন চাজ্ঞপ্তো বধ্যো বন্ধগতোঽপি বা॥ ২৭

আঘূর্ণিতো বা বাতেন স্থিতঃ পোতে মহার্ণবে।
পতৎসু বাপি শস্ত্রেষু সংগ্রামে ভৃশদারুণে॥ ২৮

সর্ব্বাবাধাসু ঘোরাসু বেদনাভ্যর্দ্দিতোঽপি বা।
স্মরন্ মমৈতচ্চরিতং নরো মুচ্যেত সঙ্কটাৎ॥ ২৯

---

লাইসা ব্রহ্মর্ষিসীংনা, ব্রহ্মানা অমসু নখোইনা থাগৎপা ম্হে খিবিকপু হাঙ্গৈতুনা ঐবু লৈসি লৈথোনলি, মাসিবু তারবদি মী অমুনা ভব খংবা লৌসিংনা চাওখৎলি।২৫

উমং অচৌবা মনুংদা লমপী মতোন অরাপ্পদা তারুরবদা (চংউ চৎলুরবদা) নমৈনা কোঙ্গসিনখ্রবদা সহায় লৈতবা মফমদা হুরানবা ভাকুনা কোইখ্রবদা এরুবনা হাৎকদবাগীদমক মখুৎতা খুৎলাই পাইহুনা চংলক্রবদা বনদা শামুনা হাৎকদৌরবদা নোংশানা কৈনা হাৎকদৌরবদা তান্নারক্রবদা নিংথৌনা সাওহুনা হাৎলু হাঙ্গৈতুনা হাৎফমদা পুথোক্রবদা, য়োৎহিং ফোনাং চম্দুনা অরাফম তারবদা সমুদ্রদা হি চৎপদা মুংসিৎনা হিবু হুমহুনা পুম্রবদা য়াম্না কননবা লানদা খুৎলাই ময়াম মরক্তা অরাবা ফংলবদা থাংমা তানাচিংওনা পান্দুনা হকচাংদা ঈ তারহুনা শোক্রবদা হাঙ্গৈখ্রবা অসি নত্তবা অচৌ ২বা অরাবানা ঐগী ইতিক অসিবু ভাবা নত্রগা পাবদি থমু থমহুনা ঐগী ইতিক অসিবু নিংসংবাদা মীওইববু ঐনা হেক্তা কনলি।২৬।২৭।২৮।২৯।

মম প্রভাবাৎ সিংহাদ্যা দস্যবো বৈরিণস্তথা।
দূরাদেব পলায়ন্তে স্মরতশ্চরিতং মম ॥ ৩০

ঋষিরুবাচ ॥ ৩১

ইত্যুক্ত্বা সা ভগবতী চণ্ডিকা চণ্ডবিক্রমা।
পশ্যতামেব দেবানাং তত্রৈবান্তরধীয়ত ॥ ৩২
তেঽপি দেবা নিরাতঙ্কাঃ স্বাধিকারান্ যথা পুরা।
যজ্ঞভাগভুজ সর্ব্বে চক্রুর্বিনিহতারয়ঃ ॥ ৩৩
দৈত্যাশ্চ দেব্যা নিহতে শুম্ভে দেবরিপৌ যুধি।
জগদ্বিধ্বংসিনি তস্মিন্মহোগ্রেঽতুলবিক্রমে ॥ ৩৪
নিশুম্ভে চ মহাবীর্য্যে শেষাঃ পাতালমাযযুঃ ॥ ৩৫
এবং ভগবতী দেবী সা নিত্যাপি পুনঃ পুনঃ।
সম্ভূয় কুরুতে ভূপ জগতঃ পরিপালনম্ ॥ ৩৬

---

ঐগী ইতিক ইঙনসিবু নিংসংবাতাদা মী অতুগী মনাক্তগী সোইদনা ঐগী ইভিককী পাঙননা মৈ, নোশা কৈ, হুরানবা অমসু এক্লবাসীংনা লাপনা চেনখি।৩০।

ঋষিনা হাঈ,— য়াম্না কনপ্রবী, ভগবতী; চণ্ডিকা লাইরেমানা মাস্নুম্না হাঙ্গিরম্লগা লাইপুম্বাগী মমাংদা মাংখরে।৩১।৩২

লাইরেমানা মাস্নুম তৌত্নুনা এক্লবা মাংহনলবদা শ্বরারেন্দনাচিংবা লাইসীংনা হান্নাগী মতৌগুম্না মহাক ২কী মফমদা হক্সনখ্রে, অকিবা লৈত্তনা মহাক ২কী শরুকপু যজ্ঞদা ফংখি।৩৩।

ভৌবা গুম্বা, য়াম্না কনপ্রবা, মহাক্তা মাল্লবা লৈতবা, য়াম্না থোইশ্রবা, তাইবংপানবাবু নোইহৎপা অমসু লাইবু এক্লবা শুম্ভ নিশুম্ভবু লানফমদা লাইরেমানা হাৎতোক্লবদা লেমলৌবা হিংচাবাসীংনা পাতালদা গুম্না চেনখি।৩৪।৩৫।

হে নিংথৌ স্বরথ! অতুগুবী ভগবতী লাইরেমানা মহাক্তি লেংদনা

তয়ৈতন্মোহ্যতে বিশ্বং সৈব বিশ্বং প্রসূয়তে।
সাযাচিতা চ বিজ্ঞানং তুষ্টা ঋদ্ধিং প্রযচ্ছতি ॥ ৩৭

ব্যাপ্তং তয়ৈতৎ সকলং ব্রহ্মাণ্ডং মনুজেশ্বর।
মহাকাল্যা মহাকালে মহামারীস্বরূপয়া ॥ ৩৮

সৈব কালে মহামারী সৈব সৃষ্টির্ভবত্যজা।
স্থিতিং করোতি ভূতানাং সৈব কালে সনাতনী ॥ ৩৯

ভবকালে নৃণাং সৈব লক্ষ্মীর্ব্বৃদ্ধিপ্রদা গৃহে।
সৈবাভাবে তথালক্ষ্মীর্ব্বিনাশায়োপজায়তে ॥ ৪০

স্তুতা সংপূজিতা পুষ্পৈর্ধূপগন্ধাদিভিস্তথা।
দদাতি বিত্তং পুত্রাংশ্চ মতিং ধর্ম্মে তথা শুভাম্ ॥ ৪১

---

নৈবী ওইহুনাসু মতৌ অসুম তৌহুনা হন্না হন্না থোক্‌না তাইবংবু কনবি।৩৬

অহুগুম্বা লাইরেমানা তাইবংবু পোকই, মানা সুমহৎলি, মীওইবনা মহে পাম্বা য়াওদনা মাবু লাৎলবদি মহাকনা মোক্ষপী, অমসু মহে পামহুনা লাৎলগা ঐশ্বর্যপী।৩৭

হে নিংথৌ! মহাপ্রলয়দা অহুগুম্বী মহাকালীনা মহামারী (প্রলয়গী থবক) ওইহুনা তাইবংপানবাসিবু সিনথুংনা চংঈ।৩৮।

মতাক্তি পোকপা হৌনদে, অহুবু তাইবংবু শেমবা মতমদা মানা তাইবংবু শেম্বী ওই, হিংহনা পাল্লিঙৈদা থরাইপানবা পুম্বাবু ঙাকই, মাসুমনা প্রলয়গী মতমদা মানা মাঙহনলি, অহুনা মহাক্তি তাইবংবু শেম্বীনি, হিংহনবীনি অমসু মাংহনবীনি, অহুনা মহাক্তি মাংদবীনি ।৩৯

মীওইবাসীংগী মুঙাই য়াইফবা চাওখৎলিঙৈগী মতমদা মহাকনা য়ুম অহুদা চাওখৎপনা মশক ওইনবী লক্ষ্মী ওইহুনা নৈ, নৈতরবা লাইররবা হনথররা মতমদা মানা অলক্ষ্মী ওই ।৪০।

মহাকপু নৈসি নৈথোক্‌না নৈ, ধুপ. চন্দননচিংবনা লাৎলবদি

ইতি মার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে দেবীমাহাত্ম্যে শুম্ভনিশুম্ভবধঃ সমাপ্তঃ ॥ ১৩

মহাকনা লল, মচা, অমসু ধর্ম্মদা ভক্তি লৈবা, খাজবা বুদ্ধি পী ।৪১।

মার্কণ্ডেয় পুরাণগী মনুংদা য়াওবা সাবর্ণি মনুগী মনুংদা ওইবা
দেবীগী মতিকপু ফোংদোকপা লৈশি লৈথোনগী
শুম্ভ নিশুম্ভ হাৎপা কৌবা তরানিথো-
ইসুবা অধ্যায় লোইরে।

——(*)——

( ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ )

[ দেবীমাহাত্ম্যং সমাপ্তম্ ]

—(*)—

ঋষিরুবাচ ॥১

এতৎ তে কথিতং ভূপ দেবীমাহাত্ম্যমুত্তমম্ ।
এবং প্রভাবা সা দেবী যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ ॥ ২
বিদ্যা তথৈব ক্রিয়তে ভগবদ্‌বিষ্ণুমায়য়া ॥ ৩
তয়া ত্বমেব বৈশ্যশ্চ তথৈবান্যে বিবেকিনঃ ।
মোহ্যন্তে মোহিতাশ্চৈব মোহমেষ্যন্তি চাপরে ॥ ৪

ঋষিনা হাঙ্গি,— হে সুরথ ! ঐনা নঙোন্দা লাইরেমাগী মতিক অসি-বু শকলে, লাইরেমাগী মতিকতি মাসুপ চাওই, মাতুদি মহাকনা অসুপ মাম্বা তাইবংপানবা পুথাবু পুহনা লৈ। অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মায়া ওইবী ভগবতীনা হিংচাববু মাংহন্দুনা তাইবংপানবাসিবু মাহাকনা ঙাকপী, মাদু-গুম্বা মহাকনা তত্ত খংবাবুসু পী ।১।২।৩

অদুগুম্বী লাইরেমানা সুরথ কৌবা নিংথৌ নংবু, সমাধি কৌবা

তামুপৈহি মহারাজ শরণং পরমেশ্বরীম্।
আরাধিতা সৈব নৃণাং ভোগস্বর্গাপবর্গদা॥ ৫
মার্কণ্ডেয় উবাচ॥ ৬
ইতি তস্য বচঃ শ্রুত্বা সুরথঃ স নরাধিপঃ।
প্রণিপত্য মহাভাগং তমৃষিং শংসিতব্রতম্॥ ৭
নির্ব্বিণ্ণোঽতিমমত্বেন রাজ্যাপহরণেন চ।
জগাম সদ্যস্তপসে স চ বৈশ্যো মহামুনে॥ ৮

---

বৈশ্য অসিবুসু অমসু অভোপপা জ্ঞান লৈবা পুম্নামকসু, সুমহৎলি,— হাঙ্গবদি তৌরোইদবাবু ভৌহনলি, মমাঙৈদা ওইখিবা জীব পুম্নামকপুসু অমসু মতুংদা ওইরক্কদবা পুম্বাবুসু মাসুম তৌথনা মহাকনা সুমহত্তু-না ঙকহনলি,— হাঙ্গবদি তৌরোইদবাবু তৌগদবা ওইনা নিংহনলি।৪

হে নিংথৌ সুরথ! নহাকনা পুম্নামক্কী মবেমাদা চংজৌ, মহাকপু ঈড়াৎললবদি মপোক অসিদা হিংলিঙৈগী মখৈ নিংথৌ ওইবনাচিংবা তৌথনা হুঙাইনা পাল্লি, মথংদা (পরলোকতা) স্বর্গ কাই, অহুগা মোক্ষ ফংই।৫

ঋষি অথোইবা মার্কণ্ডেযনা ক্রোষ্টুকিদা হাঙ্গি,— হে মুনি! ক্রোষ্টুকি! সুরথ নিংথৌনা মহাক্কী মবৈপাকপু এক্লবনা মুনখিবদা য়াম্না হুঙাই-

ব্যাখ্যা,— হুঙাইনা প নবগা লানবগা তিম্নবা লৈবা য়াদে, মঙান-গা অমম্বগা গুম্বনি। হুঙাইনা পানবনা অমম্বনি, লানবনা অঙানবনি। অহুনা দেবীনা তাইবংদা হুঙাইনা পানবাবু পী, লানবাবুসু পী, অনিহু চপ-মান্নবা ফংমিন্নবা য়াদে। অহুনা ইমা ইবেমাগী থৌজাননা সিদরিঙৈদা হুঙাইনা পাল্লি। শিরগাসু লানদে, স্বর্গ কাহুনা হুঙাইনা পালুগন্দি, মাসুম তৌহুনা হুঙাইবা ভোগ চানা ২ ইমাগী থৌজান ফংলবা জীবনা ভোগস মপক্তিদা অপাম্বা থৌরাংববু মথং মথং কোক্লকই, মাহুদি নিংথৌরে-ন জনকনা অর্জ্জুননা তৌবাগুম্না ভগবান্‌বু ফংই, অদুনা হাঙ্গি,— হুঙাইনা পাল্লি, স্বর্গ কাই, মোক্ষ ফংই, অসুম্না মথং মথং ওইনা হাঙ্গি।৫।

সন্দর্শনার্থমম্বায়া নদীপুলিনসংস্থিতঃ।
স চ বৈশ্যস্তপস্তেপে দেবীসূক্তং পরং জপন্ ॥ ৯
তৌ তস্মিন্ পুলিনে দেব্যাঃ কৃত্বা মূর্ত্তিং মহীময়ীম্।
অর্হণাঞ্চক্রতুস্তস্যাঃ পুষ্পধূপাগ্নিতর্পণৈঃ ॥ ১০

---

খিদে, অদুনা মেধস্ মুনিগী ৱা অদু তারগা লাইপকফবা নিংথৌ অদুনা অকনবা ব্রত তৌবা ঋষিদা খুরুমদুনা খুৎথক্তা তপস্যা তৌবা চৎখরে, অমসুং বিষয়গী মুত্তাইবাবু পামদ্রবা সমাধি কৌবা বৈশ্য অমসুং তপস্যা তৌবা চৎখরে।৬।৭।৮।

নিংথৌ সুরথনে অমসুং বৈশ্য মচা সমাধিনে অনিমকনা তপস্যা তৌদুনা লাইরেমাবু উননবাগীদমদ তুরেনগী মপানদা লৈরদুনা সুপনাগী দেবী সূক্তবু শোম্দুনা তপস্যা তৌখি।৯।

সুরথ অমসুং সমাধি মাখোই অনিনা তুরেন মপানদা লৈপাকনা দেবীগী মূর্ত্তিবু শারগা লৈ, ধূপ হোম অমসুং তর্পণ তৌদুনা দেবীবু লাৎখি।১০

---

ব্যাখ্যা,— "সূক্ত" হায়বদি অফবা ৱাহৈ হায়বনি। সুরথ নিংথৌনে অমসুং সমাধি বৈশ্যনে অনিনা তাইবং পোকপী ইমাবু উননবগীদমক সোনখিবা সূক্তবু মাসিনি, হায়না অতম্নানাদি উৎতরে। অ বু গুরুসীংনা তাক্লমই, মাওদি "অহংরুদ্রেভিঃ" অসিনা হৌবা মন্ত্রশীংবু সোম্দুনা সুরথগা সমাধি বৈশ্যগানা তপস্যা তৌই, অসুম্না টাকা কায়না হায়। তৌইগুমসু মীওইবনা ছজিক দেবীবু লাৎকে হায়রবদা ঋগ্বেদগী সূক্ত অদু সোনবদি সোইবা য়াই, মরমদি খজিক্তং ময়েকতা স্বরদা ওইরবসু সোইরুরবদি সূক্ত অদুনা অশোনবা মীবু বজ্র ওইদুনা মাংহনগনি। অদুগা অহৈবা পণ্ডিতমকসু সোইরোই হায়নিঙাই লৈতে। অদুনা ঋগ্বেদ সূক্তগী মহুৎতা চণ্ডীগী মঙাসুবা অধ্যায় "নমোদেব্যৈ মহাদেব্যৈ" না হৌবা স্তুতি অদুনা দেবী সূক্ত ওই, অসুম্না তন্ত্রশীংনা তৌই।৯।

নিরাহারৌ যতাহারৌ তন্মনস্কৌ সমাহিতৌ।
দদতুস্তৌ বলিঞ্চৈব নিজগাত্রাসৃগুক্ষিতম্ ॥ ১১
এবং সমারাধয়তোস্ত্রিভির্ব্বর্ষৈর্যতাত্মনোঃ।
পরিতুষ্টা জগদ্ধাত্রী প্রত্যক্ষং প্রাহ চণ্ডিকা ॥ ১২

দেব্যুবাচ ॥ ১৩

যৎ প্রার্থ্যতে ত্বয়া ভূপ ত্বয়া চ কুলনন্দন ॥
মত্তস্তৎ প্রাপ্যতাং সর্ব্বং পরিতুষ্টা দদামি তৎ ॥১৪

মার্কণ্ডেয় উবাচ ॥ ১৫

ততো বব্রে নৃপো রাজ্যমবিভ্রংশ্যন্যজন্মনি।
অত্র চৈব নিজং রাজ্যং হতশত্রুবলং বলাৎ ॥ ১৬

---

সুরথ নিংথৌনে, সমাধি বৈশ্যনে অনিনা ইন্দ্রিয় পুম্বাবু লাক-সিন্দুনা মতম অতুদা চাবা থাদোক্কুনা মতম অমদা মহৈ মরু থরা চাহুনা দেবীদা পুকনিং চেৎনা থমহুসা মহাক্কী হকচাংদগী ঈনা চাই-থোক্লবা বলিবু কৎতুমা লাৎলি ।১১।

মাসুম তৌহুনা চহি অহুম চুপনা পুকনিং অনি লোংদনা লাৎলদা তাইবং পুম্বাবু য়োকপী জগদ্ধাত্রী চণ্ডিকানা পেল্লে, সংসংনা চোংথোক্কুনা উহনলগা সুরথ অমশু সমাধিদা হাঈ ।১২।

দেবীনা হাঈ, হে নিংথৌ হে শাগৈ মচা বৈশ্য! নথোইনা পামহুনা নিংলিবা অতুবু ঐনা পেল্লহুনা পীরে, ঐঙোন্দগী মাহু লৌ-জরো ।১৩।১৪।

মার্কণ্ডেয়না হাঈ, দেবীনা মাসুম্না হাইরবদা নিংথৌ সুরথনা মপোক অমদা এক্লা তিংখং লৈতনা নিংথৌ ওইবা অমসু মপোক অসিদাশু মহাক্কী মপাঙ্গলনা একুবগী পাঙ্গলবু মাংহন্দুনা মহাক্কী মরৈপাক্কী নিংথৌ ওইববু নিরে ।১৫।১৬।

সোঽপি বৈশ্যস্ততো জ্ঞানং বব্রে নির্ব্বিণ্ণমানসঃ।
মমেত্যহমিতি প্রাজ্ঞঃ সঙ্গবিচ্যুতিকারকম্ ॥ ১৭

দেব্যুবাচ॥ ১৮

স্বল্পৈরহোভির্নৃপতে স্বরাজ্যং প্রাপ্স্যতে ভবান্ ।১৯
হত্বা রিপূনস্খলিতং তব তত্র ভবিষ্যতি ॥ ২০
মৃতশ্চ ভূয়ঃ সংপ্রাপ্য জন্ম দেবাদ্বিবস্বতঃ ॥ ২১
সাবর্ণিকো নাম মনুর্ভবান্ ভুবি ভবিষ্যতি ॥ ২২
বৈশ্যবর্য্য ত্বয়া যশ্চ বরোঽস্মত্তোঽভিবাঞ্ছিতঃ ॥ ২৩
তং প্রযচ্ছামি সংসিদ্ধ্যৈ তব জ্ঞানং ভবিষ্যতি॥ ২৪

মার্কণ্ডেয় উবাচ ॥ ২৫

ইতি দত্ত্বা তয়োর্দ্দেবী যথাভিলষিতং বরম্ ॥ ২৬

---

বৈশ্য সমাধিদি তাইবং পানবাগী মচা মরলনাচিংবাবু পাথদরে মহাকনা হকচাং অমসু মচা মতুনচিংবদা ঐনি, অমসু ঐগীনি হাঙৈনা নিংবাবু মাংহনবা জ্ঞান আত্মতত্ত্ব জ্ঞানবু নিরে ।১৭।

দেবীনা হাঙৈ, হে নিংথৌ মতম খজিক্কদা এরুববু মাংহন্দুনা নংগী রাজ্যবু ফংলগনি অমোক হন্না মাচুদগী লান থোকপা ওইররোই ।১৮।১৯। ০।

হে নিংথৌ ! শিরবা তুংদা অমোক হন্না সুমিৎতগী পোকনি, অদুগা নংনা পৃথিবীদা সাবর্ণি কৌবা অফাওবা মনু ওইগনি ।২১।২২।

দেবীনা বৈশ্যদাসু হাঙৈ, হে বৈশ্য অথোইবা ! নংনা ঐগোন্দগী ফংনিংবা বর অদুবু ঐনা নঙোন্দা পীরবনি মোক্ষ ফংনবাগীদমক নংনা তত্ত্ব খংবা ওইরগনি ।২৩।২৪।

মার্কণ্ডেয়না হাঙৈ, মাসুম ভৌদুনা দেবীনা মাখোইগী অপাম্বা বর

বন্ধুবান্তর্হিতা সদ্যো ভক্ত্যা তাভ্যামভিষ্টুতা ॥ ২৭

এবং দেব্যা বরং লব্ধ্বা সুরথঃ ক্ষত্রিয়র্ষভঃ ॥ ২৮

সূর্য্যাজ্জন্ম সমাসাদ্য সাবর্ণির্ভবিতা মনুঃ ॥ ওঁ ॥ ২৯

ইতি মার্কণ্ডেয়পুরাণে সাবর্ণিকে মন্বন্তরে

দেবীমাহাত্ম্যং সমাপ্তম্ ॥ ১৩

ওঁ তৎ সৎ ওঁ ॥

---

পীরে, মাখোইনা দেবীবু ভাক্তিনা নোল্লুকনা খুরুমই, খুৎথক্তা দেবীনা মাংখরে ।২৫।২৬।২৭।

অন্তুলী তুংদা দেবীদগী বর ফংলবদা ক্ষত্রিয় অখোইবা সুরথনা সুমিৎ-তগী পোক্তুনা সাবর্ণি কৌবা মনু ওইখি ।২৮।২৯।

মার্কণ্ডেয় পুরানদা সাবর্ণিগী মন্বন্তরদা ওইবা দেবীগী

মহিক মঙনদা তরাহুমদোইসুবা অধ্যায় লোইরে ।

—:(*):——

চণ্ডী পাবদা সোইবা-লানবাবু ঙাকপিয়ু হাঙ্গজবা।

(চণ্ডীপাঠাপরাধক্ষমাপনম্)

ওঁ যদক্ষরং পরিভ্রষ্টং মাত্রাহীনঞ্চ যদ্ ভবেৎ।
পূর্ণং ভবতু তৎ সর্ব্বং তৎপ্রসাদান্মহেশ্বরি॥
ওঁ যন্মাত্রা-বিন্দু বিন্দুদ্বিতয়পদপদদ্বন্দ্ববর্ণাদিহীনং,
ভক্ত্যাভক্ত্যানুপূর্ব্বং প্রসভকৃতিবশাদ্ ব্যক্তমব্যক্তমম্ব।
মোহাদজ্ঞানতো বা পঠিতমপঠিতং সাম্প্রতন্তে স্তবেঽস্মিং-
স্তৎ সর্ব্বং সাঙ্গমাস্তাং ভগবতি বরদে ত্বৎপ্রসাদাৎ প্রসীদ॥
যদত্র পাঠে জগদম্বিকে ময়া, বিসর্গবিন্দ্ব-ক্ষরহীনমীরিতম্।
তদস্তু সম্পূর্ণতমং প্রসাদতঃ, সঙ্কল্পসিদ্ধিশ্চ সদৈব জায়তাম্॥
প্রসীদ ভগবত্যম্ব প্রসীদ ভক্তবৎসলে।
প্রসাদং কুরু মে দেবি দুর্গে দেবি নমোঽস্তু তে॥
যস্যার্থে পঠিতং স্তোত্রং তবেদং শঙ্করপ্রিয়ে।
তস্য দেহস্য গেহস্য শান্তির্ভবতু সর্ব্বদা॥

——(*)——

চণ্ডী পাবা লোইরগা খুরুম্বদা সোম্নবা মন্ত্র।

(প্রণামমন্ত্রাঃ)

ওঁ সর্ব্বমঙ্গল-মঙ্গল্যে শিবে সর্ব্বার্থসাধিকে।
শরণ্যে ত্র্যম্বকে গৌরি নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥
ওঁ সৃষ্টিস্থিতিবিনাশানাং শক্তিভূতে সনাতনি।
গুণাশ্রয়ে গুণময়ে নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥
ওঁ শরণাগতদীনার্ত্ত-পরিত্রাণপরায়ণে।
সর্ব্বস্যার্ত্তিহরে দেবি নারায়ণি নমোঽস্তু তে॥

——:(*):——

সমাপ্তম্।